# চায়নরোল

সম্পাদন তৌবা

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

মমল লুপা ১২.০০

ফোঙদোকপা :—

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
উরিপোক, নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল, মনিপুর।

১ বা ফোঙবা—১৯৬৮ ইং
২ বা ফোঙবা—১৯৮৮ ই



মখুম : মিনার্ভা প্রেস, থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

মমা ঙৈঙদা মনিপুর লৈবাক অসিদা লৈরম্বা মৈতৈ, মোইবাং, খুমন, হৈরেম খুঙ্গান, থাঙঙা কাম্বা, খেন্দে, চাইরেন অসিনচিংবা লমদা পোকপা অমস্যুঙ্ লৈবম্বা মজাতি অমদি নিংচংক দমক মথৎয় ফাওবা থাবা কিদবা অকল-অথৌশিনা মখোয মাখোযগী মতাক মথৌনা উৎনবা চায়নবা তসি চংনবম্মা। হান্ননা হাযনবগা মখোযনা তেন কাপ্নহুনা নত্রগা তা লংনহুনা মথুং চুম্বা তান্নৈ অত্নগা কনাওম্বা অমনা হুল্লকপা তা নত্রগা তেন অত্নুনা মশাদা হান্না হেক পান্দুনা ঈ খিত্তংদা থোকপদা তেন কাপললকইবা নত্রগা তা লংলকলিব। নিপা অত্নুনা অওম্বা শকই অত্নগা খজিক্কংদা ওইরবস্নু শোকইবা নিপা অত্নুনা অমত্নুগী মবান ( Defeated foe ) ওইবে হায়না লৌই। অত্নগা ভগইবা অত্নুনা মায়থীবিবা নিপা অত্নুগী মওক কত্তুনা হাৎপদা বেরা লৈনদে। লম অমগী মীগা অতোপ্পা লম অমগী মীগা মশা মশানা য়ানহুনা মাখোয় অনী চম্নথোকপদা চাযনহুনা শিনবগীদমক শিবিবা, মায়থীবিবা নিপা অত্নুগী মবৈবাক অমস্যুঙ মনিংথৌনস্নু কবিস্নু হায়নদে। অস্নুম তৌনা চায়নখিবা ময়াম হাত্নুগী মবমদা

ইবা লাইবিকপু চাযনবোল হাযনা কৌই। স্বর্গীয নামৈ-বাকপম দিনচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা গবেষণাভুষণ অমস্তঙ খোংসন্দা লৈবা শ্রীথুমল্লম্বম যাইমা সিংহ পণ্ডিত, ওঝা অনীনা পুকচেল চাউবগা লোযননা মৈতৈ মযেক্তা ইবা চাযনবোলগী কোপী পীবিবদগী মযামনা পাবদা খুদোং চানবা হায়হুনা হৌজিক চৎনবিবা বাঙ্গালা মযেক্তা ইথোকচহুনা লাইবিক মচা অমা ওইনা ফোংদোকচবনি। লাইবিক অসি পীবিবগীদমক শ্রীযুক্ত ওঝা অনীবু থাগচচবি। লাইবিক অসিদা ব্বাহৈ রতা ওন্নবা, চৈতপ পোৎতপ ব্বাৎপা অশোয অণ্ডাম যাওবা থেংনবিহুনা কনাগুম্বনা তাকপিবব্রবদি যামনা থু-ডাইজগনি।

লাইবিক অসি খৃষ্টগী ১৬ শুবা শতাব্দদা মৈদিংঙু মুংযাম্বা সুম্বা হাক্তক্তা খৃ° ১৫৬২—১৫৯৭ ইবম্বনি হাযবসি মৈদিঙু খাগম্বনা নিংথৌ ওইদ্রিবৈঙে মচাইবুংঙো নোংথোম্বা ওইবিবৈদা চাযনবগী বা অম্নুমনা ইবি—"মৈদিংঙু থাঙব্রাই নিংথৌ শেনবা মুংযাম্বগ মপাবি পোইবৈ নিংথৌহনবা মৈদিংঙুচা মুংথোনবগা" মযাংগা চাযনবগী ব্বা ইবি। পোইবৈ নিংথৌহনবা হায়বসি মৈদিংঙু খাগেম্বা কৌদ্রিবৈঙগী মিংনি। নিংথৌ ওইববা মতুংদা ইবম্বা লাইবিক ওইববদি মৈদিংঙু পোইবৈ নিংথোহনবা নত্রগা মৈদিঙু খাগেম্বা হাযনা পল্লমগদবনি। অহুনা লাইবিক অসি ১৬ শুবা শতাব্দীগীনি।

শ্রীনিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ।

মেবা ব্বাযুংবা

তাং ২৫।১০।৮৮ ইং।

# "CHAINAROL"

At some stage of the history of Manipur in the past there was a time when Manipur was divided into various principalities each ruled by the Kings of Meiteis, Moirangs, Khumans, Heirem Khunjans, Khende, Chairen and so on, as is evidenced by CHAINAROL. The people of the time were highly patriotic and noted for chivalrous activities and gallantry. Their bravery was of such a high order that they welcomed any challenge even at the cost of their lives. This book CHAINAROL profusely sings of a number of such heroes born in Manipur. The book does not discuss matters about fights between kings of the different principalities but it treats of dual bouts between heroes figuring prominently from amongst the commoners by dint of their valour and prowess. They used bow and arrow or spear in the bouts with a code of strict rules, the violation of which was considered as a sin for which the breaker had to atone by God's decree.

When two persons bore enmity between themselves they entered into a bout as an ordeal of God. For instance, the Khende King Haotak Laiba had made an allegation against his friend

Yaphurakpa, the king of Chairen to the effect that he had had illicit connection with the former's wife Shedou-Toungam-Hoi-Hoibi and asked the latter to pay bride price. The King of Chairen denied the charge by taking oath on God. When the King of Khende did not believe in it, the King of Chairen proposed to take resort to the ordeal of God by having a bout with bow and arrow. Thus they had their bout. The King of Khende shot first, then the King of Chairen shot the arrow and could hit the former. Thus they amicably settled their differences and established their friendly relation.

The rules of bout were simple in form but austere in nature and observance. When an unarmed man is challenged, he could fetch his arms and fix a day for the bout. Sometimes, in spear-bout, the two rivals measured out a distance acceptable to both of them with the length of their spear handle, fixed their stand-point, and thus had their ordeal, They were dauntless heroes and had not the slightest fear of death. Surrendering the choice to begin hurling the weapon first against the other was an open honour which was greatly valued as the sign of a true heroe.

The motto of the then people was like this-

the law of man is not inevitable like God's law; man has to submit himself both to nature's law where there is no court of appeal and also to man-made laws for which there is appeal. They preferred obeying Divine law or decision to man-made laws. That is why they left everything to the ordeal of God, howsoever wicked and knavish one might be. They used to swear in the name of the Earth and Sky and believed that their God like forefathers would endow them with justice. How a widow tried to wreak vengeance upon the killer of her husband, who was killed by foul means, will be seen from the sequence of an ordeal between Heirem Kangbisu and Chakha Moiremba of Khuman. In their ordeal, Moiremba had his lot first and threw his spear and could make a slight scratch with blood on the body of Heirem Kangbisu, but the latter flatly denied it by saying that it was due to the bite of leech while he was ploughing in the morning. On his turn, Kangbisu threw his spear and killed Moiremba. Leima Namoon Chaobi,the widow of Moiremba was so shocked with the treachery that she took a vow of revenge. Heirem Kangbisu became a terror. Nobody dared to fight with him. The widow's anxious search for a match for her

husband's enemy was of no avail. Ultimately, she hastened to Shikhong and found the uterine younger brother of her husband, Shikhong Ningthouba who brought about the revenge.

Sometimes the killer and the killed had their meals together and enjoyed wine in a sportsman like spirit before the head of the vanquished was cut off. The dead body was cremated by the killer himself if he was requested to do so by his victim. But the victor took home the head as a trophy.

This book is packed with geographical accounts. The historical background of place or village names is also expostulated in this book.

The original manuscript was written during the reign of Maharaja Mungyamba of Manipur of the the 16th Century.

N. Khelchandra Singh.

# চায়নরোল

হয়া হে লীকলাইও ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা-ও। নহান নোং হয়িভৈগী নদাইরেম তনবা মীথনখাই, অথৌ লিচা চেপ্পা থায়াঙ কোন্দাই লোনবা, থিকক্রি লানবাউখোন হুভা মীকপখোন, য়ুমিং লাপ্পেনখোন, কাক লানবাউখোন, চীংনুং ঈবাউগোন, চীংশাং নায়েখোন, তামনা হুইশোন খোনবু নাচুংদবা, শায়বা পনয়েথা, লাংখোং ইতাসি পনম থোময়ে খাইবু শোং কিদবা মশেনবু মরোং চুং কুনা তিমেন তা চায়নবা মশেনবু ওয়ুম চানগোই ইরাকমনা হয়া লাউনা ভেংথাজরক্কে।

---

নহান নোং—থায়না, মমাভৈঙ। হয়িভৈগী—মমাভৈঙগী নদাইরেম—ননাই। তনবা মীথনখাই—মশক নাইবা অথোইবা মী। অথৌ লিচা চেপ্পা—অথোবঃ। থায়াঙ কোন্দাই লোনবা—থাঙ হৈবা। থিকক্রি—উচেক অাং অমা। হুভা মীকপখোন—মীকপ মীরাউখোন। য়ুমিং—লাল। শোংকিদবা—কিদবা। মরোং—চুং। তিমেন—তা। চায়নবা—মী অনী চুং তা পায়নহুনা লান তৌনবা। ওয়ুম—ননাই। চীনগোই ইরাকমনা—ৱা ঙাঙজরিবা ঐনা। ভেংথাজরক্কে—মতিক মঙ্গল শকচরক্কে।

হাওবৈ খানা পাংবরম, লন্নাই পোনবী খোক, চাইরেন খৈচং পুং হৈরেন লৈনতাক খুঙ্গান তরা খঙ্ও কৌব দি কদো-নোংগীনো ? হৈরেম চা নূরা অতেংবী, লাইজ ঈদা শিবিবু মপান্না কোরৌ নুমিৎ মাপন্নি শুনা থিববু থিখঙদরবদা কোরৌ নুমিৎ তরানি শুবদা খোয়নৌ মতা ঙাইরোইনাইনা তাক্কলৈএ ; অতু নোংগীবু হৈরেম লৈনতাকও তৌনা কৌএ। মমোম লাইজ ঈদা শিবিবু চবৈ ময়িন ফিবু হক্তা থোংদা, কোবা এলাই চাই, লৈতাং থরো মখোক লোয়বগুম্না নোংমনঙমলে অতু নোংগীবু পোনবী খোক লন্নাই থোন্নৈএ। মপন নিংথৌনা তরানিদা খাঙেঙ হায়-বগীবু তবা খঙও তৌনা কৌএ। লমলেন লন্নাইখোক চাইবেন থাইচং পূং, হৈরেম লৈমতাক খুঙ্গান তবা খঙদা রায়রা ভেন-বুমমনা চায়না খোঙকেনববু লৈএ।

লহান নোং চাইবেন নিংথৌ য়াফুরাকপনা লময়াই শান্নবা কোইবেন লমজাউ শা তানবদা লাবা থূমনবু য়াংদৌ শবম লাবদা

---

হাওবৈ—মায়গ। খানা পাংববম—মথা থংবা মায়গ। কদোনোংগীনো—কন্নি মরমগীনো। হৈরেমচা—হৈরেম মচা (হৈরেম খুঙ্গান হায়বসি লম অমগী মিংনি)। নূবা—লৈশাবী। অতেংবী—ফজবী, নিংথিজবী। লাইজা ঈদা—ঈশিংদা। মপন্না—মপানা। কোরৌ—নুমিৎ। ঙাইরেংইনাইনা—মরুপ মপাংনা। মমোম—মচা নূপী। হক্তা—মপাদা। নোংমনঙমলে—শিরমলে। মপন নিংথৌনা—মপা নিংথৌনা। রায়রা—ভেন।

খেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবা মোমন্নু তাল্লোয় মরুম্বী শেদো তৌঙাম হোই হোইবী তরা লেপচানা ব্রাংলৈ লেপথিক নবিগী মোমন্নু থূবাং চাংজৌ মঙাম্‌কনা খোইরেন য়ু খারি কৈফম হোংদবা য়ুপা মাইনিং পিদবা মবোই হাওবা শেকশা য়ু নান্দ তোনগোন য়ু খরুং লৈমেন য়ু, ব্রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথূম্বু চাইরেন হাওখারি হাওখা মতারি খেন্দে লান্দাবি চাইরেন লীন্নুং চঙদা খারি খোমগা হান্না ব্রাংলৈ যুবানঙম্বগীদমকপু হয়েং লোইদাম লাংহৈ কুম শুল্লকপদা খেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবগী মোমন্নু তাল্লোয় মরুম্বী শেদো তৌঙাম হোই হোইবীনা মোমন্নু ঈনফু মায়বংশোন, তিল্লাং হাইশিংননা লেমলৈ ঙাচোপ খেম্বদা লহান মোমন্নু য়ুবানমনগী চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপনা তরা লুকমাই-রেম শারেন ফাহাপননা মায়খঙ ঙম্ববু খেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবনা রাতাখিখিযে। পাথৌ চাইরেন য়াফুরাকপা-ও, মোমন্নু ঐগী তাল্লোয় ইরুম্বী অসিমু নঙনা শোইথোঙ তাইথেংনা, লমলক

---

লময়াই—লমজাউ। লাবা থুমন—ওক লাবা। য়াংদা শয়ম লীবদা—শারম লীরকপদা। মোমনু—নুপী। তাল্লোয় মরুম্বী—মতু। তরা—চাক। বাংলৈ—য়ূ। হাওদৈ—য়ু। ব্রাংলৈ য়ুরান ঙম্বগী—য়ুলানূলম্বগী। লোইদাম—থা। লাংহৈ—কুম, চহী। মোমনু—নুপী। ঈনফু মায়রং শোনবা—ঈন শোনবা। তিল্লাং হাইশিংননা—মতিন শিংতুনা। লেমলৈ—ঙা। য়ুরানমনগী—য়ু লানতুনা পীথকলকপগী তৌবিমল।

লুথুমনা থোংখাবনা পান্নবিউঁরে কাওবেন শন শাও ত্তম্বম নাইশাও যুমলক নাই ফাগে পনন শন তানগে হায়না রাওইববু চাইবেন নিংথৌ যাফুবাকপনা পাথৌ খেন্দে নিংথৌ হাও- তক লাইবা-ও! ঐনা লহান নোং লময়াই শান্নবা কোইবেন লম জাউ শা তানবদা মোমন তাল্লোয় নকুম্বী তসিনা রাবলৈ সুবান- মনগীবু লনশিংবিগে হায়নবু তবা লুকমাইবেম শাবেন ফাহাপননা মায়থওবনে। ঐদি শোইখোও তাইথেংতে লমলক লুথুম্ববু পূমনা শৈতে হাযনা কোবৌ নোং শোনবা মালেম লৈ শোনববু খেন্দে নিংথৌ হাওতকলাইবনা রা চানদে। অমবক চাইবেন নিংথৌ যাফুবাকপনা শবী মথৈ ফং নামুং মণ্ডাল লোমনা রাশকপবু থাজবিদে। অমবক চাইবেন নিংথৌ যাফুবাকপনা পাওমেল্লকএ। তৌইগীদি পাথৌ খেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবা-ও রায়বা তেন- বুম্বা কাপনা চায়না খোওফেন্নবসে। নপা ইপা লাইনা চুমজস্থনো

---

তরা—চাক। পাথৌ—মরূপ। মোমনু ঐ, তাল্লোই ইকুম্বী—নতু। শোইখোও তাইথেংনা লমলক লুংমনা—লোম্না ডাংনত্থনা। বাওইববু—জাউত্থনা হায়ববু। মকুম্বী—নতু। রাবলৈ—যু। তরা লুকমাইরেম শাবেন ফাহাপননা—চাক রেঙ্গাং নিংথিনা হাপুনা। কোরৌ নোং শোনবা মালেম লৈ শোনববু—লৈপাক নিংথৌনা (অতিয়না) থংসনু হায়না বাশকপবু। রা চানদে—হায়বদ্রু য়াদে। অমরক—অমুক হুন্না। শরী মথৈ ফং নামুং

ছায়েন লান শীংনখিয়ে। লমলেন লরাই পোনবীখোক চাইবেন থৈচং পূংদা রায়রা তেন চায়নখিয়ে ছায়দববা? খেন্দে নিংথৌ ছাওতক লাইবনা হায়া লৌবি থম্মোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা কোবৌ নোং-ও য়েংও, মালেম লৈ ও খওঙ্ঙা। হৈরেম উপল লম নঙ চুম্মো হায়না রায়রা তেন্তাববু শোযরেন ফুমি ভূনা তেনবাল্লে। চাইরেন নিংথৌ য়াঙ্কুবাকপনা লৌরি থমোয় তিং লকা তেনমৈ পায়না কোবৌ নোংও য়েংও মালেম লৈ ও খওও, হৈরেম উপল লন নঙসুঙ চুনও হায়না রায়বা তেন্থাবদি খেন্দে নিংথৌ ছাওতক লাইবগী কৈবা মতান পাংমা ভুবে। শেল্লোই মপাতাউ অনী-মক্তি লোইনা অপাম্বনিগিনা লুবক কাঙদৈ থিদা খোনাউ লেম্পোঙ-লেন্দা হকচেং শম্মা মাল্লোবিদনা অনীম শমু লেংগোন্নরা হনরাই-খিয়ে। খেন্দে নিংথৌ ছাওতক লাইবনা পাথো ইবিংঙাদি

---

মতোন লোমনা রাশকপবু—রাশকপা হেনবমথৈ রাশকপবু। রায়রা-তেন। ছয়েন—লান। কেরৌ নোং- অতিয়া। মালেম লৈ--লৈপাক। রায়রা তেন্থাববু—তেন কাপ্পবু। তেনবাল্লে—তেন্না পাল্লে। কৈরা মতান পাংমা—মৈফগন লামা। মপাতাউ—মকপ। লোইন অপাম্বনিগিনা—লুনা চান্নবনিনা। লুবক কাঙদৈ থিদা খোনাউ লেম্পোঙ লেন্দা—মচক কক্তনা। শমু লেংগোন্নরা—অমপা অমগা লেং কোন্নহনা। হনরাইখিয়ে—হনখিয়ে। ইবিং-ঙাদি।— ঐখোয়গী অনীদি।

শিংঙন অরেম্বা লৈবাং অতিংঙাবু রাওইনৈএ হায়না খোয়রুন মোংমোন নোকনা তরা খুৎপুনজিনবা। রাংলৈ চানখুন য়োংমনা লাংগোল্লখিএ হায়দববা ? লমলেন লরাই পোনবী খোক্তা চায়না খোঙফন্নবা অজুস্ত মদোনদে।

লমলেন মদাইমা মহুই পোনবুরম হায়ৈ ভাঙ্গারম লমলেন লেংবাই নৌবেংপাই শমবুংবোনবা চাং চমবং লম নাগুং জুমিন লম তুংশি মমলেন রায়াখোংদা চায়না খোঙাফন্নববু লৈরে। নোংয়ায় থোংবু রাইন্নচা অথৌবা তানবা মীখনখাই কাওরেন মপা তাম্বা শনগুম্বগা মবোয় মাকদিংদিং হাওমিয়া চাগা লমলেম রায়া খোংবু লমলোক্কে হায়না চংলোং ঙক্তা জুক থোকলাং তুংশোন্না, থেবে মাঙইন্নবা মরান থৌ চৎ লকপদা কেগে মোইবং খোইবী তোঞ্জাউস্ মদোম তনবা মীখনখাই, মানবী মতুপ হাংবা শনগুম্বগা কেগে মবোয় খোইবী লমশিংবগা লমলেন রায়া খো বু লমলোক্কে মোইবাং

---

শিংঙেন অরেম্বা লৈবাং অতিংঙাবু রাওইনৈ—অরম্বা কবিসু বাল্লদবদা শাউনরুবে। রাংলৈ য়োংমন্না—সুথকমিন্নবা। লাংগোন্নখিয়ে —চান্নখিয়ে। লমলেন মদাইমা—লমদম। চায়না খোঙফেন্নবব়ু—অনী লান শোক্লখিববু। নোংয়ায়—থুমন। তনবা—নিপা। কাওরেন —শল। মপা তাম্বা—মপা লৈতবা। খোকলাং—তা মখোক। মরান থৌ-চৎলকপদা—থবক চৎলকপদা। কেগে—মোইবাং। মানবী মতুপ হাংবা শনগুম্বগা—মাগা রাইনবদ মপা লৈতবা শনগুম্বগা।

লমচনগে ময়োং চেপয়াম্না খোকলাং তূংশোন্না খেরে মাঙইম্বনা মবান থৌচংলকপদা লমলেন ব্রায়াখোংদা লমঙক্লুরে। পাথৌ ইবিংঙাদি ইদোম তনবা মীথনথাই মশেম্নে। অসি কৌরৌ মুমিংমদি চাযনা খোঙফেম্নখিসে, নপা ইপা লাইনা ব্রাচুমমুনো। ঙমদবনা থমলৈ কুম অমনতা, অঙম্বনা লমলেন ব্রায়া খোংবু লমচম্নসে হায়না তুয়েন লানশাংনখিয়ে। তনবা মতুপ হাঙ কাওরেন মপাতাম্বা শনগুম্বা মশেন্নিগিনা খোয়মা মমায় ওন্দা য়ামজেং মনম মুকনদখিয়ে। কেগে মোহবাং খোইরী তোঙাউমুনা তিমেন মচুংচঙবু খুৎপাক িল্লাই মেন খোংকলাং পমশিনা, লাবা খোঙফম লৈদা থান চানবান কোইহৌ নান তিমেন তা হুনখিববু খোয়মা লাংদোন শমনা শোয়রেন কুমগি তূনা তাপাল্লে। নোংয়ায় থোংবু ব্রাইন্নু চানা খুমাক িল্লাই মেম্না িমেন মতাচাবু ফেম্লবদি ককলু

---

কেগে--মোইরাং। মরোং—চুং। লমঙক্লুরে—লম্বীদা থেংনরে। ইদোম—ইতোম ইতোমদা। অসি—ঙসি। বাচুমমুনা—ব্রায়েননো। ঙমদবনা—মায়থীবা অচুনা। থমলৈ কুম অমনতা—থরায় মাঙবা। অঙম্বনা—মায়পাকপা নিপানা। লমচম্নসে—লম লোক্লসে। খোয়মা ওন্দা য়ামজেং মনম মুকদখিয়ে—মমায় লৈনখিদে। তিমেন মনুংচঙবু—মাগী তাবু। লৈদা থীন—লৈপাক্তা থীন্দুনা। নোংয়ায়—খুমন। খুবাক িল্লাইমেম্না—মখুবাক্তা মতিন থাক্তুনা। তিমেন মতা চাবু ফেম্লবদি—মাগী তা লংলবদি।

শেংজৌ লেংনা মাংলম লৈকং তুয়ে। শোল্লোই গপা ভাউ অনীমক্কি পাম্বা কৈজেং লাংগুম্বা মশেননিগিনা নোংয়ায় থোংবু রাইন্দু চানা পাওমেল্লকএ। পাথৌ খোইবী ঙ্রোঙ্গাউশংও খোকলাং পমশিংনবগী ভিমেন তা শান্দবা অসিদি উনবী পুকনীং পেনফাত্তহিয়ে, শম খুংনা ফংনা হাও মুকনা লেংফাই চনখিসে হায়না তেনশিংনখিয়ে। তনবা মীখনখাই অনীমক্তি শরেন নোংশা লাল্লাউখোনগুম শমু খংনা ফংনা লাকনবে। মোংবা ভাজিন খুবৌ য়েংনরবদা কেংগ মরোয় খোইবী লমশিং অশিংবনা চেংলৌ মিংনা য়েং শমু খুংনা খিন্না লোম্না পাউ থাকখিয়ে। য়ম্মা খোইবী তেঙ্গ্রাউশংও অসাইবৈগী হায়নববু থৌকাউববনা কাউহনো চবৈ ফিংগোন হু গা পথৌ শানফোঙদবনু। কেংগ খোইরী ভাথৌবনা নোংয়ায় থোংবু রাইন্দু চাবু য়াবেনখেওখৈ তোল্লা মহাক ফংনা চৌকখায়বে, তংু নোংগীবু চাকপাও ভৌনা থোইয়েএ। খোংনা শিবে রাইখাও থোইয়েএ। তহুনোংগীবু থোংবুরাইন্দুচা নোংমনরাই, থোংবুরা-ইন্দুচাগী মাবায় মাকতিং হাওমিয়াচাদি পিরেম থক্কনবনা মুংশি

---

( হুল্লব দি) পাম্বা—কৈ। উনবী পুকনীং পেনফাওবিয়—থবায় পেনরিয়ে। শমু খুংনা ফংনা—নশা ইশা হকথেংননা। হাও মুকনা লেংফাই চনখিসে—মুকনা শাম্নখিসে। তেনশিংনখিয়—শীংনখিয়ে। শরেন—শা অথোইবা। মোংবা ভজিন খুবৌ য়েংনববদা—লোংগ্রৌ য়েংনরবদা। চবৈ শানফোঙদবনু—থংহুন্দবনু। য়াবেন খোউখৈতোম্না মহাক ফংনা চৌকখায়বে—

চী, কেগে খোইরী তোঙ্গাউশ্রুদি রাইখোং লমচললম, , মমোয় খোইবী লমশিং অশিংবদি থৌদাং চীংও তৌনা কৌএ। খোইবী আথৌবনা নোংয়ায় খোংবু রাইনু চাবুক লুবক কাঙদেথি, খৌ-নাউ লেনখোঙলেন থাঙলেন চেপ্পা চন, তৌথোপ খস্থাংনা লালু পোল্লেম হান্না কেগে খোইবী তোঙ্গাউশ্রুদি মবোয় খোইবী লমশিং অশিংবগা ভাইরোযননা মোইবাং মঁপা লমদা তনবা মচী হেন লাবা মবাই লাংনা কলরাইবকএ। লমলেন চীকপী রায়াখোংদা চাযনা ঙোঙফেন্নবা অত্নুসুও মদোমদে।

লমলেন মদাইমা হৈবেম মবকশি কোনযা থৈদিংপান্দা চায়না খোঙফেন্নববু লেএ। লমলেন হৈবেম মরকশি কোনয়া থৈদিং পাল্লো কোবদি কদৌনোংগীনো? নোংয়ায় খুমন াংথৌ পুনশিবা মশানৌ লোযানবনা য়াঙবৌ শাদানবদা অদোন লোনম্নাংবদি তাম্লোয খজিকনা লূমলেন থাবাংননা লোন-

---

ময়ানা চীকথংলে। নোংমন বাস্থ—শিবা মফম। পিরেম থক্কুলং— অমিংতা মপি তানা। লুবক কাঙকে থি খৌনাউ লেঙ্কোং লেন—মঙক কক্তনা। তৌথোপ—পালাং। লালু পোলেম হান্না—ককথংলবা মঙক অত্ন পোলাংদা হাল্লগা। ভাইয়োগ্ননা—লোয়ননা। তনবা মচীহেন লাবা মবাই লাংনা—মায়থোং মকা লায়া। অত্নসুঙ মদোমদে—অত্নসু লোইবা নত্তে অত্নসু নত্তে।

হৈরেম—লম অমগী মিং, হৈবেম খুঙ্গান। কদৌনোংগীনো—করি মরমগীনো।

বনিগিনা লুমলেন খনবনরাগী তরা চাকয়োমদা বাংলৈ খোমহান্দবা রাগীবু নোংয়ায় লোনয়াম্বদি নোংয়ায় মপামচা খূমন ময়েল্লবু তাংজা ঈকাইখি হুয়াই শেনগোইখিয়ে। মযুম নোংয়ায়না তেংথানা খূমন্না মিকৌনবদি পাৎপু কোন-ও কৌএ কংফানবু য়া-ও কৌএ। কোনয়া অচনবা হুপলেন নমঙাননা তরা চাবুক লাম, পায়না খমনিতিং উনবা চফম তিংলমবগীদমক মবক ওইনা শিরে। অহুনোংগীবু হৈবেম রকশি কোনযা থৈথোকপালও কৌএ হায়দববা? হৈবেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। অদোন নোংয়ায় খূমন নিংথৌ পুনশিবা পুযাম য়ুমলেনবা তন্দ্র লাম্বা লেংলৈ নিংথৌ হাইহৈবনা ইদাইবেম নোংযায খূমন খাথা লাইথা থনবাশিংও! হৈবেম কাংবিশু শমু খোঙশেকপা লালেন কোঙয়াং চেঙপান্না থৈবনা মদুম

---

মশানৌ—মনাউ নিপা। অদোন লোনয়াংবদি—খূমন লেনয়াংবদি। য়াওরো শাদানবদা—শা তানবদা। ভাল্লোয়—মতু। ললেন—মতু। খাবাংননা—চপ মান্ননা। বাংলৈ খোমহান্দবা—য়ু হান্দবা। নোংয়ায়—খূমন। মপাচা ময়েল্ল—মাগী খাবা নাল, শাগৈ নাতৈ। হুইয়াই শেনগোইখিয়ে—ঈকাইখিয়ে। কোন—পাৎ। য়া—কংফান। অহু নোংগীবু—মরম অহুগীদমক। অদোন—খূমন। নোংয়ায়—খূমন। লাম্বা—লান্দা থোবা। ইদাইরেম - ইনাই। খাথা লাইথা থনবা—খা অরাং থনবা। শমু খোঙশেকপা

নোংয়ায় শীংজা রাইকোইবদা এলাং থৌচংফদে হায়ববু তয়ুম খুন চন্থশিংগী লৈরক কোনশাং রাখু না তায়রে। মরোং কনানা চূং ফংনা তিমেন কনানা তা চায়নরুগমনো কংলা থনবা পাউ খুমলকও হায়না পাউ হংববু নোংয়ায় থাথা থনবনা পাউ খুংগববা পাউখুমদা, অদোম লাইথা থনবনা পাউ য়াগবরা পাউ য়াদে। অদোন চকলাই ফাম্থোনগী কংলা ফমগা থেংবা লাংলেন কোউয়াং উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবনা কোউয়াং রাবেপ ফাবগুম নাউরা লাংজেং মথোকলকপা হুয়েন লানবাম মহৈবকলিবা নোংয়ায় চাগা নোইবেম্বা অথৌবনা কোন্না পাউগুমলকএ। শাবন লাম্থোউশিন হুয়েন লাল্লম খউদা ঈগুম মপু কোল্লোয় নয়াথংবু তাংজা লুদা থোংনা নদাইরেম ঐনা খোমলাং পপশিংনা তিমেন তা চায়নরুগে হায়না পাউ য়াথিয়ে। নোয়ায় খুমন নিংথৌ কেগে হাওত্তক শনবন যাগী হেন্থ থাবান চাবু কাইনা

মখোঙ শেকপা। লাংলেন কোউয়াং—রা। তয়ুম—মনাই। না তায়রে—হায়নবা ডাঙনবা তায়। মরোং—চুং। তিমেন—তা। পাউ হংববু—রা হ ববু। পাউ য়াবা—হারবা য়াবা, ইনবা। উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবনা—কোন্না পোকপা, চহী য়ামদ্রিবা। নাউরা—অঙাং। লমজেং মথোকলকপা—মথোক কারকপা, ইনথংলকলিবা, ঈ থেগংলকলিবা। কোন্না—কাইনথউদা। কোল্লোয়—য়াথং। তাংজ লুদা থোংনা—থকোক্তা থাংনা, ইকোক্তা হাপ্তুনা। নদাইরেম ঐনা—ননাই ঐনা।

হুনবনা ইদাইরেম নোংয়ায় চাখা মোইবাম্বা-ও কংলা লৈপাক ময়েং তাহন্দনা কোল্লোয় পাউখুমলকপা অসিবু অথোবা নতুকনবা মহাক অবেপ্পনে। নিংথৌ ক্বাকোক চৌন্দাই মুংগী পানা চতুম পীনা থৌদাখিয়ে হায়দবরা? নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথোবনা অমরক পাউখুমলকএ। হয়েং ঈনুং কোবা শোয়ববগা হৈবেম কাংবীশুবু মানবী চীয়েনা কাও-বেন লাইথেংনরুগে হায়না মরু লৈদা তানা খুরুমলবগা মবান থৌখুমথখিয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বনা হুংমিদাং ফমকুমলকপদা মোমন্ন তাল্লোয মরুম্বা কেগে মোইরাম্বা চনু লৈমা নামূল খাম্বীদা শাউ তমখিয়ে। য়োইবু নাই ইনেম মচা নামুন খাম্বীও নথংলেন ঐনা কলা থৌগা-রবদি য়াম্মা নিংথৌ অদোন পুনশিবনা হৈবেম কাবাশু অথোবা নোংয়ায় শংজ রাইকোইফদববু মবোং চংও ফুনা তিমেন তা চায়নরুও হায়ববু নোংযায় খাথনা পাউখুমদা অদোন লাইথনা পাউ য়াদে। নথংলেন এনা পাউ য়াবকএ। যোইবুনাই ইনেম মচা-ও ওবা চাক য়োমও। রাংলৈ খোন

---

কাইনা হুনবনা—হুম্বনা। ক্বাকোক চৌন্দাই মুংগী—ক্বাগোক্তগী। হয়েং ঈনুং কোবা শোয়ররবগা—হয়েং নোংতাল্লপ্পা। মরু লৈদা তানা—মকোক লৈপাক শোকনা। মরান থৌকুমখিয়ে—মখুমদা কুমখিয়ে। মোমনু তাল্লোয় মরুম্বী—মতু। চনু—নিংতেভান। য়োইবুনাই ইনেম মচা—ঐগী নুপী। নথংলেন ঐনা—নপুরোইবা ঐনা।

তাপ্পো হায়না পাওমেনখিএ। থংলেন ইবুংঙো তাও। কেগে ইপল লম মোইরাং ইচু লমদগী ইরান নুংহো, খোংদোংকঁপবু লেইদাম থাশিদা লাংহৈ কুন ওন্দয়িয়ে। ইথংলেন নওদি হৈরেন কাবীশুবু চায়না খোঙফেনগে কবি পাউয়ারুবনো হায়না ব্রাওইওম্মে। নরুম ঐগী ওবাং খোমলেন মঙলান চান্দা তুরেন নামতুকুন লৈবাই থাম্নি তাবদা গোমলাং কাওবী ইনাশিবু লাইজ ঈদা তাখিববু শীংনাং কৌরোং শানা লাম্ববু লাময়োল্লে। মোমন্নু মাল্লৌ ইকান্নবাস্নুও লাইজ ঈদা তুমলম্মে। মোমন্নু মাল্লৌ কোকথোং ফিদা চাবা পাইথুবা লনফংদববু লাইজ ঈবোইননা তাউথখিয়ে। থাগলেন হৈনা মঙলান চানবু ফত্রে। থংলেন ইবুংঙো পাও লাল্লোই মীওাথোক শবেন মীশুংলাংগীবু ওইবগানে হায়না থোৗখাম্বব য়োইবুনাইও নথংলেন ঐদি নোয়াম থাথা লনা তিন খুমন লাইথা ফন্না লক্তা খোয়না ইমায় ওন

---

কংলা থোগারুবদি—কোন্‌ং কারুবদি। থাংলৈ—মু। থংলেন—মপু-বাইবা, ইমা। কেগে—মোইয়াং। ইপল—ইপা। ইচু—ইবুং ইপবা। লেইদাম—থা। লাংহৈ—কুম, চহী। ইথংলেন—ইপুয়োয়বা। ব্রাওইওম্মে—পাউবম্মে। নরুম—নতু, নওগী তাল্লোয়। খোমলেন মঙলান চান্দা—অঙদা। ইনাশিবু—ঐগী নাদা শিববু। লাইজ—ঈশিং। ঈদা—ঈশিংদা। লাময়োল্লে—লাম্না ফংদে। মাল্লৌ—ফি। ইকান্নবসু—ঐগী কান্নবসু, ইকানবসু। থোৗথামব

য়ামজেং ইনম মুকফবরোইএ। ঐব হয়েং নোংয়ায় ইপাচা খূমন ইয়েল্লুশিংনা মোমন্থ মশুং মানবা হুজা মমান লৈবা অদোন চীননেনবা খূমন নারাংবনে হায়বগনে। ওংজা ঈকাই হুয়াইশেনগোইএ। নোংয়ায় ইনিংথোব্ শোকিএ। তৌই-গুম্বশুঙ অশিবগা ঈকাইবগা অনীমক্তি থংলাংপা রারী ইরেংপু রারীদা হায়রম্মে। অশিবনা মনাউনি ইকাইবনা মথ্নাঙ্গনে হায়রম্মে। ঐবু মাই মৈচৌন ওল্লরোইএ হায়না য়াদখিরৈ। নৈমা নামুন খাম্বীনা পাওমল্লকএ। থংলেন ইবুংঙো তা ও খোয়মা ঈহৌ য়ামজেং ইকাগী থংলেন ঐবু লোইবা ইবংঙো তা ও। নরুম ঐগী খোমলেন অসি মঙবদি কায়বৈ ইচেঙ চেংজা ইল্লুমবু কংলৈ ইশুমাঙ শুমাই ইথৌবোমগী লোইবা চীংকাকলেন ক্লাকালন শেকোমুনা খেন্নাউ চঙনা চেনখিনব মঙলয়ে। থংলেনও তুঙঙাইগু হায়না থোখাম্বন্ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বদি কাওরেন মতুপ হাং মানবা মপা তম্বা শনগুম্বনিগিনা রা চানবিদে। মোমন্থ তাল্লোয় নকম্বনা ওবা চাকয়োম্বা রালৈ খোমহানবদা

---

তৌনু হায়না যিংবা। মোমনু--নুপী। নুজা--নুপী। অদোন চীননেবা খূমন চীম্বিবা। হুইয়াই শেনগোইয়ে—ঈকাইয়ে। ইনিংথোবু—ঐগী নিংথৌবু। শোংকিয়ে কিয়ে। ইরেং—ইপু। য়াদখিয়ে—য়াখিদে। খোমলেন—মঙ। কাইবৈ য়ন। কাংলৈ—শুমাং। চঙনা—হিংনা। তুঙঙাই-ও —ঙাইখো, তৌখিনু। রাচানবিদে—হায়বা য়াদে।

পাদম্বস্সু, পাচুদে। থংলেন ইবুঙো তাও তওচাইও হায়না খূজেং হংজি পায়না থৌখাম্ববু থৌখাম ওনদখিএ। চাখা মোইবেং ভুম্বদি থয়াং কোন্দাই লোনবনিগিনা ওকলেন তুগুম কচক হৌ লৌ মথ নাইনা খীকক্রি লনবাউখোন হু ডা মাকপখেন, যুমিং লাঞ্জেনখোন ক্বাক লানলাউখোন, চম্পুং ঈব উ.বান. চাংশাং নাখেখেন শমনা হুইশোনখোনবু নাচুদব, শাইবা পনথৈবা লংখোং ইংশি, পনম খোম-খেথাযব শোং কিদবনিগিনা নোংপোক খেবানথোংনা নাম্বেবা উ্য কোইবে নিংথাচুং ইংচন লৈথেৎ লাইশ. চুমবুন খাথাচু, মবো, চুনিং হেনবা নোংচুপ কমবোং অতেবা শিলহৈবা মথুৎশাবু ওইনবা চংশেন্না মবো, ওক্লা হুক খাকলং ভুশোম্না গেব মাওইন্না থেৎথা, চাবিথম মাকমবৈ উনাগে ইথা উবেকশেৎ নোইনিংখোই চেপথেৎনা খুদাং য়াই-চাউশি, অতাচবা শাদা কৈযানফি, অপা চীখোঙ লালহৌফি, চৈব ফিতু, থাওন্না পুন্নু, লালপোৎশেৎ, শঙদিং লালচৈল খেমনা হাওৈব খানা পাবদমদা হুয়েন লান্দাখিয়ে।

---

তরা —চাক। পাদম্বসু—খেন-চাং শ্লেংবদসু। খূজং হংজি পায়না —খূজং পায়নন। থৌখাম্ববু—খাম্ববু। থয়াং কোন্দাই লোনবা —খৌনাং ফবা। যুমিং—লান। নাচুংদবা—থৌশাদবা। শোংকিদ-বানিগিন —কিদবনিনা। ইংচেন লৈথেৎ—চুংদা থেৎপা লৈভেং। মবাং —চুং। উবেকশেৎ—উবোক মতু। পুন্নুং—মুরিৎ। শঙাদং

নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বগা হৈরেম কাংবীশু অথোবগা অনী-মক লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোক পান্দা লমওক্লরে। নোংযায় চাখা মোইরেম্বনা পাথৌ হৈরেম কাংবীশু অথোবা-ও ইবিংঙা অসি কোরৌ মুমিংমদি মরোং চংফুনা ভিমেন তা চায়নখিশে। হৈরেম কাংবীশুনা পাউগুমক্লকএ। পাথৌ চাখা মোইরেম্বা অথোবা-ও। অসি কোবৌ মুমিংমদি মবোং চংশু তাম, ভিমেন তাস্থ রাংলে। মোমন্থ মুডারক্তা কাওবেন তুংনাওশোন, খূশু মিতম পাইনা মানবা নিংথৌ থিন, কাওরেন মিংথা লাউ লৌবুক নারি শোন্না খাম্লৈ ঙমথুং তানঙম্মে। খোয়নৌ তেংকোক হৈবোইনা লৌরাই কামথোক অসিনা মবোং চংবু ওইকবোই চৈবু খাংশুবাকপা এম্নাউ পান্না, কাওরেন তনবা লেংনাউচৈ, মচীন কোম্থাও চাবন লেংবা অসিনা ভিমেন তাগা ওইকরোই। পাথৌও হৈবেম অযমুনাক মোংবা ইশাই-কোন্দা ভিমেন তাচেল্লু, মবোং চং চেল্লুখিগে। পাথৌ নোংয়ায়

---

লাম্লৈথেমনা—শাপোং লানপোং শেংতুনা। হাওরে—মাম্লৈগে। লমওক্লরে—থোংনরে, ওক্লরে। ইবিংঙা ইথোয় অনী। তাম—রাংপা। ভিমেন তাস্থ রাংলে—তাস্থ মাওরে, তাস্থ রাংলে। মোমনু নুজারক্তা—নুপী মরক্তা। খাম্লৈ—লৌবুক। কাওরেন তনবা লেংনাউ চৈ—শন হোইনবা চৈ। অয়ুমনাক—ইথুম। মোংবা ইশাইকোন্দা—ইথুমদা। ভিমেন তাচেল্লু, মরোং চুং চেল্লুখিগে—চুং তা লৌকখিগে।

চাখা মোইরেম্বা অথৌবা-ও খোয়মা ইমায় ওম্লোই ঋামজেং ইনম মকুলোইএ। হৈরেম ইপল্লম খুঙ্গান ইরৌ মাঙদা ঙাইথক অরাপোম্খারম্মো। হৈরেম কাংবশু অথৌবদি মোংবা মশাইকোন্দা ঋাইথুংলে। মোমন্তু ভাল্লোয় মরুম্বা শংলৌ এনথুরাংবীদা পাওমেনখিয়ে। শেল্লোয় ইপাতাউ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবনা ঐবু ভুয়েন লান শীং-খিএ। তবা চয়োম-ও রাংলৈ খোমহাল্লো হায়খিএ। মোমন্তু শংলৌ এনথুবা বানা তবা চয়োম্বা রাংলৈ খোমহানববু ফাখিগুম উনবী পুকনীং থুংকাতে। শানিগিদি শাদোমপোক, লানিগিদি লানদোমপোকপু পাচুইএ। থংলেন ইবুংঙো তা-ও খায়মা মনায় ওনগন্‌ ভায়না খোইদোংখিয়ে। হৈরেম কাং-বাশুদি লাবা পোংলোই মশীংশুনা খন, মবোং চুংদি ওক্তা ঙক, তিমেন ভাদি খুত্তা পায়না ভুয়েন লান্দাবকএ। শেল্লোয় ইপাতাউ তানমক্তি লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া খোংপাক পান্দা খোকলাং লমশীং ওন্নবে হায়দবরা?

---

ইপল্লম—ইপাগী লম। ঙাইথক—ঙাইহাক। মোংবা মশাইকোন্দা ঋাই-থংলে—ময়ুম য়োরে। মোমন্তু ভাল্লোয় মরুম্বা—মতু। ইপাতাউ—ইরূপ ইপিজা। ভুয়েন—লান। মোমন্তু—লুপী। চায়োম্বা—চাক য়েম্বা। রাংলৈ—য়ু। উনবী—পুকনিং। পাচুইএ—থুদম ফাওয়ে। থংলেন ইবুংঙো—ইপুরোইবা ইবুংঙো। লাবা পোংলোই মশীং শুনা খন—নিপা অমনা শেংপা হোৎনবা পোম্বাক শেৎলগা।

নো শ্বায চাখা মোইরেন্থা অথোবনা পাওমেল্লকএ। পাথৌ হৈরেম কাংবীশ্ও হৈরেম নবমথৈনে নঙনা হান্না তিমেন তা হুল্লো। হৈরেম কাংবীশ্না পাওমেল্লকএ। হৈরেম ইপল লম খঙ্গান ইপললমনিগুম্বসুভ নোংযায নঙনা হান্না হুযেন লান শীংলৈএ। পাথো মোইরেম্থা অথবা ও নঙদুম হান্না তিমেন তা হুল্লকও হাযখিয। নোংযায চাখা মোইরেম্বনা খূবাক তিল্লাই মেন, খোকলাং পমশিংননা তিমেন তা হুনখিবব হৈরেম কাংবীশ্গী শমু মখুদানব খিজিক খেৎনা তিমেন লৈদা তেন পাল্ল। নো যায চাখা মোইরেম্বনা পাথৌ হৈরেম কাংবীশ্ও শমু নখাদানবু তিমেন ইনু চচনা খেৎনা তেনবাল্লবনে হাযনা পাওমনখিএ। হৈরেম কাবীশ্না পাউখুললকএ। পাথো নোংযায চাখা মোইরেম্না-ও শমু ইখুদানবু ঈঙাঙ খিজিক থেকপদি অসাই বৎ হাগাশোন তিতি ঙনগা যাৎপদা থনবা কাপনি যাইচানা ইমু তো গচি বগিবু

---

তিমেন— ত। লমশীং—লম মশীং। নোংযায— থমন। হৈরেম নবমথৈনে -হৈরেম খুঙ্গান নহাক্কী নবমনে। হৈরেম ইপন লমনিগুম্বসুভ—ইপা ইপুগী ইরম ওইরবসু। খূবাক তিল্লাই মেন খোকলাং পমশিংননা — মখূবা ক্লা মতিন থাক্লগা ভাখোক্তা নান্দুনা। শমু মখুদানবু— খুদানবাবু। খিজিক — খজিক্ত‌ং। লৈদা তেনপাল্ল — লৈপাক্তা পাল্লে। তিমেন ইনুং চচনা— ঐগী ভানা।

লৌবানে পাথৌও হায়না পাউখুমখিয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বনা পাথৌ হৈরেম কাংবাশু ও কোবৌ নুমিৎ শীংবুম নঙানিদা হৈরেম নপন লমনা চুমশুনো হায়না রাশকনখিয়ে। তৌইগীদি পাথৌ হৈরেম কাংবীশু ও ত্রিমেন তা তুল্লকও হাযনা নোংযায় মোইবেম্বনা তনবা থবাক লোংনা য়াথিয়ে। খুঞ্জান আথৌবনা থূবাক ত্রিল্লাই মেন ত্রিমেন খাঙতপ পায়না ফেল্লকপবু অদোন থনুং থাৎ উনবী চফম লেং, শোয়বেন ফুমমী নমঙাননা লূভুবে হায়দববা? নোংয়ায় চাখা মোইবেং ঙম্বা অথৌবনা হৈরেম কাংবীশু অথৌবা-ও নোংয়ায এবু য়ুমথৈ ঙাকপা অদোন ইমৈ খৈবানে। খুমন লমকেংপা অদোন লমহাইবা, রাগ্রবা শাশীস্থু হুয়েন লানশীং মংলবনে। ফেবা তান্না শন্য লেগনবা মহাকনে। ইনোং

ঈঙাঙ —ঈ অঙাঙবা। অসাই — —য়াংপদ.—ঙসাই শম্পোৎ খোইনদা। খুনবী কাপত্রিংযাই চানা—কাকফৈনা। ইমু তোংগচিংবগীবু —ঈ পূপখিবগী। কোবৌ নুমিৎ শাংবুম মঙানিদা—নুমিৎ মঙানিদা। নপন লমনা চুমশনো—নবম অসিনা সাক্ষী ওইসনু, লাই রাম্মেন ভৌসনু। তৌইগীদি—তৌইগুম্বসুং, অহৃগা। পাথৌ—মদ্দপ। তনবা—নিপা। ত্রিমেন খাঙ-তপ পায়না—ত ময়ায়দা পায়না। ফেল্লকপবু—লংঙকপবু তুল্লকপবু। অদোন থনুং থীৎ উনবী চফম লেং—খুমন নিপা অতৃগী থম্মোয়দা লেংলে। ঙাইরখিও—ঙাইখো। লমকেংপা—লমাহেনবা। অদোন লমহাইবা—খুমন লমকেং

নোংশীংগু ইকুম কুমশিং শুববগীদমক য়ায়বা নশা ওই হুয়েন নয়ান ওইরবনে। পাথৌগু খোয়না ইমায় ওন য়্যামজেং ইনম মুকলরোইএ। নমোম লৈওন য়োয়বুনাই কোগে মোইরাম্বা চন্নুনা তবা চায়োমলক য়াংলৈ খোমকাল্লকপবু লৈএ। থকমিন্নখিসে তিমেন তাৈমৈ পায়না খোকলাং তাদোন থক্তা লান্থকনখিএ। তবা চাকয়োমস্তুভ লানচানখিএ। য়াংলৈ চীনখুন য়োংমন্নরবদা নোংয়ায় চাখা মোইবেং ওম্বনা পাথৌ হৈরেম কায়াং শঙ্গান মকুয়াং অথৌবা ও থাঙলেন চেপনা চনববু মচন ফবিও, খৌনাউ লেনখোঙ লেনবব্ মবেন ফবিও। লোইনী কাক অমুবা শাংলেন লৈপাম তুচিনবা চেকলা হাম বোইবনা থাওজি মিতম চেন, শবেন হিংশোন শায়না পাউ দোইনববু শোংকিয়ে। প্যামেন উইফথক্তা শা চানবগানে, থাঙয়ি লৈবোন চন যানজেং লৈকুপশাববু মশাফবি-ও হায়খিয়ে। হৈবেম শম খোঙতকপা চৈঙ পাম্না থৌবা, হৈবেম অকাংয়াং শঙ্গান মকুবাং হৈবেমকাংবশ অথৌবনা নোংয়ায় চাখা মোইবেম্ববু থাঙলেন চেপনা চন লুবক কাদৈ

---

লমহাইবা, লমহেনবা। ইনোং নোংশী শু—ঐগী নুমিৎ শুরনগা। বায়বা নশা ওই হুয়েন নয়ান ওইরববনে—নহাক্তা লান্দা ওম্নবনে। নমোম—নচন। লান্থকনখিএ—পান্নজনা থকমিন্নখি। য়োংমন্নরবদা—থকমিন্নরবদা। থাঙলেন—থাঙশাং। খৌনাউ লেনখোঙ লেনববু মবেন ফবিও—ডক ফজনা ককপিও। থাওজি মিতম চেন—শঙ্গম চেনবা। শোংকিয়ে—কিএ।

থি থৌনাউ লোনথোও লেপ্লে। লাল্লু পোল্লেম হাম্মা হৈরেম খেবে চীং খুঞ্জান লাল্লুথেন্দা ন্নাইথুংলে। হৈরেম মপা লাই খুঞ্জান মপু লাইনা ন্নাচুমলকলে। আসইঙৈগী নোংযায় চাখা মোইবেম্বগী তিমেন মতাচানা পাল্লববু খুনবী কাপতিং য়াই-থংচাগা ইমু তোংগা চিংবনে হায়না য়াথং ন্নাপৈ হায়বগী হেবৌনা ননা ফংলে। পলেম পীশোল্লে পন্থৌ পাশোল্লে। অনা লাইপোং ফাববদা অসাইঙৈগী লানশোক ন্নাশক ন্নাদি হৈরেম মপাচা খুঞ্জান ময়েল্লবু ঈকাই শেনগোইবগী পাউ তাক্লনা অনা লাইবম খওদবে হায়দববা হৈরেম কাংবীশু অথৌবদি অনা লাইপোং ফাববগী মিংয়েং নাউশুমদা ঈল্লুং মিশেং খাওনা লৈখিশুনো। লাইজা তোপনা হনখিগে।

নোংয়ায চাখা মোইবেম্ববু মকম লৈমা নামুন চাউবানা শমাও মথৌবোম য়াবাবোইদা কোবৌ নুমিং

---

চৈন্ত পান্না—চৈন্ত মপান্না। লাল্লু—কোক। লাল্লু পোলেম হান্না—অকবপা মকোক অদু পোলাংদা হাপ্তিন্দুনা। থাইথুংলে—ম্লোরে। হৈরেম — — — থাচুমলকলে—মপা মপুগী লাইনা লোই খায়েন তৌরকলে। খুনবী কাপতিং য়াইথংচানা ইমুতোংগা চিংবনে—কাকফৈ চিকপনে। ন্নাপৈ হায়বা—ওইদবা থা হায়বা। পল্লেম পীশোল্লে—অম্মা ইমা হায়না শোল্লে। পন্থৌ—মপা। অনা লাইপোং ফাথবদা—য়ামলা কন্না নাববদা। মপাচা ময়েল্লদা—মপা মচান্দা, মাগী শাগৈ নাতৈদা। শেনগোইবগী—ঈকাইবগী। মিংয়েং নাউ-

মালেম৲ মনারোইনা মথংলেনবু লাক্কবরা হায়না নোংহাম্ববু লাক্করে। নোংয়ায় শীংজা য়াইকোইবনা না ভাগ্রকও। মোইরাম্বা চন্নু লৈমা নামুন খাম্বীও নথংলেন, নোংম্নায় চাথা মোইরেম্বদি হৈরেম মরকশি কোনয়া. থৈথোকপান্দা শাইবা পনয়েথা লাংখোং ইভাশি পনম খোময়েথায়বমু লান্নংলে হায়না পুগুভিমেল্লবদা লৈমা নামুন খাম্বীনা কোন্নৌ নোংবু য়েং মালেম লৈবু থীন্না তকলোশীদং শোন নোংথম্বিচা ইরান্না খোয়জি মুংয়া পায় ইচৌবীচা থা মাংনা হেকভাই মপাউ চাঙ্গ পিবেম থরুকননা মুংওনখিয়ে। লৈমা নামুন খাম্বানা নোংয়ায় কংলা তোংলেংয়ায়দা য়াহগখিয়ে। ইনিংথৌ অদোন পুনশিবা-ও নদাইরেম থংলেন ইনেম মচা চাথা মোইরাম্বদি নোংযায় নিংথৌ নথোথাগী হৈবেম মপূংয়ায়দা নোংমল্লে। লৈকাই পুজরুক লাংবন

---

শুমদা—মিং ককলা অমতা তুমদনা। ইনুং মিশেঙ থাঙনা—অতিং তুমদবা মথৈ। মরুম—মতু, মাগী ভালোয়। মথংলেনবু—মপুরাইববু। নোংহাম্বদু—ভাইববু। নথংলেন—নপুবাইবা। কোন্নৌ—অতিয়া। নোংবু—অতিয়াবু মোংথোবু। মালেম লৈবু থীন্না—লৈপাক্কী মখোঙ থীন্না। তকলোশীদং শোন—তকশি শোন্না। পিবেম থরুক ননা—মপি তরং তবং শিন্থনা। মুংওনখিয়ে—পুকনীং নুংশিবা। য়াহগখিয়ে—বা হায়জখিয়ে। নদাইরেম—ননাই। থংলেন ইনেম মচা—ইপুরাইবা। নোংয়ায় নিংথৌ নথোথাগী—থূমন নিংথৌনা থোদাবগী।

অওল্লুক, থোংনাং মায়তেকপা ফানা লুকক্কুম চেঙবুম মনাউ-তোনঙম্ববু লনশিংবিও। ন্থজা মতিক নত্তনা থংলেন ম্নুংশি মৈনা কংলা ব্রাকোংলুইএ। নোংয়ায় খানা থনবা অদোন লাইথা তেম্বশিংনা পাউয়াখিদে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা পাউমেল্লকএ। কেগে মোইবাম্বা চন্থু লৈমা নামুন খাম্বীও ইদাইরেম নোংখায় চাখা মোইবেম্বদি অদোন লমকেংপা খুনন লমহাইবনে। নথংলেনগী তনবা মতূকনববু য়াওদে। লাংবন অওল্লুক লৈকাই পুজকক্লুম্বব লনশিং ঙনলোইযে হায়না ব্রাকনখিয়ে। লৈমা নামুন খাম্বীনা চরৈ লুখুম চাউ পিবেম থকমাতানা কেগে মপনলম মোইবাং মঙা লমদা ব্রাকয়ৈ হি খোঙওইননা ব্রায়বা শানেকখি, হুয়েন লান্নেকখিএ। কেগে উবা ইকৈঙাই ঙানথম ইনাউ ঙাইশিংও। থংলেন য়াই ইনেম মচা চাখা মোইবেম্ববু লমলেন হৈবেন মবকশি কোনয়া থৈগোথাকপান্দা নোংহামলে। থংলেনগীদমকপু

---

মপংয়াবদা—লৈবাক্তা, লমদা। নোংমল্লে—শিরে। নূজা—নুপী। কংলা বাফোং লুইএ—কোনুংদা লাউরুইএ। চন্থু—নিঙেঙান। ইদাইরেম—ইনাই। অদোন লমকেংপা খুমন লমহাইবনে—খুমন লমহেনবনে। নথংলেনগী—নপুবাইবগী। লনশিং ঙমলোইএ—লমন শিংবা ড়ন্মোইএ। বাকনখিয়ে—হাযক্কবা হাখিদে। চরৈ লুখুম চাউবা—ফীকক খুম্বা। মপল—মপা। মপল লম—মাগী পোক্রুকম লমদম। ঋাকয়ৈ খোঙওইননা—হি তোংহনা।

লৈকাই পুজরুক থোংনাং মায়তেকপা মরূকক্ষ্রবু লনশিংবিয়ু, হৈরেম কাংবীশ্ চায়না খোঙফেন্নবিও মোমন্থু ঐদি ভয়ুম ননাই ওইগে হায়না থৌনেকপবু হোয় য়াদে। য়োইবু নাই লৈমা নামুন খাম্বীও। নথংলেন নোংয়ায় চাথা মোই-রেম্বদি কৈরা তাম্না চাউ শমু লেংগম্নেএ। হুয়েন লানশীংগু রায়রা শাশীং হাঙদবযু নত্তবরা ? হৈরেম মপুয়ায়দা করম নোংমল্লুরবনো ? লহান কেগে ইখোয়বু লোক্তাক নরৌ ওইফরোই শীংজ রাকোইকরোই, য়েলাং থৌচৎফরোইএ হায়বা নত্তবরা ? কেগে মতিকনা মোইরাং মপানববু য়াঙদে। হৈরেম মপুংয়ায়দা লনশিং ঙমলোইএ হায়না রাকনখিএ। লহান নোং নোংমায় কাওচাচৎ অদোন মনজা হোনবা নোংগী রাওইঙাম্মে। লৈমা নামুন খাম্বাদি নোংয়ায় মপুংয়ায়দা অমরক হলরাইরকলে। থাঙভা ঙারৈকোক লৈকাই মপানশাংগী থাংয়ি ইথৈফৌ লাংবন ইখাঙশিংগুম্বী নাপা শেকলৈশেক অঙোবনা মপা ঙোনা শাববা অহল

---

নোংহামলে—শিরে। লনশিংবিয়ু—লমন খুন্থাম্বু। মোমনু—নুপী নুজা। ভয়ুম—মনাই। থোনেকপা—নেকপা। নথংলেন—নপুরোইবা। কৈরা—কৈপল, কৈবোম। মপুংয়ায়দা—লমদমদা, মরৈবাক্তা। নোংমল্লুরহনো—শিরুরবনো। কেগে ইখোয়বন্—মোইরাং ঐখোয়মন্—লনশিং ঙমলোইএ—লমন খুন্থা ঙম্মোইএ। নোংগী—নংমিংকী। নোংয়ায় মপুংয়ায়দা—থুমন মরৈবাক্তা। হলরাইরকলে—হল্লকলে।

মতম ওইরবী হনু ময়াই কারবী অমতং থাঙজা লৈকাই পোইরকএ। ইহুইরোই কেগে মোইবাম্বা চনু লৈমা কেগে নামুন খাম্বীও। কদোবা নোংয়ায় যুমথৈলোম কেগে খুল্লক চঙবনো? নথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী মশানৌ পন্থৌ পামচা পল্লেন পীমচা শিখোং মশাইকোন্দা তরা চাক্তাংখিবা, নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবা রায়রা শাদা কলবা হুয়েন লান্দা থৌবা তনবা মতুক হাঙকাওরেন মপাতাম্বা শনগুম্ববু হুয়েন লান নেকলু ও হায়না পাউত্তাকখিয়ে। লৈমা নামুন খাম্বীনা শিখোং মশাইকোন্দা অচেন থংলৈ যাওনা রাইথ্ংলবদা খোয়নৌ মতা ঙাইশিংদা পাউহংখিয়ে। নোংযায শিখোং নিংথৌবগী মোংবা মশাইকোন্দি কদায়নো হাযনা পাউ হংখিয়ে। মোমনু যাংলৌ লমথাওদা লমগুক্কবীনা নোংয়ায় শিখোং লান্তবদি য়ুমজান য়াতা তাউবা শাইনোন ইত্তাই যৈবা অসিনে হাযনা পাউতাকখিযে। লৈমা নামুন খাম্বীনা চেংলৌ মিংকোয় অনামক্তি মশানৌবু শংনা য়েংববু

---

থাঙজা—লৈকাই। হনু ময়াই কারবী—হনুরবা। পোইরকএ—কোয়বকএ। ইহুইবোই—ইমৌনুবী। কদোবা—করি তৌবা, কৈদো নবা। নথংলেন—নপুবোইরা। মশানৌ—ননাউনিপা। পন্থৌ পামচা—মপা অমত্তনা পোকপা। পল্লেম পীমচা—মমা তিন্নবা। মশাই-কোন্দা—মরমদা। তরা—চাক। মপা তাম্বা—মপা লৈতবা অচেন থংলৈ য়াওনা—য়ামনা থ্না য়াওনা চত্তুনা। রায়থ্ংলুবদা—

মথংলেন নোংল্লায় চাখা মোইরেম্বগী নাতোন কোরী নাপোম-থোং চীনবান মোইগাইয়াং মিংমৈনাশংভা পুন্নুং লেপপান-থোংবু চ্নামাল্লে হায়না শমু থোঙ থাংজিনখিএ। লৈমা নামুন খাম্বীনা শানৌ লৈরাং অতোনবা উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা হুইয়াই লীকলু অথেঙলাগুম্বাও ঐনে নশাবি নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বগী তাল্লোয় মকম্বীনে হায়না পাওমেনখিয়ে। নশাবি মোইবেম্বদি খূমন নিংথৌ পুনশিবা মথৌথাগী হৈবেম মপুংয়ায়দা নোংহামলে। নশাবিগীদমকপু কবোং খুৎকুমলো, লাংবন চেঙবুম মনাউতোনগুম লনশিংলো হায়না হুয়েন লান নেকলবনে হায়না পাওমেল্লবদা লৈমা নামুনখাম্বীগী কোলোয মতিজমেনবু না তাববদা য়াবেন খোঙথৈ চীক শয়েং পানগতিংনা তকলৌ শিদং শোন্না ওকলেনগুম কচকপৌ, থিংলোগুম মথি নাইখিয়ে। শাবি মতৈ মনাউ অনীমক্তি

---

থুংলবদা, য়োরবদা। খোয়নৌ—মভা। মোংবা মশাইকোনদি—মযু মদি য়াংলৌ লমখাঙদা—লম্বীদা। শংনা য়েংববু—মুন্না য়েংববু। পুনুং—মরেপ। শানৌ—ইনাউ নিপা। লৈরাং অতোনবা উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা—কোন্না পোকপা, অতোম্বা। নশাবী—নয়াম্বা। তালোয় মকম্বীনে—মতূনে। হৈরেম মপুংয়ায়দা—হৈরেম মরৈবাক্তা। নোংহামলে—শিরে। লাংবন চেঙবুম মনাউতোনগুম লনশিংলও—লমন থুমলও। কোলোয় মতিনমেনবু—ময়াথংবু। য়ারেন খোঙথৈ চীক—ময়া ক্রক চিকতুনা। শয়েং পানগতিংনা—মপাম্বোম তিংতুনা

নোংয়ায় মপুংয়ায়দা য়াইথুংলরে। নাউরা লাংজেং নাতম-লক্পা, পাহাং নোংজেং ওইরিব-ও শাবি নতে লৈমা ঐনা তরা চাকয়োমগে য়াংলৈ খোমহানগে হায়খিয়ে। মতে লৈমা নামুনখাম্বীনা তরা চাকয়োম্বসুও ময়োম কৈএ। য়াংলৈ খোমহানবসুও য়ায়বা শামি হাল্লে। শানৌ লৈরাং অতোনবা-ও য়ায়বা শামি হুয়েন লানয়োম্ববু পাচুইএ। ইশানৌ নঙবু খোয়মা নমায় ওনগুনো, য়ামজেং ননম মুক্কনো হায়খিয়ে। নোংয়ায় শিথোং নিংথৌবনা শাবি চাখা মোইবেম্বগীদমক কবোং খূৎকুম্ববু যোন্দনা তানফংলক্কে হায়না মবোং চেপয়ান্না থেৎথাং চাবিখম, তিমেন তুংশোন্না শংদিং লাল্লেথেম, ফিমু লাইপোৎ মঙান্না, অঙাঙবা শাদা কৈফি অমুবা চীংথোং লালহৌফিবু চবৈ ফিহুং থাওন মঙান নাইনা হাওবৈ খানা পাংববমদা হুয়েন লান্দাবকএ। নোংয়ায় শিথোং নিংথৌবনা হৈবেম শীংজা য়াইকোইবা মুজা য়েলাং থৌচৎপীদা পাউহংখিয়ে। হৈবেম খোংঙা খোঙতেক আ

---

তকলৌ শিদং শোন্না—তকশি শোন্না। নাউরা—অঙাং। পাহাং নোংজেং ওইববা—মতু লৈত্রিবা। তরা—চাক। য়াংলৈ—যু। শানৌ লৈরাং অতোনবা—ইনাউ নিপা অতোম্বা। পাচুইএ—থেনচাং য়েংবদা কৈএ। য়ামজেং ননম মুক্কনো—নম্‌য় লৈতুনা চেনগনো। য়োন্দনা—শোয়দনা। মরোং,—চুং। তিমেন—ভা। শংদিং লাল্লেথেম—শাফি লানফি লেংতুনা। হাওরৈ খানা পাংবরমদা—মথা মায়-কৈদা। কদায়রম—কদোমদা। য়েলাং থৌচৎপীশিংদা—থবক চৎপা

চৈশুপান্না থোৌবা হৈরেম কাংবীশ্ অথোৌবদি কদায়্নরম শীংজা রাইকোইখিবনো হায়ন। য়েলাংথোৌচংশীশিংদা পাউহং-খিয়ে। হোয়দা নোংয়ায় শিখোং নিংথোৌব-ও। লহান হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা চায়না নোংগী হেরৌননা নাফংবগী হুমলেন য়াইবী মরু হুপনা অমন নাং-গারাং য়াংলৌ খিস্থাথোকলে। অসি কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরে হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা হাওশি মং খিনগে হায়রে হায়না পাউতাকখিয়ে। নোংয়ায় শিখোং নিংথোৌবনা চরৈ মনিংখম শংদিং মবোল্লু, চুংলোং মনমখাঙ তিমেন মখুৎশ্রু খোয়ম্না নারোনম্নুং হৈরেম মপান খোংদা লোৎলম্মে। ইন্নুং শোয়ায়মদা য়ুমলেন শাইগং ঙানা না তাখিএ। হবেম মিয়েং নাউশুমদনা খোমলেন তুমগন্দবনা পাওমেল্লকএ। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা লালু পোলেম নুংগীবু শীংচেপ মৈরা মুৎকুনো হায়না পাওমেনঙম্নবু নোংয়ায় শিখোং

---

মীশিংদা। নোংগী—নুমিৎকী। হুমলেন—নুংশিৎ। য়াইবী—থরায়। অসি—ঙসি। কোরৌ—নুমিৎ। হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা—হয়েং নোংঙাল্লগা। হাওশি মংথিনগে হায়রে—অশিবা মশা অড় পোৎলোইফমদা পুগে হায়রে। চরৈ—ফি। মনিংখম—মাগী নিংখম। তিমেন—তা। মখুৎশ্—মানা শীজিন্নরিবা খুৎলাই। খোয়মা নারোম্নুং—নাপী মরক। ইনুং শোয়ায়মদা—অহিং নোংয়ায়দা। য়ুমলেন—য়ুম। লালু পোলেমনুংগীবু—পোলাং মনুংদা থমলিবা

নিংথৌবনা না তারে। তকলৌশিদংশোন তিল্লাং মখোয় শাউনা যাইবী কলহৌনিক নমুন মীয়ামলক্লা চোংথোকলে। ঐনে নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বগী মশানৌ নোংযায শিখোং নিংথৌবনে হায়না হৈবেম ইন্নুং মিশেংখাঙবগী শীংচেপ মৈবা ছাইজো মুৎনা হৈবেম লৈকাই মপন শাংবু থাম্বী মৈগা থাদোকলে চকমোম মথিনাই থুমবী মৈমাংচন হুয়েন লানশীং মুৎলে। মৈবী তাঙ্গোযববগীদমক মমুম হৈবেম মণিন নাইবদি থিংবা য়ামনা লাঙতকনা, কৌজেং যামনা মীচিক্লবে। নোংযায শিখোং নিংথৌবনা ইন্নুং শোযায়মদা য়াংলৌ তানবন চেনগানা, শাশং য়ুঙৈবান তোংজেং কুযায নুংগী হৈবেম কাংবাশু অথৌবা হুমলেন য়াইবী তুপলববু লুবক কাঙদৈথি থৌনাউ লেংখোঙ লেল্লে। হৈবেম খোঙাতক ভাশৈবা, লেনাউ হাওখোম্বা হাওদং পুংদোইবনা ইন্নুং শোযাযনদা থানবন লাইযিঙাম্ববু থাওলেন

মংকাক অহ। তকলৌশিদংশোন—তকশি শোল্লহনা। তিল্লাং মখায় শাউনা—য়ামনা খোযদৌ শিকনা শাউরহুনা। যাযবী কনাহৌনিক—মথবায় শোকনা। মশানৌ—মনাউ নিপা। ইনুং মিশেংখাঙবা—অহিং তুমদনা মিশেং খাঙবী। থাম্বী—মৈ। চকমোম—মৈ। য়াংলৌ—লম্বল। তোংজেং কুযায়নুংগী—কু মনুংদগী। হুমলেন যাইবী তুপলহবু—শিববব্ব। লুবক কাঙদৈথি .. .. ... লেল্লে—মঙক ককলে। পুংদোইবনা—পুংয়ৈবনা। ইনুং শোয়ায়মদা—

চেপনা চন, লুবক কাওদৈ থি যৌনাউ লেনথোও লেন-লকএ। হৈবেম শোইথিংনাউ থুজ্ঞানশোই মনাউস্লুও লোক-লকএ। মশাবি নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বগী লাল্ল পোঞ্জেং-ন্নুপী শীংচেপ মৈবা থানবব্ন চবৈ নাহোশা পাইথু লেং-হান্নবা তৈবেম পঙোডবু কান্না চোংলকলে। নোংযায় মপু-যাযদা লৈমা নাগ্ন খাম্বীনা মীকপথিএ। মোমন্ন শংলো ইথৌবাড এলাং ইঙমদমগীবু শানৌ লৈবাং আতোনববু হৈরেম মপুংযাযদা নোংমল্লববা হাযনা মিকপখিএ। হযেং কৌবা চীংলেন নোংগাশায শোরা তৈমা ওল্লকলবদা খোযনৌ ইভা ডাইবোইনাইশিও অশি খোমলেন মঙলানচান্দা যাওবৌ শানিগী শায়াম চনবা হুযেন লান্নিগীদি লানযাম চনবা মঙবু মঙলম্মে। শানৌ লৈবাং আতোনবব থিংলো যাইথাবোইএ। মবোং চৈচল্লোইএ। তবা চাকযাম মন বাংলৈ খোমহানমনবু হাঙলকলোইএ। খোযনৌ ইতাশি ও ইথোযদি অসম নোংযায লোবেনদা, লমলেন উচিবাদা

---

অতিং চবুক্তা। লেকলকএ খোমলকএ। নোংযায মপুংযাযদা—খূমন্দা। মীকপখিএ—কপখিযে। মোমন্ন—নুজা নুপা। শানৌ লৈবাং অতোনববু—ইনাউ নিপা অ'তাম্বব্ন। নোংমল্লববা—শিববা। হযেং কৌবা . — — শোরা তৈমা ওল্লকলবদা—নোংগাল্ল-বদা। য়াওবৌ—শা। তবা চাকযোমমন—চাক চয়োম যোমজমন। বাংলৈ খোমহানমমগীবু—য়ু হানখিন্দমকপু। অযুম—ইযুম

শানৌবু ঙাইখমলুসে হায়না হৈরাঙ অশং য়েং তাউজিং অমুন-খন তরা চাকয়োম পু রাংলৈ খোমগা হান্না ঙাইখমএ। মশা নৌ লোইরক অথুবা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবদি মশাবিবু নমদা পো শোইথিং শোইনাউ লেংদা থোংনা লাল্ল খুল্লা শ, থাঙলেন নামৈ য়েপ মরোং চেপয়ান্না, ভিমেন তাবু য়েংওইনা, থেৎথাং চারিখমনা থিংলৌ নীংনা তেরকপবু লৈমা নামুন খাম্বীনা, মশাবিবু খূবাক লাইখল শা, চেংলৌ মিৎপু কূপ্তনা য়েংববু চেংলৌ মিৎথিৎলে। খোয়নৌ ইতাশা শানৌবু লাকলে। শানৌ লৈরাং অতোনবনা চরৈ নাহোং শানা পাইখু লেংহান্নবা অসি ইশাবিবু ওইরিঙৈনে। শমু খুত্তা পায়বা অসিদি এলাং খুদাক ঙাইরনদিনরিরোই। লাল্ল পোল্লেম মাল্লে, তোথোপ খহাংনৈএ। মশানৌনা ব্রাইথুংলবদা লৈমা নামুন খাম্বীনা শানৌ নঙদি ঙাইরখিও।

---

ঙাইখমলুসে—ঙাইরুসে। হৈরাং—হৈ। তাউজিং—হৈ। মশানৌ—মনাউ নিপা। মশাবিবু নমদা পো—ময়াম্বু নঙন্দা পোত্নু লেংদা থোংনা—লেংবান্দা হাপ্তুনা। তেরকপবু—হল্লকপবু। চেংলৌ—মিং। চেংলৌ মিৎথিৎলে—উরে। শানৌ লৈরাং অতোনবনা—ইনাউ নিপা ভোম্বনা। চরৈ নাহোং — — — ইশাবিবু ওই-রিঙৈনে—নাহোং শানা পোত্নুনা পুরকলিবা অসি ইথংলন (ইপু-রোইবা) ওইরিনি। শামু খুত্তা পায়বা অসিদি—মখুত্তা পায়রিবা অসিদি) তোথোপ—পোলাং। ব্রাইথুংলবদা—য়োরবদা, থুংলবদা।

অরা হুকনা চোক, এনবী ছুইয়াই তোন সনা লাঙজৈ চোকএগুম অরা পোৎথোকখিও। নশাবিবু ফৈবাতান্দা থোংনা লাংগোনখিগে । লৈমা নামুনখান্বীনা মথংলেনগী শরা লুমথাংথৌ লৈবাং অতিংঙাবু ফৈরা তান্দ থোংনা থংলেন ইনেম মচা নোংয়ায চাখা মোইবেম্বা অথৌবা-ও ইপন ফৈবা তাজীনথক্কী থোয়মা ঈহৌগী য়ামজেং ঈকাগীও। নকুম থৌখামথোনবু না তাদবগী হৈবেম মপূংযায়দা কদম নোংমল্লুবনো কল্লকএ। খজাই লেংওন চুপ পিবেম থাকুক্লনা হেকঙাই মপাউ চাউনা মালেম লৈদা ওন্না মীকপখিএ। লূকলেন পমনা হা তবা চাকমাইলেমনা মাযথঙখিযে। ইশানৌ লোইবক অথূবা -ও নোংযায শিখোং নিংথোবদি কাদৌনগো ? পল্লেম নুখুবীচা হৈবেম খুঞ্জান ঙম্বা খুঞ্জান কাংবীশ, ফাবা নোংযায শিখোং নিংথৌবাও কৌশে হায়না মিং হোংখিযে। অদু নোংগীবু হৈবেম খুঞ্জান ঙম্বা, হৈবেম কাংবীশ, অথৌবা শাজং যৃঊৈলানগী. খুঞ্জান য়াঙনশাংবু কাইনা ভুনবা, হৈবেম থোংথোক অশৈবা লেনাউ হাওখোম্বা,

ঙাইরখিও—ঙাইখো । অবা পোথোকখিও—অবা পোথাখো । নশাবিবু—নয়াম্ববু । ফৈবা তান্দা থোংনা—তম্বাক্তা থমওনা। মথংলেনগী নপুরোইবগী । শবা লুমথাংথৌ—লাইবক্কী শক, অস্থি। মালেম লৈদা ওন্না মীকপখিযে -লৈপাক্তা থরো থবো ওন্দুনা কপখি। লুকলেন চাক। ইশানৌ লোইবক অথূবা --ইনাওনিপা। পল্লেম-- মমা। মিংহোংখিয়ে-- মিংথোনখিয়ে। কাইনা ভুনবা --লান্দা ঙম্বা।

ছাওদং পুংদোইবা থানকম লানয়িনবা ফাবদি নোংমায় মনিংথৌনা য়োইচান্নখিয়ে। লমলেন হৈরেম মরক্কাশি কোনগ্না থৈথোকপান্দা চায়না খোঙফেন্নবা অচুম্বগু মদোমদে।

লমলেন মন্দাইমা হাওবা তাক লমযেং কাই, নোংয়ায় ঈরাউথু, ছাওখা ঈক্রুমপান, আতোন ঙানবা খাইফবমা খাযববু খাযঙমদযরম তাবাবম, থোঙাই তেমফবনা তেমদবরম নোংয়ায় শায়োক কোন, খুমন য়াওরো শঙাইকোনবু নাতৈননা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। নোংয়ায় হাওবা অথৌবগা পোইরৈ মৈতৈ রাংখৈ খোইয়া অথৌবগা তিমেন ত: চায়না মবোং চংং কুনৈএ। নোংয়ায় তিমেন মথুংশংনা ফেল্লবদি পানবী লাংবান তুবে। রাংখৈ খোইয়া অথৌবনা ফেল্লবদি খোবা চাকয়োং লমদা তা পাল্লে। নোংয়ায় হাওবা অথৌবনা খোযমা মমায় লৈনা নোংয়ায মপাচা অদোন ময়েল্লু লুক্রুই নামথুম্বা. শোইবেন খমঙাকপা নোংযায ঈশিং ঙাখিবা কন্না লৈরনো হায়না লাউববু মখোন খুরে ঈরাউথু থোন্নেএ।

---

অশৈবা—ঈশৈ শকপা। পুংদোইবা—পুংয়েবা। য়োইচান্নখিয়ে—লুনা তৌনখিয়ে। লমলেম—লমদম। য়াওবো—শা। নোংয়ায়—খুমন পোইরৈ—মৈতৈ। তিমেন—তা। ফেল্লবদি—লংলবদি, ছল্লবদি। চাকয়োংলম—খোনাউ, খোরী। খোয়মা মমায় লৈনা— মমায় ওন্দুনা। নোংয়ায় মপাচা অদোন ময়েল্লু— খুমন মাগী মরী মতা শাগৈ নাতৈ। লুক্রুই নামথুম্বা— লংথুম্বা। নোংয়ায়—খুমন। ঙাখিবা— ঙা ফাবা।

লমলেন নোংয়ায় ঈবাউগু হাওখা ইকুমপান্দা হাওবা অথৌ-বদি খোয়মা মমায় ওন্না চেনখিববগী রাংথৈ খোইযা অথৌ-বদি তনবা মচীংঙেন লাবা মবাই লাংনা হুলরাইবকলে। নোংয়ায় হাওবা অথৌবদি শিগবনা শিদখিযে। হাওবতাক লানগাই হাওখা ইকুমপান্দা চাযনা খোঙাফন্নবা অহুম্নঙ মদোমদে।

লমলেন শাচিং লাবাং কোন কৌবদি কদৌনোং-গীনো? কম্বোং চেংখু চেংযাম্বী মপাবি কামঙামকনা চামলৌ লাচেন্নগে লা বদা খুঞ্জান লাইকাচঙ শিলহৈবা চন্ড লিনগোইগী নোংয়ায লাকমন লাম্ববনা কম্বোং নপাবম, লংমাই নপুবম্ব নত্তে। নোংয়ায় ইপাবমদা কবিগী চামলৌ লাচেন্নবগবনো হায়না কোযনা কোযনা তান্নবে কোইচীংও খোন্নৈএ। মশম মনা রাযনা ফাবে বায়থৌও কৌএ। যশা লাকনা চিংখৎলে শাচিংও থোন্নৈএ। অমা লোংনা কমলে

---

খোযমা মমায ওন্না— মমায লৈনা। তনবা— নিপা। তনবা মচীতেন লাবা মরাইলাংনা। হুনবাইবকলে— মমায পাক্কা হন্নকলে। শিদখিযে— শিখিদে, মথৎায় মাঙখিদ। চায়না খোঙফেন্নবা— তা চাযনখিবা। অহুম্ন মদোমদে— মাহুনসু লোইবা নত্তে (অতৈসু লৈবি)। কদৌ নোংগীনো—করি মরমগীনো। কম্বোং— থাঙঙা কম্বোং। মপাবি—মচা-নিপা। মমোম— মচানূপী। চামলৌ—লা। খুঞ্জান— হৈরেম খুঞ্জান মচা। কম্বোং — — — নত্তে— থাঙঙা কম্বোং নখোযবী নপ-নপুগী লম নত্তে। মশম মনা রায়না— মশম পায়না। কমলে— থাঙনা

লাবোং কোন ও কৌএ। পুৎথা পুৎথা তান্নরে, খমপুৎও থোন্নৈএ। চিংলৈতোন শাথিবা খমলৈ'তোন লৌথীববু খম্না ফারে চীংখম লমলেনবা ও কৌএ। কমবোং মহি নাদা শিংদা ঙাঙনা কারে ঙাংলোও থোন্নৈএ। অদোন নোংয়ায় থিংবাই শাবোনপানা চামলৌ লা ঙাকএ। য়ায়থৌ লমকল্লে। ৱাংথৈ খোইয়া অথৌবা ৱায়থৌ লমকল্লে, চামলৌ লা ঙাকএ। পোইরৈ অখোং শিংগ্রেংনা চামলৌ লা চেকনগবরা চেকনদে। নোংয়ায় হাওখোং শিনাইথুনা চানগবরা চানদে ৱায়থৌ লমগনবা চামলৌ লা ঙাকপদগী হৌনথি। পাথৌ নচনগু পোইরৈ লমকেৎপা ৱাংঙম লমথোইবনে। তনবা ইবিংঙা চায়না গোঙফেল্লখিসে হায়না তেনশিংনখিএ। নোংয়ায় থিংবাই শাবোনবগী তিমেন মখুৎশিনা ফেল্লবদি খোয়মা লাংদোন শননা মালেম লৈকং তুবে। ৱাংথৈ খোইয়া অথৌবনা খূবাক তিল্লাইমেন, খোকলাং পনশিংননা তিমেন তা ছুনখিববু লাবা থন্নুং থিৎ উনবা চফম লেংলে। অদোন

---

ম্রান্দুনা হাংলে। কম্বোং— থাঙ্গা কম্বোং মচাশিংগী। থোন্নৈএ— কৌনৈএ। চামলৌ—লা। লমকল্লে— লম ঙাকএ। পাথৌ— মরুপ, শামান-লেংমান্নবা। পোইরৈ—মৈতৈ, ৱাংঙম। লমকেৎপা— লমহেনবা। তনবা— নিপ্পা। ইবিংঙা— ঐখোয় অনী। তেনশিংনখিয়ে— লান শীংনখিএ। মালেম—লৈপাক। খূবাক তিল্লাইমেন— — — — পমশিংননা —খূবাক্তা মতিন থাকলগা তাখোক্তা শিংনা পায়হনা।

থিংবাই শারোনবদি খোয়মা মমায় ওন্না হুয়েন লাঞ্জেনখিববু ব্লাংখৈ খোইয়া অথৌবনা তুরেন মোংবা ঈবু কান্না চোংনা লাবা তুইন্ননা হুয়েন লান্তানখিয়ে। অদোন নোংয়ায় থিংবাই শাবোনববু নোংয়ায় মরমখৈদা তানফংলবগী লুবক কাণ্ডদৈ থি খৌনাউ লেম্থোও লেপ্লে। লাল্ল পোলেন হান তৌথোপ খঙ্গাংনা লাবা মচাহেন তনবা মরাই লাংনা ওন্দেবকলে। অতু নোংগীবু তুবী খোইহৌরা পাংথ্যাইকোনথল্লা ঈমু কোনমাংলা, লাইহে শ্রোল্লোংপা লাইরা শোইয়াম্বা ব্লাংখৈ খোইয়া অথৌবনা ব্লায়থৌ লমলোকপা নোংয়ায় থিংবাই শাবোনবা নোংমন লা-ও ভৌনা কৌএ। লমলেন শাবচিং লাবোংকোন ব্লায়থৌ লম্মহন্দা চায়না খোঙফেন্নবা অতুস্থ মদোমদে।

লমলেন কোইজিং কোইমহৌদা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। অদোন নোংয়ায় হাওখোং শিনাইখু অথৌবগা

---

তিমেন — — হুনখিববু—তা লংখিনবু। হুয়েন লাঞ্জেনখিববু—লান চেনখিববু। মোংবা ঈবু—তুরেল ঈশিংবু। কান্না চোংনা—লাম্দূনা। তানফংলবগী—ফংলবগী। ওন্দেরকলে—হল্লকলে। লমলোকপা—লমচনবা। নোংমন লা ও—শিবা। তনবা চাঁয়েনা— মিপা অনী য়েমবা।

কোইজিং কোইমহৌ—কম্মোং চেংখু চেংয়াম্বী মপাল্পি চেংলৈভোন লৌথিবা খমলৈভোন শাফববু নোংয়ায় লিকমন লাম্থবনা ফোয়মা কোয়না তান্নরে হায়বগী লমলেন কোইজিং কোইমহৌ কৌথি।

পোইরৈ মৈতৈ রাংখৈ লাইকোক পাম্বা অখোং শিঙ্গারেং অখৌবগা তনবা চীয়৯না কাওবেন লাইথেংনা মবোং ছুং ফুনা তিমেন তা চায়নববু লৈএ। নোংয়ায় হাওখোং শিনাইগু অখৌবগী তিমেন মখুৎশ্‌ন্না ফেল্লবদি, শোয়বেন ফুমি তুবে। পোইরৈ মৈতৈ রাংখৈ লাইকোক পাম্বা অখোং শিংগ্রেং তিমেন মখুৎশ্‌ন্না ফেল্লবদি খোয়মা লাংদোন শম্মা মালেম লৈকং তুরে। পাখৌ-ও ইবিংঙাদি পোইরৈ লমকেৎপা খূমন লমথোইবা মশেন্নে। ইবিঙানা তিমেন তা চায়নবা অসিবু শিগবরা শিদবে। হয়েং পোইবৈ চাদোন্না নোংয়ায় শ্‌দোন্না নিল্লগনে হায়না তিমেন মখুৎশ্‌ন্না থৌহ্‌ নুংদা ইবন্মে। নুংঘিও কৌববু পোইবৈ ত্তাবা থিবনা নুংগৈও কৌএ। লমলেন কোইচিং কোইমহৌ নুংয়ি চীংমৈথাদা চায়না খোঙাফেন্নবা অত্নুগুও মদোমদে।

লমলেন ব্রাইশা পন্দোনলা, য়োইবা ফনাম্বা শীংচেপ নানবন খন, অখোং খবা চীংগাবম পোনবী রাইরং চেকনা হুমন-রম. অম্বা লমলাংচান লেংনা ঈ নামুং থেঙা লমনুংশি কাওরেন

---

তিমেন মখুৎশ্‌না— মাগী মখুৎশ্‌ ভানা। ফেল্লবদি— হুল্লবদি, লংলবদি। খোয়মা — — — — লৈকংতুরে— লাংদোন শম্মা লাকতুনা লৈকংদা থিল্লে। ইবিংঙাদি— ঐখোয় অনীদি। পোইরৈ চাদোন্না খূমন শ্‌দোন্না— মৈতৈ অমসুং খূমনগী ইচা ইশ্‌শিংনা। নিল্লগনে— ব্রা-ব্রা লাউররনি। থৌহ্‌— নুং। পোনবী— উচেক।

ঙৌবা য়ুমচোংবা, খোইমোম লাইহৎকোন্দা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। অদোন নোংয়ায় রাহেং খমগোইবগা লংমাই কাকলেন শিখম কোইবগা অনামকনা চায়না খোঙফেন্নবদি নোংয়ায় রাহেং খমগোইবা পাখং তিমেন মখূৎশুনা ফেল্লবদি খোয়মা লাংদোন শম ককলু লুমাই লেংলে। লংমাই কাকলেন শিখম কোইবা তিমেন মখূৎশুনা ফেল্লবদি নোংয়ায় রাহেং খমগোইবগী লাবা থঙ্গুং থিৎনা তুরে। অদোন রাহেং খমগোই-বদি তুরেন রায়থূবীচাগুম নীংনা তেনা ককলো মানবন থক্তা পুৎথা পুৎথা চেনখিএ। লংমাই তিমেন মখূৎশুনা পায়মা মুংহক থিৎলবগী মরিন য়াদা চীকনা লাইজা ঈবানখিয়ে। লমলেন লিনচিক কোনও থোন্নৈএ। অদোন রাহেং খম-গোইবা পুথা লাঞ্জেল্লম, রাইশা লিনচিককোন চেনগা লাই-কারম লংমাই কাকলেন শিখম কোইবা জাপানরাই লমলেন রাইশা পন্দোন য়াদা চায়না খোঙফেন্নবা অতুমুঙ মদোমদে।

লমলেন জাকনা থা তাকনা লাইও কৌবদি কদোনোং-গীনো ? রাঙমলোন লিনবান য়োইনাউহন অহনবী মচি

---

রাইরংচেক— খাব্রাংচাক। খোইমোম—লাই। অদোন নোংয়ায় —খুমন মচা। লংমাই—শেল্লোই লংমাই মচা। লাবা—নিপা। অদোন—খুমন। তুরেন রাইথূবীচা— রায়থু। জাপানরাই—জাপানখিহা মফম।

নাউহন অহনবা চন্থু ব্রাঙমলোন লাংহিংখোম শাফবী, মশাবি নোংয়ায পুবান খুনৌ শিববু হুল্লানবী মশানৌ চাংয়ায় ঙান্নুচা নিংথৌ শোবারোংদা তাংথবিনা লমলেন মদাইমা অৱাংখোইবা চীংডাংলেন্দ। পানবা হৈ, হৈবাঙ খমগোইবা, তাউজীং লোঙ-জুম্ববু পোঞ্জেং লাইচম খল্লা তাউজীং হৈচেম্নঙৈদা ব্রাঙমলোন খোংঙাইথোংনা শানৌ চাংয়াই ঙান্নুচা নিংথৌ শোবাবোংও লমলেন হাওবৈ খানা পাংবা অসিদি নযুম নোংয়ায় লৈতাঙ ইমোইকোনবু লানলোই পাউপিথেকপু কবম মানবনো হায়না শমু খুৎপু থিন্না তাকলম্মে অতু নোংগীবু লমলেন তাকনা লৈতাং খা ও থৌন্নেএ। লমলেন হাওবৈ অৱাং লাইনা পাং-বম অসিদি ইপোইবৈ মৈতৈ লম লমলেন কৌবরু কংলৈ ইচিকথেবু কবম মানবনো হায়না শমু খুৎনা থিল্লা তাকলম্মে অতুনোংগীবু তাকনা লাইও তৌনা কৌএ। লমলেন তাকনা লাইদা চাযনা খোঙফেন্নববু লৈএ। নিংথৌ লাইতোং পুবাংশুগা খূমন পুয়ামপা পুবামশুগা কাওরেন লাইথেংনা মানবী চীযৈনা মবোং চুং ফুনা খোকলাং তাবান্না তিমেন তা চায়নখিয়ে। নিংথৌ লাইতোং পুবাংশুগী তিমেন মখূৎশুনা ফেল্লবদি ককলু

---

ব্রাঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চমু। মচি—মবুং, ময়াম্বা। চনু—নিঙোন। মশাবি—মবুং, ময়াম্বা। হুল্লানবী—থোওইনা ভোদবী। তাউজীং—হৈ। লোঙজুম্ববু—মরোং চুম্ববু। পোঞ্জেং—পোন, থুম্মোক। হৈচেম্নঙৈদা— হৈ চেকপদা। হাওবৈ— মাম্নগৈ। লাইনা পাংবা—

লুমাই লেংনা শোয়রেন ফুমি তুবে। অদোন পুয়ামপা পুবামশুগী তিমেন মখুংশূনা ফেল্লবদি খোয়মা খাঙতপ শমনা পামবী লাংবান তুবে। নিংথৌ লাইতোং পুবাংশুবু পানগববা পান্দখিয়ে; খুমন পুয়ানবা পুরামশুবু যুগবরা যুদখিয়ে। শেল্লোয় মপাতাউ অনীবক্তি পাউহংনখিএ। পাথৌ নিংথৌ লাইতোং পুবাংশুগ তিমেন নখুংশূদি করি খোকনো? খোকলাং তাংমিংল্মুং কয়া শুবনো হায়না পাউহংববু হোয়দা পাথৌও খোকলাং ইন্নুংচঙ অসিদি অরাং নোংনেম চাখুন খোক, চীংদাই অবোন শোবোন লোইকোন খোক কংলা লমৈচেন খোকনে। পাখং হুয়েন লানপাম্বা লান্দাখোক ব্রায়বা শাদা খোকনে। খোকলাং মমিংস্নুঙ মাপন পাল্লে হায়না পাউথুমখিয়ে। ভৌইগীদি পাথৌ পুয়াংবা পুরাংশুও খোকলাং লম্বু-নখুংশূদি কবি খোকনো, খোকলাং তাং-মিংস্নুঙ কয়া শুবনো পাউহংখিয়ে। হোয়দা পাথৌও খোক-লাং ইন্নুংচঙ অসিদি থাংজীং কোয়বেনখোক খোকমরোই তাংচুম খোক, কেগে খোকনোই নুবাবা মৈচেন খোকনে।

---

অবাং থংবা। পোইরৈ লম—মৈতৈ লম। হাওরৈ খানা পাংবা—মখা মায়গৈ। শমু খুৎপু থিন্না—খুৎ থিন্না। খাঙতপ—তংখায়, চবুক। মপাতাউ—মরূপ। খোক—ব্রা মখল অমা। তাংমিং—মতাং অমসুং মমিং। পাথৌ—মরূপ, শামান-লেংমান্নবা। নোংনেম—

খোকলাং তাংমিংস্থ তবেৎ পাল্লে হায়না পাউতাকখিয়ে, অহু নোংগীবু তাকনা খোকলাং তাকও তৌনা কৌএ। লমলেন তাকনা লাই তাকনা খোকলাং তাকতা চায়না খোঙফেল্লবা অহুম্ভ মাদোমদে।

লমলেন মদাইম্না নোংয়াই খোঙগনয়াং লংমাই লীকরায়বম থেঙ্গাংবী লমন্নুংশিদা মরোং চুং ফ্না খোকলাং পমশীৎনা তিমেন তা চায়নববু লৈয়ে। লমলেন থোঙ্গাংবী লমন্নুংশিও কৌবদি কদোনোংগীনো? নোংয়ায় খোঙগনয়াং অয়াওবনা পল্লেম মমা তম্পাক লৈহৌনুচা, লংমাই পাইবং লৌথিবগী লীকলাং মন্তংচও মশোয়ফম, শযু লৈরাংশোম ঙাক্তেক ঙানো শোয়গী থাবায় চাংদোনথক্কী লংমাই লীকলাং লীকরায়বকউৈদা পূকতা য়েপনা য়াকয়ে মখূনেত্তা শমু মখোং অনীমকপু কারন কারন চোংশিনখিয়ে। লংমাই শিংলিয়াং অবাঙবা লীকতাল্লম অহুনোংগীবু লমলেম খোঙ কারনবীও কৌবযু পোইবৈ তাবা থিবা য়াওম হাইমন তানবনা লমলেন থোঙ্গাংবী-ও তৌনা কৌএ। লমলেন থোঙ্গাংবী লমন্নুংশিদা

---

অবাং মায়গৈ। তৌইগীদি—তৌইগুবসুঙ। লম্ন—তাওবা থুংলাই জাং অমা (মাসি কৈ চদবদা শীজিন্নৈ)। কেগে—মোইল্লাং। তা চুমখোক—মতাং চুপ্পা খোক।

নোংয়ায়—খূমন। পল্লেম—মমা। মশোয়ফম—মাগী শোয়ফম। য়াকয়ে—হি। মখূনেত্তা—মাগী তোংনমবদা। অহু নোংগীবু—দুমিং

চায়না খোংফেন্নববু লৈয়ে। নোংয়ায় হাওখোং শিনাইখ্ন অথোবগা পোইরৈ মৈতৈ তেংলৈমাকাআম্বাগা তনবা অনীমা চায়না খোঙফেন্নবদি পোইবৈ মৈতৈ তেংলৈমকাআম্বগী তিমেন মথুংশ্না ফেল্লবদি থোয়না লাংদোন শমনা হৃক্ষু ন্নায়া হেপ্পা লাইজা ঈরোম্নুংদা তাখিরে। নোংযায় হাওখোং শিনাইখ্না তিমেন মথুংশবু খুবাক হিল্লাই মেন খোকলাং পনশিংননা তা হুনখিবদি তেংলৈ মকা আম্বগি ফৈরা মতান তুরে। তেংলৈ মকা আম্বনা পুক্রুমজখিয়ে। পাথৌ নোংয়ায় হাওখোং শিনাইখ্ অথোবা-গু ঐবু লুনক কাংদৈ থিবিগুনো ঐশুং হুয়েং য়াইথোং শিরমলেন্দা রাযবা নশা ওই হুয়েন নবান ওইগুমগে। ঐনা মাই মৈচান ওল্লবদি তিমেন নমুং-চঙনা সাক্ষী রাচুমস্নুনো হায়খিয়ে। পাথৌ তেংলৈ মকা আম্বা-ও তৌইগাদি হয়েং নোংযায ইপু য়ায়দা এলবুম শুইরোই চন লাকথা লানমিং থানকগে; খুমন কংলা তোংলেং

---

অহুদগী হোনা। লমলেন—লমদম। পোইরৈ—মৈতৈ। চায়না খোঙফেন্নবদি—তা চায়নবদি। তিমেন মথুংশুনা- মাগী খুংলাই তানা। ফেল্লবদি—গুল্লবদি। লাইজা ঈরোম্নুংদা—ঈশিং মনুংদা। ফৈরা মতান তুরে—মফৈগন্দা পাল্লে। পুক্রুমজখিয়ে—খুক্রুমজখিয়ে। পাথৌ—মকপ। লুবক কাঙদৈ থিবিগুনো—ভক হকপিগনো। য়াইথোং শিরমলেন্দা—অশিবগী লম্বীদা। মাই মৈচিন ওল্লবদি—ঐনা শোয়্ন-রলদি। তিমেন নমুং চঙনা—নংগী তা অসিনা। রাচুমস্নুনো—থঙসনো।

য়ায়দা কংলা লানবাউ তমন্লুগে ফৈবা নতান ভূবগী হুয়েন তন্দু শকলুগে তিমেন ঈঙাঙ তৈবগী হুয়েন লানপাউ তমন্লুগে হায়খিয়ে। তেংলৈ মকা আম্বনা ঐনা মাই মৈইচীন ওল্লবদি তিমেন ঈঙাঙ তৈববু লুরক কাংদৈ থিদনা নোংয়ায় মপুং য়ায়দা হুনরাইবকলে। তেংলৈ মকা আম্বা মরোং চৈচেনবা থিংলো য়াইথাবস্মুও পোইবৈ মপন লমদা হুলরাইবকলে। হুয়েং লোইদাম থাশিবা লাংহৈ কুম ওল্লবদা নোংয়ায় হাওমাবা খুমন নাউদা অশৈবনা মৈদিংঙু, নোইনাই খুমোম্বগী মমোম তুম্ফা রাঙনলোন লনয়াই কোইবেন থানবাগীদমকপু নোংয়ায় কাওজা চং, অদোন মঙ্গা হোনঙৈদা তেংলৈ মকা আম্বদি থেং-থাং চাবি খমনা কংলা থৌগাওমববু য়েংনা নোংয়ায় হাওমাবা খুমন নাউদা অশৈবনা পাউহংখিএ। পাথৌ তেংলৈ মকা আম্বা নঙদি কবি ওইনা কংলা থৌগাঙম্বনো? নঙবু ইযুম

---

পাথৌ—মকপ। তৌইগীদি—তৌইগুম্বনুং। নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা—খুমন ইরৈবাক্তা। এনবুম হুইরোই চন নাকথা লানমিং চনবা—শাফা লানফারুরগা অকন অথৌশিংনা খেঙ্গংলাংগী অবাংথংবা নাকথদা শামিং লানমিং কৌদনা এনবুম হুইরোই চান্নে অহ্নগা মানা শীজিন্ন-রুরিবা খুংলাই (থাঙ)। অদুনা লৈপাক্তা লৈই তরেং ইনৈ। ফৈরা নতাল—নফৈগন। হুয়েন তন্দু শকলুগে—শাফা লানফা ঈশৈ শকলুগে। হুলরাইরকলে—হুল্লকলে। পোইরৈ মপল লমদা—মাগী পোক্লফম মৈতৈ লমদা। লোইদাম—থা। লাংহৈ—কুম, চহী।

নোংযায হাওখোং শিনাইখুগী য়ায়বা মশা ওই হুয়েন মবাল ওইবা নত্তবরা? খমলৈ মিন্নুং কোন শবা মিখুম্বানগী হল-হাইরকপরা? পাথৌ তেংলৈ মকা আম্বা নওবুদি নোংয়াব হাওখোং শিনাইথুনা এলবুম হুইবোই চয়রে লাকথা লানমি মথানবে, অদোন তম্দু শকনরে হায়না পাউহংববু তেংলৈ মকা আম্বনা পাউথুমখিয়ে। নোংয়ায হাওমাখা ও ঐদি খোযম লাইহুঙ নত্রে খমলৈ। মিন্নুং কোনগী করম হনবাই-রক্কবনো নযুম নোংযায হাওখোং শিনাইথু অদোন চনেনবা থুমন নারাংবনা ঐবু করি ওইনা হুয়েন তন্দু শকলিবনো ভনবা মতিক নত্তে কাওবেন ইপা নাত্তে হায়না তকলৌশিদং-শোনশিনৈএ। ভাংজা ঈকাই রাগী য়াথং রাপৈ হায়খিয়ে। হয়ে, নোংযায মপুংযাযদা কংলা থৌকাবদা হাওখোং শিনাই থুদা পাউহংখিয়ে। নওদি অযুম নোয়ায় লৈকায় পুংদদি তেংলৈ মকা আম্ববু হুয়েন তন্দু শক্কবদি তেংলৈ মকা আম্বদি খেংথাং চারিখম্ম' কংলা থোগা ওম্ববু উরকএ। তেংলৈ

মমোম—মচাম্মুগী। বাঙমঙোল—মৈতৈ লিথো চন্নু। অশৈবমা—ইশৈ শকপনা। খমলৈ মিনুংকোন শবা মিখুম্নোনগী হলবাইরকপরা—অশিবগী লৈবাক্তগী হল্লকপরা, যমদগী হিংলকপরা। পাউথুমখিয়ে—থুমখিয়ে। খোয়ম—লাই। খমলৈ মিনুংকোনগী—যম লৈবাক্তগী। হনবাইরক্কবনো—হল্লকবনো। চৌনেনবা—চৌম্বীবা। ভনবা ইভিক নত্তে—ঐগা মাপা লাম্বা নত্তে। তকলৌশিদং শোনশিন্নেএ—তকশি

মকা আম্বনা হুম্বেন ময়ান নত্তে হায়রকএ। হাওখোং শিনাইখুনা নোংয়ায় মপাচাবু তাংজা ঈকাইখিয়ে। লহান হায়না নোংজীবু লৈবনে। তিমেন তাঙাঙ তৈবা নঙনা য়াচুম্মো হায়না তিমেন মখুংশংবু খাম্বী মৈদা থাদোকলে। তেংলৈ মকা আম্বাদি অমন নোংপা য়াংলে। নোংয়ায় কংলা থনবনা তেংলৈ মকা আম্বা য়াথং য়াপৈ হায়বগী অমন নোংগা য়াংলে। নোংয়ায় কংলা থনবনা পুকনীং থাজথোইখিয়ে হায়দবরা? লমলেন থোঙ্গাংবীদা চায়নবা অচুম্বগ মদোমদে।

লয়লেন হাওবৈ নোংপোক পাংবরম অরাং শায়েপ লোননল্লাং থুম্বী লৈহৌ চীংদা চায়না খোঙফেন হাম্নববু লৈএ। শায়েপ লোনমল্লাং থুম্বি লৈহৌ চীংও কোবদি কদৌনোংগীনো? মপন লীকলাবিচা নোংদংঙ্গু লিনগোইগী খোইদোম মান্দোম অনীমকনা য়াওরৌ শা নাবদা চকমোম থাম্বী মৈচেম্নবে। শংদিং মরোম লুবু হৌতুমনা চাকলে। লৈহৌও-ও থোম্নেএ।

---

লোনখিয়েএ। য়াপৈ—চুমদবা য়া। ময়ান—মানা ফাবা লান। মপা চা—মাগী মাপৈ নাইত্তে, থারা নালা। য়াচুম্মো—সাক্ষী ওইরো। তিমেন মখুংশংবু—মাগী খুংগং ভাবু। থাম্বী—মৈ। অমন নোংগা য়াংলে—শিরে। নোংয়াই কংলা থনবনা—থুমনগী অঙম অথো কম্নাই ফানাইবশিংনা। পুকনীং থাজথোইখিয়ে—মপুকনীংদা হেম্না থাজখিয়ে। মপন—মপা নঙাপ্পা মমা। লিনগোইগী—পর্ভগী। য়াওরৌ—শা। শা নাবদা—

চকমোম মৈ কনবদা চরৈময়িন ফিবু থুম্না চাক্কলে থুম্বিগু কৌএ। যাওবৌ শাগুঙ পামেন উ কাবক্তা য়েপ্না শিবমএ অহু নোংগীবু শায়েপ-ও কৌএ। অরাং শায়েপ লোনমল্লাং থুম্বি লৈহৌ চীংদা চায়না খোংফেন্নবদি অঙৌবা হিথা লাং-লোই ওম্বগা কেগে মোইবাং ওকচিয়াচা পুংক্রাইচাগা মবোয কেগে নোংশা আথোবগা থুম্বি লমচনগে লৈকৌ লমলোক্কে লাকপদা শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদা চায়না খোঙফেন্না, মবোং চংফনা তিমেন তা চায়নবদি অঙৌবা হিথা লাংলোই ওম্বনা তিমেন মখূৎশনা নমনা ফাবে, লবক কাংদৈ থি খোনাউ লেস্তোং লেল্লে। হকচেং মমাললৌ লাল্লু চোমায় কোযাব। লমলেন থুম্বি লৈহৌ চীংদা চায়না খোঙফেন্নবা অতুম্নুঙ মদোমদে।

হাওবৈ থানা পাংববম তাগুতক লমফম পান, খুখাবা মতুম্না থুখা মমাযতোওবা লাইহোইবম, খথাবা লাইচীংলম

---

শাদানবদা। শংদিং—ফি। চকমোম—মৈ। চরৈ ময়িন ফিবু—মানা ইম্ন-বিবা মফিবু। পামেন—উ। অঙৌবা—অঙোম নিপা। কেগে—মোইরাং। মরোয়—মতুং ইনবা মী। লমলোকপা—লমচনবা। শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদা—শেল্লোয় লংমাইগী লম অমদা। মবোং চংফনা তিমেন তা চায়নবদি—চং তা পায়নহনা লান ভোনবদি। লালু চোমায় যোয়রে—মঙক ককলে।

লাইরা লৈমা লাইশন থানবী মবান লুহোংখোংদোংলম, নিংথৌ এন্তংলাংবা মনচংলম, থাংজীং কোয়বেন তুশা রায়, কেগে খাওড্রা লৈনৌবা পাউজেনবনা তাংজা লৈকক লম খুথাতোবৈথেক্তা চায়না খোওফেন্নবব লৈএ। থোংনাং তখেন কেনোংশা লল্লোনবা খুগা ঈবম ইনবগা কেগে শাংদোন কাবা রাকুশ্ অথৌবগা অনীমক্তি পাথৌ লংহৈই তানবগীব হৌনখিংয। থোংনাং তখেন কেনোং ললওনবা তোমান খাগোই শেৎপনা মোইবুং পোৎতম্বব লীক্লোন খাউজাউ কান্না গা যাচু শাযবা, থাওলেন ওযবম হুনবগা তিমেন তা শূদা, মবোং চং শূদনা থাওলেন খুংনা ফংনা যান্নবদি ওখেন কেনোংশা অথৌবব শযেং মতানবোমবু পাংমা যান্নক্লে। থোংনাং তখেন কেনোংশা লাল্লালবদি চবৈ ফিওৌ অকুইবব্ কাইবৈ একমওম হান্না তুযুম নাই ওনাগ লাকপবু খুগা ঈমায মেন্না নোংমল্লে। থোংনাং তখেন কেনোংশাগা কেগে শাংদোন অথৌবগা চায়না খোওফেন্নবা অতুম্বুও মদোমদে।

---

হাওরৈ থানা পাংববম—মখা মায়গৈদা। মরান লুহোং খোংদোং-বা— লুহোংকৈহোংবা। খুথা তোবৈথেক্তা— খুগা তুবেনগী তোবৈদা। থোংনাং— ময়াং, তখেন। তোমান— ফিজোন। থাওলেন— থাওশাং। তিমেন—তা। তিমেন তাশূদা মবোং চং শূদনা— চং তা পায়নদনা। থাওলেন খুংনা ফংনা য়াল্লবদি— হাকথেংননা থাংনা য়াল্লবদি। শয়েং মতানবোম্ব— মপাম্বোমবু। পাংমা— নামা। চবৈ—ফি। অকুইবব্ — অশাংবব্ু। কাইরৈ— ম্লেন। তুযুম—মীনাই। নোংমল্লে— শিরে।

কেগে লমলেন মদাইমা ঙাইতে লৌকোন কোঙ্গং অচনবা, ঙাইতে পনমক, চেগায় লৈয়াথৌ নুংনন থূবীপোক পুন্থোংবা লৈময়ায় থমপান নোংশালৌও কৌবদি কদোনোং-গীনো? নিংথৌ মুংয়াং চাউবা ঈফা রাইথং নেনবনা, ঙাইতে পনমরুদা, লাইজা ঈয়োককোমবু শেন্না ঈ য়োকএ। ইন্নুং শোয়য়ায়মদা সোরারেনগী মমোম লাইরুরা তবেৎএনা লাইজা ঈফু শান্নববু নিংথৌ মুংয়াং চাউবনা চরৈ ফি মুনখিয়ে। খোইমোম লাইরুরা তরেৎমনা ইন্নুংশোয়বনা হাল্লগনে ইপা সোরারেনগী লাইরৈপাক্তা কারগে চরৈ ফি পী-ও হায়ববু নিংথৌ মুংয়াং চাউবনা পাওমেল্লকএ। চবৈ ফি পীও হায়রবদি নশানৌ লৈরাং অতোনবীবু পীরম্মো হায়খিয়। লৈবাংতোন অতোনবীও চরৈ ফি শেৎতনা নোংদা করম কাশিবনো হায়না কপলম্মে। লাইরুরা তক্কমনা মশানৌবু লাকবরা হায়না হন্না হন্না য়েংলম্মে। হয়িঙৈদা হন্না য়েংববুদি তেবা-ও কোই। ঙাইতে ও থোম্লেএ। লাইজা শান্দেংবদা থৌহু নুংনা শমু

লাইজা ঈয়োক কোম—পুত্রী। ঈ য়োকএ— ঈশিং য়োকএ। ইনুং শোয়ায়মদা— অহিং নোংয়ায়দা। মমোম— মচানুপী। লাইরুরা— লাই নুরা। লাইজা ঈফু শান্নববু— ঈশিংদা ঈফু নাঙনা শান্নববু। ইনুং শোয়বনা হাল্লগনে—নোংঙামবনা হাল্লনি। পাওমেল্লকএ— রা হায়রকএ। নশানৌ লৈরাং অতোনবীবু— ননাউনুপী তোম্বী। হয়ি ঙৈদা— থায়না মমাঙদা। তেবা—হন্না য়েংবা। লাইজা শান্দেংবদা—

মখাও নল্লম্মে নংনন খুবীপোক চেগায় লৈয়াথৌ কৌএ। চবৈ ফি শেৎতনা অসাই কাঙৈগী থম্বান লোংশারো কৌএ। সনাপুমব লুদা থোংনা কাখিযে পূনথোংপান লৈময়ায় থোম্লেএ। কোবৌ অখোং নিংথৌ চনু রাংবন অবাই লৈমগা হাওনু লমজিন মবৈমাবী হাওনু লায়াংনুগা মশন মানবী চৌংশোই তমলোইবগা, রাংলেন মপুংচা য়াইওইবগা তরেৎ শেনফাং য়ৈনা তোইরাংবা চৌং তোংদোই লমমুংশিদা চায়না খোঙফেম্নবব লৈএ। কেগে মোইবাং নিংথৌ পুনশিবা খুবেন চনবা মপাবি যাইখু অহোংবা খেলৈ পাম্বগা থোংনাং লমচিংবা ময়াং অশিখা অথৌবগা থাঙলেম খূৎনা ফংনা য়ান্নবদি মালেন লৈথিবু ইনা খূৎনা ফংনা য়ান্নখিএ। খেলৈ পাম্বগী গগু চুংগোয মখুৎশূবু থোংনাং থাঙলেন মখুৎশনা য়ান্থবে। কেগে খেলৈ পাম্বগী থাঙলেন মখুৎশনা থোংনাং শমু মরেংবানবু নাকলু মোংফা উনা য়ান্থবে। কেগে লৈমু পুনশিব মপাবি কেগে লৈতাং লান্তবা-ও তনবা থায়াং মথৌমনগী যাংনম শীংমিংমবু নংথোইনা খুনৌও থোংনাং য়াইফুমবু

---

ঈশিংদা ঈকজবদা। থৌদ্ — মু°। লুপা থোংনা — কোক্তা হাগুনা। কোবৌ অংখাং নিংথৌ চনু — সোবাবেনগী নিংতোন। মানবী — শন। বাংলেন — পুং। মপারি — মচানিপা। থোংনাংলমচিংবা — ময়াংলমচিংবা। গগা চুংগোয় মখূৎশূবু — শামুগগা মউন্না শাবা মাগী খূৎশূ চংগোয়বু। থোংনাং শমু মরেংবানবু — ময়াংগী লেংবানবু। তনবা — লিপা। থায়াং

নংথোইনা লোয়া-ও ; পারি কোল্লোয় মমিংথোংবু কেগে থেল্লেপাম্বা লৈম্নি লান্তবা নোংয়ায় থিংগোন লাকপদি কদৌ-নগো ? পারি য়াইথু অহোংবা থায়াং নথৌমনগীবু মিংওনগে। কেগে থেলৈ পাম্বা থোংনাং অশিথা ফাবা ও মিংহোংখিয়ে। হয়েং কেগে ইপাচানা কাউবগনে মোইরাং ইয়েল্লুনা নিল্লগনে চায়না কোল্লোয় মিং হোংবগীবু কেগে মশেনচা শেঙ্গাও পানপোক থোক্তবা তনমু মাইবেং হোবা শুম্পুং হাওবোন শং শং থোকপা শেনবু শেঙ্গাও নাথংলোন রাংলেন মখোয় য়েনা পাউচেল্লে হায়দবরা ? অদু নোংগীবু কেগে খেল্লেপাম্বা থোংনাং অশিথা ফাবা-ও মিং হোংখিয়ে। কেগে ভাইতে লোকোম্নংদা মালেম লৈম্নিবু ইনা চায়না খোঙফেন্নবা অতুল্ও মদোমদে।

কেগে চাউবা য়াই মোইরাং শাংবা লৈতোমপান নিংথৌ খোইরী হাইবা খুন্দারায়, গোলেন হয়িংখোইচানা চাইবা পুংখওচীং চৌংয়ুই কোইবেন ঈ. মোইবাং লাই-খুরাবী

মথৌমনগী --মথোমাগী। পারি—ইচানিপা। কোল্লোয় মমিংথোনবু—মিংথোনবু। থায়াং নথৌমনগীবু—নওগী নত্তিক নথোনাগীদমক। মিং ওনগে— মিং হোংগে। কেগে ইপাচানা কাউরগনে— মোইরাংগী ইচা ইশ শিংনা নিংশিংলরোই। কোল্লোয় মিং হোংবগীবু—মমিং ওনবগীদমক। রাংলেন—পুং। হোংখিয়ে— ওনখিএ। লৈম্নিবু ইনা— লৈইবু ইনা।

থোংলেন যাযদা থাঙলেন খূংনা ফংনা য়ান্নববু লৈয়ে। থোংনাং ঘুববাজ ৱাশকপগা কেগে কবাৱাকুশ্‌গা থোংলেন পাম্বৈথক্তা থোংনাং যুববাজ অথোৱা থাঙলেন মখূংশ্‌না য়াল্লবদি থোংলেন পাম্বৈবু য়ানখেক্কলে। কেগে মোইবাং কবা ৱাকু-শূনা থাঙলেন মখূংশ্‌না ৱাল্লবদি থোংনাং ফৈৱা মতান পাংমা যাম্লেকলে। অতুম্মুক্ত মদোমদে।

লমলেন মদাইমা খাম্বী লৈমা কোংযাম্বী মবৌপান তৌম্‌ পানখোইয়া অমাই শিবোন খা, খাম্বী লৈমা শিবোন খা খাম্বী লৈমা তৌবিংকোন ওকলৌ হুইবা লমন্নুংশি, খুয়োন হৈত্তা চাউন্‌ নৌকূমলম কেগে ফুবাকঅতা চাযনা খোঙ-ফেন্নববু লৈএ। খমলাং লৈশা পাম্বা চবৈ ফিচোনবনা কোবৌ নুমিৎমদা লৌৱাই হাওযম মোই চেকলা মোমমাইকাং ফিঙাঙ কিশিননা মথা মোইমায তোম্মা চেকও, যাম্বী নথাবা চেকলা নমায ওল্লকও। হৈবেম আকং কাংলিবী

---

খূন্দবাম্ব— খূন্দাফম। থোংলেন ৱাযদা— থোংয়ায়দা। থোংনাং ঘুববাজ— মখাং সুববাজ। থোংলেন পাম্বৈথক্তা— থোংগী পাম্বৈ মথক্তা। থাঙলেন মখূংশ্‌না—মাগী খূংশ্‌ থাঙনা। থোংনাং—মযাং। থোংনাং ফৈৱা মতান পাংমা—মফৈবোম নামা। লমলেন—লমদম। মদাইমা—মফম। খাম্বী— মৈ। খোঙফেন্নবা— লাম তৌনবা। চবৈ— ফি। কোবৌ নুমিৎমদা— নোংমগী নুমিত্তা। চেকলা— উচেক। ফিঙাঙ—

অকোং শাল্লোইবা খুনবী কাপথাফাইচাবু শোংকিবগী কাও-বেন শনযাওথক্তা হেমোইবা মাকুঅাতেংববু ফাগে হায়না যাম্বী পাতম্ববু পাচুবে। তৌইগীদি লৌরাই হাওয়ম মোইও কেগে মোইরাং মোইবা নম্বুশ, তুসাং কোবৌ হুনবা মতিংকোক হিনাউশা মশোইক হিক তোংবা, থৌবা মিতম চিংবা, চেকপ লুবোই লাকপা, তানথোক যাংদী লেংনা খোইযা চিন্দাই মেনবা, শযেং মশা পামনা খুমু নোবো, ফানবা, শমু মখুৎ পাংমনা লাইজা ঈপুক কাপনা ঙমু তোকতৌ থেম্বা চাদনা তনদ্রন হৌবা, থক্তনা যুচাউ কাবা, তৌমু কুমখাযবা, কবা, হি ওনবা, লোকতাক ফিম্নান খানবা, মদোম হিদা কুমৈ হোববু যাগে হায়নববু পাচু খোইরে। খমলাং লৈশাপাম্বনা, চেকলা থাযা রাগী তবা মচাকয়োম্বু চেলরাইনা, রা লৈ খাঙতপ খোম্বব্ চেলরাইননা শদিং লাল্লেথেম, কুমজিং লোন্নিং যেৎনা. মবোং ওক্তা

ঘি অঙাংবা। রাম্বী— উচেক জাং অমা। পাতম্ববু— মায় পাক্কদরা পাকলোইদরা হায়না য়েংববু। তৌইগীদি — তৌইওম্বসুং। তানথোক য়াংদৌ— তিম্ব্রাক। শযেং মশা পাংমনা— মপাম্বোম নামনা। খুমু— নো। শমু মখুৎ পাংমনা— মখুৎ নামনা। লাইজা ঈপুক কাপনা— ঈশিং মমায়দা পোপ পোপ ফুনা। তোকতৌ—ঙমু। মদোম— মথক্তা। শংদিং লাল্লেথেম—শাপোং লানপোং শেং। কুমজিং লোম্নিং য়েৎনা—

ছুক, খোকলাং তুং শোন্না, খেবে মাঙইন্ননা, হাওবৈ নোংচুপ খ'না পাংববমদা হুযেন লান্দাখিধে। খমলাং লৈশা পাম্বা চবৈ ফি চোনবগা কেগে মোইবাং মোইবা নম্বুশ, অথোইবা, ত্তোম্ন পানফোইযা আমাই শিঙনখা, লমলেন পুবান ৱাদা লমওক্লুবে। পাথৌ-ও অসি কোবৌ নুমিংত্তা কাওবেনগুম লাইথেংনা, মানবীগুম চীথিনসে হাযনা তেনশীংববু অশ্নি ক্কাবৌ নুমিংমদি পাথৌ-ও লেমলৈ ঙাবম তাঙমগ্র। মবো, চ্‌ং শ্‌দা তিমেন তাম্নুঙ হাঙএ। কেগে ইপন লম মোইবাং অযুননাক্কী তিমেন তাজেল্লু খিগে। ঙাইখক শোয়বেন ফ্‌খী-থক্লা অরা পোম্খাবমও। কেগে খোইবা নম্বুশ্‌না চ্‌ং লোং নখূংশ্‌বু চেলৱাইনা, তিমেন মত' চানু চেল্লাকনা শঙদিং লাইশ্রেথেম, কুমজিং লোমখোঙ যেংনা হুযেন লান্দাবকএ। কেগে মোইবা নম্বুশ্‌না পাগ্রেনেল্লকএ। পাথৌ অৱাং পোইবৈ মৈতৈ খমলাং লৈশা পাম্বা-ও। মোইবাং ইৱমথৈদা

কোয়েং যেংত্নুনা। মৱোং ঙাক্কা হুক—মঙক্কা চুংগী মবী হুকচিন্দুন। খোকলাং ভুংশোন্না—তা মথেল্লা ভুংদা থংহনা। খেৱে মাঙইন্নন—তাজীন্না মাংলাম হংনা। হাওৱৈ—মাষৈগে। নোংচুপ খানা পাংব ৱমদা—মোইবাং লাইজি পাংবদা। লমওৱবে—থেংনৱে। অসি কোৱৌ নুমিত্তা—ঙসি নুমিত্তা। তেনশীংববু—লানশীংববু। মোইৱাং

নঙনা ছুয়েন লান শীংলৈএ, তিমেন নখূংশ্বু হুল্লকও হাম্ল খিয়ে। লৈশাপাম্বা চরৈ ফিজোনবনা হোয়দা পাখৌ-ও রাংঙম অতাম্বদগী হাওজেং পনমৈতুপ শরেন য়াংদৈ ঈবু কান্না চোং. কেগে ওক্করেন মোইরাং থংনরেনবু নাতৈনা ঈংঙম পাখৌ খোইবা নম্বুশ্বও কেগে নপল লম মোইরাং নচু য়াংনা নঙনা হান্না তিমেন তা হুল্লকও হায়খিয়ে। মোইবাং খোইবা নম্বুশ্ অখৌবনা তিমেন মখূংশ্বু খূবাক তিল্লাই মেন্না তিমেন তা হুল্লকপবু ককল ন্বমায লেনা শোযবেন ফুমি তুরে। খমলাং লৈশাপাম্বা চবৈ ফিজোনবা অখৌবনা খূবাক তিল্লাই মেন্না তিমেন তা হুনখিববু মোইবা নম্বুশ্দি লাবা থমুংথিৎ উনবা চফম লেংনা ৮রক কাংদৈখি খৌনাউ লেঙ্ঘোও লেপ্লে। লাল্লু পোলেম হান তোথোপ খন্তাংননা পোইরৈ মপল লমদা তম্বা মচাহেন লাবা মবাই লানা

অ্রম নাকী — ইয়্ম মোইরাংদগী। তিমেন তাজেল্লখিগে - তা লোকখিগে। ৬াইথক — ৬াইহাক্তং, মতম থবা কুইদনা। অবা পোথাবমও— অবা তকচোক লাংলাম্মা। পোইরৈ — মৈতৈ। ইরমখৈদা — ইরমদা ঐগী লমদা। রাংঙম — মৈতৈ। অতাম্বদগী — অরাঙ্কদগী। ঈবু কান্না চোং — ঈশিং লান্দুনা। নপম লম — নপাম লমদম। খূবাক তিল্লাই মেন্না — মথুমাক্তা মতিম থাক্তনা। থমুংথিৎ —মপুক্তা ফাওনা। উনবী —

মবান ওন্দেবকএ। খমলাং লৈশা পাম্বা চবৈ ফিচোনবা অথোবগা কেগে মোইবা নম্বুশ্‌ অথোবগা কেগে ভৌমু পানাফোইয়াদা চায়না খোঙফেন্নবা অতুসুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা কেগে ওক্লবেন ভাঙোই থংনবেন, খুয়োন মেনমভাক, খোইনাই তাম্বিবৌ পুকফাৎ শাবিবৌ কাইবৈ য়েল্লুবৌ খোইনাই উথুমপোক্তা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। কেগে মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথোবগা। নোংয়ায় হৈযেন অথোবগা চায়না খোঙফেন্নবদি অদোন হৈযেন অথোবনা তিমেন মথূৎশবু ফেল্লবদি খোইমা লাংদোন শম্না মালেম লৈদা তাবে। কেগে মোইবাং খোইবা লাংমৈবেম্বা অথোবনা তিমেন মথূৎশবু ফেল্লবদি নোংযায় হৈযেন অথোবদি লাবা থন্নুং থিৎ, উনবা চফম লেংনা শাবন যাবী

পুক। লুয়ক কাংদে থি খোনাউ লেম্থোঙ লেপ্লে—মঙক ককথংলে। লালু পোলেম হান—মকোক অহু পোলাংদা হাপ্পুনা। তৌথোপ খন্থাংননা—পালোৎ নানা পুদুনা। ভনবা মচীংেন লাবা মবাই লাংনা— মায়থোং মকা লাম্না। মবান ওন্দেবক—ময়ুমদা হল্লকাল। অংসুঙ মদোমদে—মাতুনা লোইবা নত্তে।
কেগে—মোইরাং। ওক্লরেন—লাই অমগী মিং। ভাঙোই—মোইরাং। থংনরেল—লাই অমগী মিং। উয়ুমপোক—লম অমগী

নমঙাননা লুতুরে। কেগেনা তেংথানা মোইবাংনা মিকৌমবদি কংফানবু কোং-ও কৌএ। ঈশিংবুদি লোকলৌও কৌএ। অতু নোংগীবু মোইবাং খোইবা লাংমৈবম্বা অথৌবা কোংকি চৈথৌপান নোয়ায় হৈয়েন অথৌবদি লাইজা লোকলৌথক্তা লুতুরাযও কৌএ। লম্বক কাংদৈ থি খৌনাউ লেনথোং লেন লাল্লু পোম্লেম হান্না ঙাংখা লমদাং ইনখিয়ে। খোইনাই উযুমপোক্তা চায়না খোঙফেন্নবা অতুম্বুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা থাংবা য়োইনাওকোন চাংহাও লন-দাইথেৎ য়োযবু খোইমোম লাইপুনশি থাংবা চাংমার্বানা য়াংলৌ অরা লমদনঙৈদা ইনুংশোযাযমদা চংলেন মপান থুকনা মপন কুবিবম মতু কাবিবম লীনা পুবাচাং লোংবা তাউবী চাং লোললোল লৌ চিন্থা, চাংখাং থাংলাংমৈবু খোইমোম লাইনা থাংখিয়্রে, থাংবী-ও কৌএ। চংলেন

---

মিং। নোংযায় —খুমন। অদোন—খুমন নিপ, খুমন মচা। জাবা — নিপা। থনুংথিৎ— পুক্তা লেংবা। উনবী — পুন। নমঙাননা — নঙন্ন ঙাংনা। লুতুরে —তুরে। কোং —কংফাল। লোকলৌ — ঈশিং। লাইজা লোকলৌথক্তা — ঈশি মথক্তা। লুতুরায় — তুবা মযম, । লমদাং —লম্বী।

য়োইবু খোইমোম —লাইরেম্বা। য়াংলৌ — লর্ম্বা। লমদনঙৈদা — পোখাঙৈদা। ইনুংশোয়ায়মদা — অহিং নোংযায়দা চীংলেন — চীং।

মপান ফুকনা হেখিয়ে চাংহো-ও থোন্নেএ। হেন্নুজম খূলং লোই খোইনাইজম শমপোং লোই মোইবাং উদোইজম য়াখললোই, পাখং থাংকোক চুমবৃন লোই। নুবা তৌজেং ফামফাইবোইনা থাংবী তৌচেন্নউদা মৈদিংঙু নোংপোক চাখা খোম্বনা কেগে খূৎলং লমজিংবী মোইবাং শনপোং হঞ্জবী, পোকপী মচন থিংকুশু, তাবাইমুংদা মচন হুইচিল্লকী হুইয়াই লোইনাই তাউবী য়াম্বীলক্কী লৈবোং তাউবিথক থোল্লাং মিংনাইবু কাইনা হুনউদা, কবোং যুমলেম্বম পিবা লেবা অাংতোনবা শেকমু শেকপানাউ রাকয়ৈ হিশংবা খুমু নৌখোম লোই তেৎনো য়োৎপুবোই চবৈ ফিপাইবোই ঙাম্ভকমিবোই অাঙোনবনে হায়না পাউখুমখিয়ে। মৈদিংঙু নোংপোক চাখাখোম্বনা ইদাইবেম কবোং যুমলেনবম পিবা নঙদি তাংজা নবৈতোনবু কবম শেংনা পাউখুম্বনো হায়বম্মে; অদু নোংগীবু নোংযায হাঞ্জেং পন্দোনয়া-ও খোন্নেএ। খোংবেন নিংথৌ চন্থু লোকলৌ কমাইচাম শাকথী লৈমা নিংথি ওয়েংবা মযুমফম হাওশেং পন্দোনয়া চাংহো লমদাইথেৎ

---

খোইমোম—লাই। নুবা—নূপী।মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। মিংনাইবু—অফাওববু, মমিং চৎপবু। কাইনা হুনউদা—লান্দা ঙমউদা। লেবা—লমচেনবা। রাকয়ৈ—হি। খুমু—নৌ। তেৎনৌ—যোৎ। ইদাইবেম—ইনাই। তাংজা নবৈতোন—নঙগী লৈতোন। পাউখুম্বা—খুম্বা। নোংয়ায়—খুমন। থোন্নে—কৌনৈ। চন্থু—নিংঙোন। অথৌবা—লান্দা

থাংবী য়োয়নৌকোন্দা চায়না খোঙফেম্নববু লৈএ। কেগে শোংলেন অথোবগা অদোন য়াইথিং অয়ম্বগা হুয়েন লান শীংনখিয়ে। মোইরাং শোংলেন অথোবদি কাওরেন মপা তাম মানবী মতুপ হাঙবা শনগুম্বনিগীনা নোংয়ায় তাংশক্লা খূমন মীথাদবগী মরোং চুং শূদা তিমেন তা শূদনা হুয়েন লান্দারকএ। অদোন য়াইথিং অয়ম্বদি নোংপোক খেবান থোং নান্দেবা কম্বোং নাতেব শিনহৈবা মখূৎশা চুংলেন নানীলোঙবা লাম্লোই অথম চুংবু ওইনা চুংশেন্না লীবি থম্মোই তিং লকা তেনমৈ লাকনা রাযবা তেনথাখিববু পাখং রায়বা মতেনচা রাইকৌ চিনী লোঙবনা থবাক-নুংহক থেৎলে। অতু নোংগীবু শোংলেন পানখোক পোকও থোম্মেএ। শোংলেন পানখোকপোক ইহহা, যাইথিং কাপ্পবম নানবশি চুংলেনকোন লমলেম থাংবী য়োইনৌ কোন্দা চায়না খোঙফেম্নবা অতুসুঙ মদোমদে।

লমলেন লোক্তাক রানবরেন শনাশেন নাউরোক্তাক খুবোইবা ইয়াফাক মরৈবা হঞ্জনকোন কেগে হেনুজাম্বা

---

থোবা। অদোন—খূমন। অয়ম্বা—থৌদবা, কিথি কিক্লম তৌবা, পাঙদবা। তাংশক্লা—কিদবা, উশিত্তবা। মবোং চুং শূদা, তিমেন তা শূদনা—চুং তা পায়দনা। রায়রা তেনথাখিববু—তেন কাপখিববু রাইকৌ চিনীলোঙবা—তেঙ্গৈ মচীন অনী ফাংবা। থোম্মে—কৌনে। অতুসুঙ মাদামদে—মাতুনসু লোইবা নাত্তে। লমলেন—লমদম। কেগে-

মম্নমখৈ মোইরাং থাঙতেক কাংবনাওচা মতুয়া, কেগে কাম্বা ঔবীখোং ভাঙোই শামুক কোন লোকতাক রানবরেন শোয়রেন ফুম্বিপোক ফুমলাইতাংদা চায়না খোঙফেম্নববু লৈএ। অদোন নোংয়ায় খুমন চুম্বাবোং অথৌবনা মোমম্নু তাঙ্গোয় মরুম্বী পোংম্নু এনগাম চম্নুদা রাহমখিয়ে। য়োইবুনাই ইনেম মচা ও নথংলেন ঐদি কেগে ইভিকনা মোইরাং ইপানববু মানবী চায়েনা কাওরেন লাইথেংনরুগে তরা চাক য়োমও রাংলৈ খোমহাল্লো হায়খিয়ে। অয়ুম নোংয়ায় ইনিংথৌ অদোন থিংগোনহনবা য়াহৌয়েন য়াংমোম লৈনা থাংতেক অচাবা চম্নু মোমম্নু তাংজা মশমতোম্না ওইখিয়েন, চবাং হুইমৈ পুংবু শংলৌ য়েম য়োম্মো হায়খিয়ে। মকম পোংম্নু এনকম চম্নুনা রাওইখিয়ে। থংলেন খুমন

মোইবাং। ভাংভোই — মোইরাং। অদোন — খুমন। মোমনু — নুজা। তাঙ্লোয় মরুম্বী — মশানৌ, মতু। এনগাম চনুদা — এনগাম নিঙোন্দা। রাহমখিয়ে — হায়খিএ। য়োইবুনাই — ইবেম্মা। ইনেম মচা— ইনেম্নোক্কী মচানুপী —ইশানৌ, ইবেম্মা। নথংলেন —নপুম্নোইবা। কেগে—মোইরাং। ইভিক — ইপা শামান -লেংআম্নবা। মানবী চায়েনা কাওরেন লাইথেংনরুগে — শল য়াইনবদা য়াইনরীবা শল অনীগী মচী অনী মন্নাইবক অনী থেঙ্গাইনবগুমনা ইমাম্নবগী লান থেংনরুগে। তরা — চাক। তরা চাকয়োম্মো। রাংলৈ খোমহাল্লো —চান-থরুবা চয়োম য়ু য়োম্মো। রাংলৈ — য়ু। অয়ুম নোংয়ায় ইনিংথৌ — খুমন ইরৈবাকী ইনিংথৌ।

চুম্বারেংবা অথৌব্রা ও য়ামমোম লৈমা য়াংতেক অচাবা চন্নু তাংজা মশমশিনা ওইখি য়েন চরাং হুইনৈকক অসিঘু কোরৌ নোংদামদা থবি নোংলেপ্তনা শংলৌ এনয়োম্বব্ রামপ্লে হায়না শংলৌ এনয়োম্বদা শোনমোইখিয়ে । থুমন চুম্বরেং অথৌবদি তনবা মীখনখাইনিগীনা মযুম শোনমোই-খোনবু নাচুংদা শংদিং লাল্লেথেম কুমজেং লোনখোংয়েৎনা খোকলাং তুংশোন্না খেরে মাওইন্না চুং লোং ওক্তা হুকনা হুয়েন লান্দাখিয়ে । লোকতাক রানবরেন থুমজি ফুমলাইতাংদা হুয়েন লান্দাখিবব্ কেগে খোংতেরা অথৌবা, মদোম এলাং থৌচৎপা শীংজা রাকোইবগা লমওক্লরে । কেগে থংতেরা অথৌবনা খোম্নমা নারোন নুংদা তাংজা লমফমলে লিল্লা নাথেৎখিয়ে । থাংতেরা অথৌবা থিংলৌ পঞ্জনবা লাবা নায়াই

---

তাংজা মশমতোন্না—মাগী শম মতোন্না । শংলৌ য়েঙ্গাং । রাওইখিয়ে — মপুক্তা রারৌখি, শাউখি । থংলেন—ইপুরোইবা, ইশাবী । চন্নু—নিঙোন । ওইখি — ওইখিবা । য়েন — য়েঞ্জাং । কোরৌ নোংদামদা থবি নোং-লেপ্তনা — নোংমতা পোথাদনা, নোংমতা লেপ্তনা শংলৌ এনয়োম্ববু—য়েঞ্জাং য়োম্ববু । শোনমোইখিয়ে — মুরুম মুরুম শোনখিয়ে । তনবা মীখন খাইনিগীনা — অথৌবা অথন্নবা মীনিনা । নাচুংদা — থৌশা-রাশাদনা, থৌওইদনা । শংদিং লাল্লেথেম—শাপোৎ-লানপোৎ শেত্রুনা । কেগে — মোইরাং । মদোম — মথন্তা, নাইতোম চৎপা । এলাং থৌচৎপা শীংজা রাইকোইবগা—থবক-ইনথাং চখোকপগা । লমওক্লরে—

খায়বনা অতোন চুম্বা অথোববু তিমেন মখূৎশূ রাইকৌ চিনী লোঙবনা তনবা মুংহক থীৎনা চৈবিবে। লূরক কাঙদৈ থি খৌনাউ লেম্বোং লেম্না তৌথোপ খন্থা্না কেগে মপল লমদা তনবা মচীহেন লাবা মবাই লাংনা হুলরাইরকএ অহু নোংগীবু মরুম পোংন্নু এনগাম চন্নু শিথিএন মথংলেন চুম্বাবেং অথৌবা নোংমন এন চবাং হুইমৈ ককও ভৌনা কৌএ। কেগে ব্রানববেন্দা চায়না খোঙফেন্নবা অহুস্থঙ মদোমদে।

লমলেন হাওরা অঙৌশি পবেংকোন্দা চায়না খোঙ-ফেন্নবব্ লৈএ। পলেম মমা কাইরংবশ, লিনগোইগী খুরায়

থেংনবে। খোযমা নবোনন্নুদা নাথেংখিয়ে—নাপী মরক্তা লুমহুনা লৈখবে। থিংলৌ পঙ্কনবা-শা ফাবা অতোন খুমন। তিমেন—তা। রাইকৌ চিনী লোঙবনা—ভৈঞ্জে মচীন অনী লোঙ-খনা। মুংহক থীৎনা—মথোয় থীৎনা, থম্মোই থীৎনা। চৈবিবে খুৎলায়না শোহকল্লে। লূরক কাঙদৈ থি খৌনাউ লেম্বোঙ লেনবা মঙক কক্রুনা। তৌথোপ খন্থাংনা পোলাংদা হাপ্লগা পাবোৎ শেন্না পুহুনা। কেগে মপল লমদা—ময়ুম মোইরাং মায়গৈদা। তনবা মচী হেন লাবা মরাই লাংনা—মায়থোং মকা লামনা, মমায় পাকনা। হুলরাইরকএ—হল্লকএ। পোংন্নু এনগাম চন্নু শিথি এন—এনগাম নিঙোন পোংন্নুনা অশিবা থিফম। মথংলেন—মপুবোইবা, মরা। চুম্বারেং অথৌবা নোংমন এন=চুম্বাবেং অথৌবনা শিখিবা মফম

ঙারেন পান্থগা পলেম মমা মেন্দে লুখ্রাবী লিনগোইগী নোংয়ায় তোংবু অথৌবগা কাওবেন লাইথেংনা মানবী চীয়্নেনা খোকলাং পমশীংনা তিমেন তা চাযনবদি নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাবীচাগী তিমেন মথুৎশ্না ফেল্লবদি খূবায় ঙাবেন্ পান্থদি অচোং কম্না মাংলৌ তুরৌ তুবে। থূরায় ঙারেন পান্থগী তিমেন মথুৎশ্না ফেল্লবদি নোংয়ায় তোম্বু লুখ্রা চাদি অনোন কম্না মনম চেগাইবম শানা ফেনতোকলে। খুরায় ঙারেন পান্থা শিগবরা শিদখিএ। নোংয়ায় তোংবু লুখ্রা চাবু মনগববা মন্দখিযে। নোংযায় তোংবু লুখ্রাচানা পাও-মেল্লকএ। পাথৌ পোইবৈ খুরায ঙারেন পান্থা নঙস্নঙ অথৌ লিচা তেপ্পা নহাকনে। নোংয়ায় ঐস্নঙ হাঙএন

---

কেপে বানবারেন্দা—মোইরাংগী বানবরেন্দা। চায়না খোঙফেন্নবা—লান শোক্লখিবা। অহ্নস্নঙ মদোমদে—অহুনসু লোইবা নত্তে।

লম্বলেন—লমদম। চায়না খোঙফেম্নববু—লান শোক্লখিববু। পলেম—মমা। লিনগোইগী—গর্ভদগী। নোংয়ায়—খুমন। কাওবেন—শল। লাইথেংনা—মরাইবক্কা মরাইবক্কা থেংজিন্নবা (শল বাইনবদা)। মানবী—শনবী। চীয়্নেনা—শল মচা অনী বাইনখদা থেংনায়নবা। খোকলাং—তাখোক অশাংবা। তিমেন মথুৎশ্না—মাগী মথুৎশ্ তানা। ফেল্লবদি—হুল্লবদি। মনম—মনঙন। শিগবরা শিদখিয়ে—শিগবরা হায়ববু শিখিদে। মনগবরা মন্দখিয়ে—কেমগবরা কেমখিদে (শিগবরা হায়ববু শিখিদে)। নোংয়ায়—খুমন। চানা—মচানা। পাওমেল্লকএ—

ইমৈখৈবা, য়াংগোই ঈংত্তান ঙাকপা মহাকনে। পাথৌ ইবিঙাবু লমকেৎপা মশেল্লে। তনবা কোল্লোয় ইমিংথোং পাথৌ কোল্লোয় নমিংথোংবু হয়েং চাদোন্না কাউ শৃদোন্না নিল্ল-গনে। লমলেন মদাইমা অসিবু পাথৌ ইবিংঙানা তোক্ল-বগী তোকতাক ও কৌসে হায়না মিংথোংখিয়ে। খূবায় ঙারেন পাম্বনা পাওমেল্লকএ। পোইবৈ ইপালম নোংয়ায় নপা লম্বু ভাম্বনিগীনা তরা চাবুকলাম্ব উনবী চফম হোংলে। তরা চাকয়োম চামহ্না বাংলৈ থাংদম য়োংমল্লখিসে। তিমেন তামৈ পায় খোকলাং তানীংথক্তা মচাকয়োম্ব লাল্চানখিএ বাংলৈ থাংদম খোমবু লাম্ভকনখিয়ে। নোংযায় তোংবু লুথ্রা চানা পাউহংলকএ। পাথৌ খূবায ঙাবেন পাম্বা-ও বাংলৈ থাংদম খোম খোকলাং নন্নুং চঙ অসিদি কবি খোক্লো?

---

তায়রকএ। প্যাথৌ—মরূপ। অথৌ লিচা হেল্লা—লান্দা থৌবা, থৌনা ফবা। ইবিংঙাবু—ঐথোয অনীবু। লনকেৎপা—লমতেনবা। তনবা—নিপা। কোল্লোয় নমিংথোনবু—নমিংবু। চাদোন শৃদোন—ইচা-ইশৃ। লমলেন—লমদম। মদাইমা—লমদম, মফম। মিংথোন-খিয়ে—মমিং থোনখিয়ে। পোইবৈ—মৈতৈ। ইপালম—পোক্লফম লমদম। নোংয়ায নপা লম—যুমন নওগী নাইরেপাক। ভাম্বনিগীনা—লাপলবনিদা। তরা চাবুক লাম্ব উনবী চফম হোংলে—চাক লাম্বনা পুক মথক মথা ওল্লে। বাংলৈ—য়ু। য়োংমল্লখিসে—থকমিন্নখিসে। তামৈ—তাদোন। লাম্ভকখিয়ে—লাম্নদুনা থকমিন্নখি। প্যাথৌ—মরূপ

খোয়দা পাথৌ মেন্দে লুখ্রাচা-ও মালেম হৈতৌ তায়োনখোক, তায়োন লৈচন খোক, ব্রায়রা খোক্তি ঙকচেংবা খোকলাং নীংনা খাবা কোকনা থুম, খাবা উননংদবা খোমলাং চাইজি পিশিন ফবা, পাখং হুয়েন লানপাম্বা লান্দা খোকনে। পাথৌ তোংবু লুখ্রা চা-ও খোকলাং নমুংচঙদি কবি খোকনো পাউ-হংখিয়ে। হোয়দা খুনবী লোল্লাংখোক থাঙশা ঙাইখোং লোইচনখোক খোকলাং নীংনা খাবা কোকনা খুম্বা খোক, খোমলাং পিশিনফবা খোম, খোকলাংচান্নে পাউখুমখিয়ে। মবিংঙাগী খোকলাং মনুংচঙবু পায়না পায়না য়েংনবম্মে, অতুনোংগীবু পায়মা খোকলাং মনুংচঙ-ও তৌনা কৌএ। লমলেন তোকতাক লম্মহন, হাওগৈ কৈবেন পুং হাওবা অঙৌশি পরেংকোন লোল্লোই লৈত্রাংদা চায়না খোঙফেন্নবা অতুমুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা কেগে পনমরু নোংয়ায় পনমদোন

বাংলৈ—মু। মালেম—লৈপাক। ব্রায়রা—শা, লান, । ঙকচেংবা—মঙক চেংবা। খাবা—উন। হুয়েন—লান। কবি খোকনো—ফব্লিনা শাবা মখোকনো। পাখং হুয়েন লানপাম্বা—লান পাম্বা ইনখললকইবা ঈ খেবা নাহা। মবিংঙাগী—মাখোয় অনীগী। খোকলাং মনুং চঙবু—তাখোক অতুবু। অতু নোংগীবু—মরম ঐতুগীদমক, মুমিং অতুগী হৌনা। মদোমদে—অতুদমু নত্তে।

তেবা উতোমপোক অদোন মাইবেংবা মরৌপান্দা চায়না খোঙকেম্নবমু লৈএ। লমলেন কেগে লৌরাইচাউ মোইবাং পুবানরা, খুপুং তৌ ক্তৌরাংলা তৌবেন যাংনমপোক ফুনফৈ লমশি খুযোক্ট থিংবা কোন, তোইবী লাইথিং চন্ অকোং চাবোনবীগা খোমনৌ মতা যোংচিন লৈ কোইবম চনু অনীমনা থাংজীং লম্বান তোং লোইমোম পোপতেকপদা বাওইখিযে। ইমান মচা থিংমোম ইনেম মচা আহৌ মৈকা যাংও নবিঙাদি মোমনু নুজাবক্তা শঙবায কুমমিবা মপান যাইতোপ্লবু পুগুনো পোৎপু তাংখুববু নমগুনো। পলেম মমা মেন্দেন্ত অখ্রাবীচা, খুমন তোংবু অথৌবা মদোম তনবা মাখনখাই হাওযেন ইমৈখৈদা যাঙ্গোই ঈতোন ঙাকপা মোমনু যেলাং থৌচংফদা, শীংজা রাইকোইফদবা, এলা খুদাক ডাইবন ফংফদববু, তনবা চীয়েনা কাওবেন লাই-

---

লমলেন মদাইমা—লমদম। কেগে—মোইবাং। খোয়নৌ—মতা। লোইমোম—ফৌ। বাওইখিয়ে—শাওখি। ইমানমচা—ইকুগী মচানিপা, ইশাবি, ইথংলেন। ইনেম মচা—ইনেমগী মচা। নবিংঙাদি—নখোয় অনীদি। মোমনু নুজাবক্তা—নুপীশিংগী মনুংদা। পলেম—মমা। নুখ্রাবীমচা—লুখ্রাবী মচা, মপানা য়োক্তনা মমাতনা নাউকোনবা। মদোম—মথন্দা নায়তোম। তনবা মীখনখাই—মীথোই মীহেনবা নিপা। য়াংগোই—তুরেন অমগী মিং। ঈতোন—ঈমৈ। মোমনু—নুপী। য়েলাং থোচংফদা—থবক ইনখাং চংপা য়াদবা। শীংজা—

থেংনরুও। তৌইগীদি তিমেন তা চায়নাগে হায়রবদি ইমান মচা অথিং মোংবীশূ অহৌ মৈকা য়াংও। অয়ুম কেগে পনমরু নোংয়ায় পনমদোন, ভেরা উত্তোমপোক, অদোন মাইরেংবা মরৌপান্দা তাংজা লম ফগও লিলা নাথেংও, খোইবুং নরৌচাউ তিংঙি নাউগা ওল্লো, হামুন চারা লেপত্তম-নৈও। হেদৌ নিংখম নামুনখা শমজিনবি-ও। শঙদিং লাল্লেথেম কুমজেং লোননিং য়েৎপীও, চরৈ কাব্রং পানবু তুংথাংনবি-ও, ককচাক শমখোমনবি-ও, থংলেন অথিংমোং-বিশূ নঙদি খোয়মা নাবোন কুংদা তনবা ত্রিগেন নথূৎশূবু পায়না শানথুপও হায়খিয়ে। ইমান মচা অহৌ মোইকায়াং

রাইকোইক্কবা—শীং চনবা চৎপা য়াদনা। তনবা নিপা। তনবা চীয়্নেনা কাওরেন লাইথেংনরুও—নমান্নবা লেংমান্নবগ। মায় য়োক য়ারুচো। তৌইগীদি— তৌইগুরুসুত্ত। তিমেন— তা। ইমান মচা—ইকুবোক্কী মচানিপা। অয়ুম— ইরম। কেগে— মোইরাং। নোংয়ায়—খূমন। পনমদোন—খূন্দোন। উত্তোমপোক—মথন্দা নায়তোম (তোপনা) হোবা ভু। অদোন— খূমন। মরৌপান্দা—লৌ ময়াদা। তাংজ লম ফগও লিলা নাথেংও—লুমত্থনা খঙহন্দনা লৈও। খোয়বুং নরৌচাও—নতাৎ তৌহুনা। তিংঙি নাউগা ওল্লো-তিংঙি কৌবা উচেক্কুম তৌগিল্লরো। নিংখম—ফিজেৎ মখল অমা। শঙদিং লাল্লে থেম্বা -শাপোৎলানপোৎ শেৎপা। চরৈ —ফি। কাব্রং মুগাপী লং জাৎ অমা। থংলেন—শাবি। খোয়মা নারোনকুংদা—

মণ্ডদি নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচাবু হুয়েন লানথেম থোকলুও হায়না থৌনেকখিয়ে। অথিংমোংবীশুদি কেগে পনমরুদা হামুন পাম্বী লেপ্তুম নৈনা শান্থুপখিয়ে। অগৌ মৈকায়াংদি নোংয়ায় য়ুমলক চণ্ড খূমন য়ুমকৈ ফংনা হুয়েন লান থেমখিয়ে। শূমাই কাইবৈ এলহৌবা, য়াংলৈ ভাউবা হুই চৌববা নণ্ডবু কনানো হায়না তোংবু লুখ্রা চানা পাউ হংখিয়ে। অহৌ মৈকা য়াংনা পাউখুমলকএ। ঐনে পাথৌ-ও অসি কোবৌ ক্লুমিংমদি মানবী চৌয়েনা কাওবেন লাইথেংনসে হায়না তেনশীংববু নোংয়ায় তোংবু লুখ্রা চানা ব্রাকনখিয়ে। পাথৌ অহৌ মৈকায়াং-ও শাইজিন ইল্লুম লোয়বনে। কেগে চাক্লাওবা মোইবাং ইল্লুম লোনজা ঈতাওবগীবু চায়নসে হায়ববা? ভনবা ইতিক নত্তে কাওবেন ইপা নত্তবনে।

---

নাগী মবক্তা। ভনবা—নিপা। তিমেন নখুংশুবু পায়না—নহাক্কী নখুংশু তা অহ্ পায়হ্না। শানথুপও—লোত্তুনা লৈও, নাথৈহ্না লৈয়্। ইমান মচা—ইশাবি। হুয়েন—লান। থৌনেকখিয়ে—নেকখিয়ে। হামুন পাম্বী—নাপী পাম্দোং। শান্থুপখিয়ে—লোত্তুনা লৈখি। নোংয়ায় য়ুমলক চণ্ড খূমন য়ুমখৈ ফংনা—খূমন খূল্লক য়ুমলক চণ্ডনা। শুমাই—শুমাঙ। কাইরৈ—মেন। য়াংলৈ ভাউবা—হুই। পাউ হংখিয়ে—রা হংখয়ে। পাউখুমলকএ—খুমলকএ। পাথৌ—মরুপ। অসি—ঙসি। অসি কোয়ৌ নুমিংমদি—ঙসি নোংমদি: তেনশীংববু——শীংনরববু। ব্রাকনখিয়ে——ব্লাখিদে। শাইজিন ইল্লুম

শ্‌মায় কাইরৈ এন্দান য়াওবা তাউবা হুইতান য়াঙবনে। লৈবক কোনশাং রাবু কোইজবনে নঙদি। শাজা লানজা য়াওববু নত্তবনে। লোইমোম ফৌক্কনবা মোমল্ল মঙুং ওইবা ভুজা মমান লৌবা নওনা কবি ওইনা ছয়েন লান শীংলবনো কল্লকএ। ঐদি লহান নোং শেল্লোয় ইপাতাউ অরাং পোইবৈ খূবায ঙাবেন পাম্ববু চায়না খোঙফেন নোংদা ঐগী তিমেন ইখূৎশ্‌না ফেল্লবদি অচোং কন্না মাঙলৌ তুংলৌ ভুবে। মাগী তিমেন মখূৎশ্‌না ফেল্লবদি ইনম চেগাই-বম শানা ফেনতোকলে অত্বগীবু শায়ি ত্তোংমা হাললৌএ। নোংথি লাইমন হোএ হায়না শঙ্গাই কোনৌবী চানা কূবাং শউন য়াৎনা ইমু মথোঙ ক্লাংলিএ। য়াওবৌ শবেংচী তুনান-বনা লাইজা ঈ চুপলিএ। অসি কোবৌ মুনিৎমদি কেগে নপ্‌যায়দা হলরাইখিও হায়না পাওমেনববু পাথৌ নঙদি নদোম তনবা মীখনখাই নত্তববা? অসি কোবৌ মুমিৎমদি

---

লোম্নবনে—যুমলোম্নবনি, যুমথংনবনি। কাইবৈ —য়েন। লোইমোম — ফো। মোমল্ল —নুপী। ভুজা —নুপা। লহান — অত্বৈঙে। নোং — মুমিৎ ইপাতাউ— মক্প। অরাং পোইবৈ—মৈতৈ। চাযনা খোঙফেন নোংদা তা চাযনবা মুমিৎতা। তিমেন ইখূৎশ্‌না ফেল্লবদি — ঐগী খূৎশ্‌ তানা হুল্লবদি। ফেল্লবদি — লংলবদি, হুল্লবদি। নোংথি লাইমন হোএ — নোংথি নোংমংবদা অনাবা হোএ। ইমু — ঈ। য়াওরৌ— শবেং চী-শবেং মচী। অসি কোবৌ মুমিৎমদি। ঙসি মুমিৎসিমদি।

খোয়মা নমায় ওন ম্নামজেং ননম মুকলগনো। তৌইগীদি তনবা ইতিক নত্তে কল্লকএ। য়োইবুনাই খুয়োন শগ্গুল্লা এনখুরাংবীও ইমু মথোঙ লৈনা মেন্না চাইগে। তরা চাক য়োমও, রাংলৈ খোমহাল্লো। মোমন্নু তাল্লোয় মরুম্বীনা পাওমেনখিয়ে। থংলেন ইবুংঙো তাও অসি কোরৌ হুমিং-মদি ইমু মথোঙ হাংবা হুমিংনে করম তিমেন তা চায়ন-গবনো হায়না থোখাম্মে। য়োইবনাইও নোংয়ায় ইপা লমদা হুয়েন অস্নম লান শাংলববু লৈতরিএ। তৌইগীদি নোংয়ায় নপাচা অদোন নয়েল্লুবু হুয়েন লানপাউ চেনগে হায়খিয়ে। মথংলেন নোংয়ায় তোংবু লুখ্রচানা পাওমেল্লকএ। এদি হাওয়েন ইমৈ খৈবা য়াংগোই ঈতোন ভাকপনে। নোংয়ায় লমকেৎপা অদোন লমহাইবনে, তাংজা ঈকাইএ। হুয়েন লানবাউ চেনফংবাই হায়না পৌখামখিয়ে। মকম

---

কেগে নপুয়াব্বদা—নয়ুম মোইরাং লৈবাক্তা। হলব্রাইখিও—হনখো, চৎখো। পাওমেনববু—হায়ববু। পাথৌ—মরুপ। খোয়মা নমায় ওন ম্নামজেং ননম মুকলগনো—নমায় লৈহুনা চেল্লগন্নু। য়োইবুনাই—ইবেম্মা। তরা—চাক। রাংলৈ—মু। খোমহাল্লো—চেঙজেন লাউঙো। মোমন্নু তাল্লোয় মকম্বীনা—মতুনা। থংলেন—ইশাবি, ইপুরোইবা। তিমেন=তা। চায়নগবনো—লাক্কেংনগবনো। থো-খাম্মে—ভৌগন্নু হায়না থিংলে। নোংয়ায় ইপা লমদা—ঐগী পোক্ক-ফম লমদম খুমম্দা। তৌইগীদি—তৌইগুম্বমুঙ। নোংয়ায় নপাচা

শংলৌ এনথুবাংবানা তবা চাকাযোম্ববু পাচুদে। ৱাংলৈ খোমহানবস্তুঙ হাওদৈ মঘেং ভাইএ। থংলেনও তঙ্কাইগু হাম্বনা থৌথাম্ববু হোয মাখিদে। মবোং ঙক্কা হুক্কা তিমেন মাঙইম্বনা অহৌমৈকায়াংবু মাঙথাননা হুয়েন লানতাম্লকএ। অসাইঙৈগী অথিংমোংবীশ হামন চাবা লেপ্তম নৈববু যো-বকলে। মেঙ্গে খোযতোং লুখ্রবীচা নোংয়ায় তোংবু অথৌ-বনা হামুন মপান লেপ্তন নৈনা থেংথাং চারিখম্ববু নমু পোংবু খজিকলবগী পাখং তিমেন মখুংশ ৱাইকৌ চিনা লোঙবনা হুনখিএ। তিমেন তা শদরবদা অথিং মোংবীশ খোযমা নারোনন্নংদা তাংজা লমফম্বমা তিমেন তা হুম্লকপব নোংয়ায় তোংবু লখ্রাচানা পাওমেম্লকএ। মোমন্নু হুজা

---

অদোন নযেম্লুব—খুমন নহাক্ক ধারা নালা নপা নচাব। মথংলেন-মপুবোইবা। লমকেৎ লমহাইবা—লমচেনবা। লানবাউ চেনফরেই লান পাউ চেনবা য়াদে। মকুম—মতু। তরা চাকবোম্ববু পাচুদে—(মপুবোইবনা পুননবা চেঙজেন) চয়োম যোম্ববু অফবা খুদম তৌদ্রা। ৱাংলৈ—যু। হাওদৈ—যু। থংলেন—ইপুবোইবা। তঙ্কাইও—ভাইংখা, চংখিগন্নু। থৌথাম্ববু তৌদনবা হাযববু। মবোং ঙঙা হুক্কা—মঙকশমদা চুং হুকচিন্দুনা। তিমেন মাঙইম্বনা তানা মাচ থংহুনা—হুয়েন লান তাম্লকএ যেক্লবা ফংননবা তাম্লকলে। নমু পোংবু খজিকলবগী—মী ওইরমাম্লে হায়না নীংদনা। তিমেন মখুংশ ৱাইকৌ চিনীলোঙববু—মহাক্কী খুংশ তা মচীন অনী ফাংবব। খোয়মা নাবোনম্নুংদা—মাপী মরুক্কা। থনুং থিংলে—মপুক্কা ফাঙনা

মঙ্গুং মানবশা ঙাইরখিও। যোইবুনাই খুয়োন শংলো এনখ্রাংবা চন্নুনা তবা চাকয়োমলকপা রা·লৈ খোমহাল্লকপবু লৈএ থকমিন্নখিসে হায়না খোকলাং তা·দোনথক্তা চাকয়োমমবু লানজানখিয়ে। রাংলৈ খাংদম খোমবু শিনথকনখিয়ে। অথিং নোংবীশ্রুগা অহৌ মৈকায়াংগনা রায়রা শামুন্না হুয়েন লান মুন্নববু তোম্বু হুখ্রাচানা পাউয়াল্লকএ। মোমন্নু ন্নুজাশিংও কদোবা রায়বা শামুন্না হুয়েন কদোবা লানমুন্নবনো ঐবু য়াংলৈ তাউবা তম্না কংলি থোকলৈএ। মচেঙ কাইবৈ ভৃগুস্নবু পোম্নাই লাকলৈএ। ঐগী রায়বা শাশীং চামাবু নঙ থানাখিও। অথিং মোংবীশ্রু নঙদি খোইবুং নবৌ চাউঙাম্মে। ঐবু লাবা থন্নুংথিংনা চৈবীরে। ঐগী হুয়েন লানশীং চামা অসিবু নঙ থানাখিও হায়না রায়বা শা খাইখি হুয়েন লান খাইখিয়ে। পাথৌশিংও ঐবু থাঙলেন চেপনা

.লংলে। মোমন্নু ন্নুজা—হুপী। ঙাইবখিও—ঙাইখো। অদোন—তা মতোন। চাকয়োন মবু—চাকয়োম অমবু। লানজানখিয়ে—লান্ন হুনা থকখি। শিনথকনখিয়ে—অমুক অমুক থকমিন্নখি; শিন্ন-শিন্ননা থকমিন্নখি। মোমন্নু ন্নুজাশিংও—হুপী মানবশা। য়াংলৈ তাউবা—হুয়। মচেঙ কাইরৈ—য়েন। ঐগী রায়রা শাশীং চামবু—এনা ফাল্লকপা শা য়াম্বু। খোইবুং নরৌ চাউঙাম্মে— নতাং তৌ-রম্মে। লাবা থন্নুং থিংনা ঐগী থম্মোয় কাওনা, ইপুক ফাউত্রিং ফাও-না। চৈবিরে—খুংলায়না থারে। পাথৌশিংও—মদ্মপশা থাঙলেন—

চনববু মচন ফবিও। লুবক কাঙদৈ থি থৌমাউ লেন-থোঙ লেনববু মবেন ফবিও। অসি কোবৌ নুমিৎমদা রায়বা নশা ওই হুযেন নবান ওইবে। খোয়মা ইমায় ওন য়ামচেং ইনম মুকসবোইএ। শমু লেংলোইতোং অভিংভাবু ওইখ্রিকুম থাংয়ি লৈবোন চনববু মচন ফবিও। য়ামচেং লৈকুপ শীববু মশী ফবিও। হেম্বা লোই ক্বাক ক্বাক অমুবা, শীংলেন লৈপাম থিনবা থাঙচি মিতম চেন শাবেন হিংশোং শায়না পামেন ঊকৈথক্তা পাউতোইনববু শোংকিয়ে হায়না পাউ-মেনখিয়ে। অথিং মোংবীশগা অহৌ মৈকায়াংকা অনা-মকনা নোংয়ায তোংবু লুখ্রাচাবু লুবক কাঙদৈ থি খৌনাউ লেনথোঙ লেন তৌথোপ থম্বাংনা লাল্লু পোল্লেম হান্না মবান ওন্দেবকলে। লমলেন খুবোইবা থিংবা কোন্দা খোইবা লাইথিং চন্নু অকোং চাবোনবগা খোয়নৌ মতা য়োংচৈ লৈকোইবম চন্নুগা অনীমকনা থাংয়ি লুম্বান তোন লোইমোন

থাঙশাং। থাঙলেন চেপনা চনববু মচন ফবিও—থাঙযান ফজনা শোয়হন্দনা য়ানবিও। লৈবোন চনবা—লৈপাক মনুংদা কুম্বা। য়াম জেং—লৈকুপ। হেম্বা লোই—ক্বাক। থাঙচি—শতুম। শাবেন হিং শোং শায়না—শতুম হিংনা চাবা। লুবক কাংদৈ থি খৌনাউ লেন্থোঙ লেন—মণ্ডক কক্কুনা। তৌথোপ—পোলাং। লাল্লু পোল্লেম হান্না—পোল্লাংদা অককপা মকোক অদু হাপ্পুনা। মবান ওন্দেবকলে—মযুমদা হল্লকলে। খোয়নৌ—মতা। থাংয়ি—ফৌ। লোইমোম—ফৌ

পোপতেক ফু, উপন চৈরোও ফংনা নীংখন্নঙম্মে। খোয়নৌ ইতা-ও নেম নেন লাকপা অসিদি কনানো? লৌরাই মুরৌখোই লৌখোই হাপলমবীচা লৌশীং হানবোইবা হাম্মুন চারা লেপ্তুম তোংবা চেকলা হায়না পাউহংববু হে খোয়নৌ ইতা ও লৌরাই মুরৌখোই লৌখোই হাপলম্বীচা লৌশীং অথাপ্পা অতোন তোংপু মী কংচেং অতাম্বদবু কোইগে তেমশীংনবানে ককাচেংচা ফংতরিপা খোইচেং মচা তৈতরিবদি মরান ওন্দেরকওই হামুন চারা লেপ্তুম চামা নৈববু তোং-দবিবদি মচীং হনরাইবোই তেমশীংবা চেকনে। মরান রাইয়োংবা তম্বু ফদরি লরাই মুরৌ খোইদিনরিরোই——পাউশুমখিএ। পান্থী লেপ্তুম নৈবা চামা তোংদরিবদি ইচীং হনরাইবোই খোইজেং চামা তৈভববদি ইরান ওন্দেরোই হায়না তেমশীংবা চেকসুং মরান ওন্দেরাইতম ফংদরিএ নরিরোই পাউখুমখিয়ে। তৌইগীদি খোয়নৌ ইতা-ও, ইমান মচা অথিং মোংবীশু অহৌ মোইকায়াং নোংয়ায় তেনশীংবা খুমন লান্দাবনে। ইমান মচানা শম্মু খুত্তা শুরকপা অসিবু

---

উপন চৈরোও—উপন্না শাবা ফৌ য়ৈনবা চৈরোও। নীংথম্নঙম্মে—থম্নরম্মে। ইচীং হনরাইরোই—ইম্মুমদা হল্লোই। ইরান ওন্দেরোই—ইম্মুমদা হল্লোই। তেমশীংবা—শীংনবা। চেকসুঙ—উচেকমুঙ। মরান—ময়ুম। ওন্দেরাইতম—হল্লমদাই। নরিরোই,—ওইরিরোই, তৌরিরোই। তৌইগীদি—তৌইওম্বসুং। ইমান মচা—ইপুরোইবা। শংলৌ—রেনশাং।

কবিনো৷ খূদাক লাইশোই পোল্লা শংলৌ যেন পুন্না পাউহংববু হে খোযনৌ ইতা-ঙ। অযুম কেগে মোইবা নম্বুজম নিংঙানবী হাওকুবা লাইমতোনবানা মৈবুন য়াদা চীকনা লোকতাক কুমশাদরি, তৌমু কুমখায়দা কবাং হি ওন্দা থাঙওা থেংওমতবিয়ে। যেলাং মনিং কোইহিবোইএ শংলৌ খুতাপ ফাহিবোইয়ে, (খুদাপ ঙাইরন ফাহিবোইএ)। খুমনাউ পুনশিন হোৌদরিয়ে য়েন্নাউ তুকুপ লিংদরিয়ে খুৎতাপ শোইপোন্দি নরিবোই পাউখুমখিয়ে। তে ইগীদি ইমান মচা অনীমনা শমু খুংগা পায়বা ওসিদি নোয়ায় তোংবু লুখ্রাচা হাওয়েন ঈমৈথেবা য়াগোই ইতান ঙাকপা মদোম ওনবা মীখনখাই, নোয়ায় এলা থেচংফদবা, অদোন শাংজা বাইকোইফদববু নবিংঙৈন। লাল্লুনে, পোলোমনে তৌথোপনে, খস্তাংনে, কায়খিয়ে। অহি মোর্বশু তাহ মোইকায়াদি ওনবা থাহাং ময়থীমন, চুংশন মবান থৌগীবু মোমন্থ নুজাবক্তা শংবাই পাবোংবা মপান যাইতোম্লব পুবনে। পোৎপু লেংনম থোংদনা কোগ মনিংথো উরা-

অয়ুম—ইয়ুম। ইমান মচা অনীমকনা—ইপুংশ্লাইবা অনীনা। মদোম—নামতোম, মথন্দা। নোংয়ায়—খুমন। এলাং হৌচংফদবা—থবক ইনখাং চংপা য়াদবা। অদোন—খুমন। শাংজা বাইকোইফদববু—শীং চনবা চংপা য়াদববু। নবিংঙেনে—ওইখিগনি। লাল্লুমে—কোকনে। পোল্লেমনে—পোল্লাংনে। তৌথোপ—পোলাং। ওনবা—নিপা।

লাইজিংথু তেনহৈবনা লাংগোল্লখিয়ে হায়দববা? লমলেন কেগে পনমক্ক নোংযায পনমদোম ঙেবা উতোমপোক অদোন মোইবেংবা মবৌপান খুবোইথিংবা কোন্দা চায়না খোঙফেল্লবা অতুস্নুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা ইবান মৈজ্রাও পশি ফমদম লৌ সেবু লৈমা মবৌপান অঙৌবা নৌথিনখোংদা ব্রাকযৈ হিবাল্লনা চায়না খোঙফেল্লবব্ লৈএ। অঙৌবা খুবাম পান্বগা খুমন তান্দে খুৎহৈবা মৈবা তোংহুম চনবা ঙেৎনৌ নী গাঙয়েবগা লমলেন সেবু লৈমা মবৌপান্দা চায়না খোঙফেল্লবদি অঙৌবা তিমেন মখূৎশ্না ফেল্লবদি ব্রাকযৈ হিনম খেৎমা শোযবেন যুমি তুবে। খূমন তান্দে খুৎহৈবগী তিমেন মখূৎশ্না যেল্লবদি অঙৌবা খুবাম পান্বগী খুবোম চংলৈ তুবে। যামজেং মনম মুকনা খোয়মা নাবোনন্নু দা শান্থুপখিবে। অদোন তান্দে খুৎহৈবদি ব্রাকযৈ মনা হৌ তোংডেং মথি নাইনা

---

থায়াং মথোমন— মতিক-মথোনা, মতিক মঙন। কেগে মনিংথো — মোইবাং নিংথো। লমলেন — লমদম। অতুসুঙ মদোমদে — অতুনসু লোইবা নত্তে।

অঙৌবা —অঙোম। তান্দে—থাঙ শাবা। মৈবী তোংহুম চনবা — মৈ উতোং হুম্বা। ঙেৎনৌ—য়োং। ফেল্লবদি—লংলবদি, হুল্লবদি। ব্রাকযৈ— হি। য়ামজেং মনম মুকনা—মমায় লৈতনা চেনখ্রগা। খোয়মা নাবোন নুংদা— নারক্তা নাপী মরক্তা। শান্থু পখিয়ে — লোৎতুনা।

ছুয়েন লানতাল্লকএ। অঙৌবা খুবাম পাম্বব খূমন খুমু মনৌবোনা থিল্লা ফারে। অহু নোংগীবু নৌথিনখোং ও থোন্নৈএ। ইবান মৈজরাউ ইবান লোইথাবৌ অঙৌবা নৌথিনখোংদা চায়না খোঙফেন্নবা অহুম্ভঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা রায়শেন পুলৈপান ঙাংজা চৈহুল্লম চীংয়াই ঙান্নু-থম্বি খুন্দাবম শেনবা মিমাবা রাইচাপান রায়-শেন ফৈবাকখিদা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। অদোন নোংয়ায়

---

লৈখবে। অদোন—খুমন। খুমু—নৌ। লমলেন—লমদম। মদাইমা—লমদম। ঙানু থম্বী—খূমন নিঙোম্বি. লুবাং নিংথৌ পুন্সিবদা ওঙহুনা মচানিপা শেনবা মিমাবা পোকই মমৈথংদা লুবাং নিংথৌনা খাইনহুনা মচাগা লোয়নননা খুমন্দা লৈখি।

শেনবা মিমাবা——লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা থয়োয়রোন ঙানুথম্বী পান্নহুনা পোকপনি। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা থয়োয়রোন ঙানু-থূম্বী খাইনরবদা ঙানূ-থম্বীনা শেনবা মিমাববু স্নামনা অঙাং ওইনা মপাম খুমন্দা পুখি। শেনবা মিমাবনা চাউবক্রবদ নোংমা মহাকনা শা তানবা লাকপদা লুবাংগী লমদা চঙলক্তুনা পুদাংকোই খুৎখোইবনা ওনখিবা শঙাই চীবেন তোম্পোকপা ফাব-বদা লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা শেনবা মিমাবদা মহাকনা যারিবা শা অহু পীরম্মো মমল মতিক চানা পীগে মমল কয়া লোগনি হায়রবদা মহাকনা মাদি শা অহুগী মতিক চাবা মমল খঙদ মমাদা হংলুগে হায়না চংলুবগা হল্লক্তুনা লুবাং নিংথৌগী ফুক্তা লাইরুদা লৈবা মবেন হনুবী ইমোইনু পীয়ু হায়খি । লুবাং, নিংথৌ পুন্সিবনা মাগী মচানিপা

মথিং কোংঙাবা অথোৌবনা থেংথাং চাবিথম, লাংমৈ পুংলেন চিন্না শগুদিং লাইল্লেথেম কুমজেং লোন কোকযেং, মবোং চেপয়াল্লা তিন্নেন ঙংশোন লৈ, থাঙলেন নামৈ য়েপনা' পোইবৈ ইভিকলা রাংঙম ইপানববু চায়না থোঙফেন্নগে হায়না হুয়েন লান্দারকপদা পোইরে মৈতৈ। ভকাংশুনা রায়শেন ঙাতাঙম্বদা লমঙক্লবে। পাথৌ পুনশি অকাংশুও ইবিংঙা চায়না থোঙফেন্না তিন্নেন তা চায়না মবোং চুংফুমসে হায়না তেনশীংখিযে। পুমশি অকাংশু পায়মা লৌশিং থোইথনা পাউথুমলকএ। পাথৌ মথিং কোংঙাবা-ও ঙাইরখিও। লেমলৈ ঙাশিং ফাদা তোংবোন য়াইবৌ থন্দবিয়ে। লৈবাই

---

শেনবা মিমাবনি হাষবা খঙলকলদুনা মাঙোন্দা ইমোইনু পীখি। ইমোইনু পুংনা লাকলবা মকুংদা মহাক্কনা খরা লৈবগা মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মামা, খুমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবগী মহুও খুমনগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

অদোন নোংয়ায়—খুমন। থেংথাং চারি থম লাংমৈ পুংলেন চিন্না—নীংখম শেংলগা উচেক লাংমৈ পুংলেনবগী মতু চিন্দুনা। শগুদিং লাইল্লেথেম — শাপোং-লানপোং শেংতুনা। কুমজেং লোন কোকয়েং— কোয়েং য়েংতুনা। মবোং চেপয়াল্লা—চুং চেপনা য়ান্দুনা। তিন্নেন—ভা। থাঙলেন— থাংশাং। বাংঙম—মৈতৈ। ইপানববু— লাম্বাবু। ঙাতা ঙম্বদা— ঙা ফাবম্বদা। লমঙক্লবে—থেংনরে। তেন-শীংখিয়ে—অনশীংনখিএ। পায়মা লৌশিং থোইবনা— লৌশিং শিন্দনা, লৌশিং চাউবনা। পাথৌ—মরূপ। ঙাইরখিও—ঙাইখো। লেমলৈ—

মুংবিথক্তা ঙাইথমখিও। অদোন মথিং কোংঙাবনা উবোং মায়থানা খোকলাং ঙাইখাঙননা মিৎয়েং নাউশুমখিয়ে, খোমলেন তুমগনখিযে। পুনশি অকাংশূ য়াইশেন ঙাতাবনা চেংলৌ মিৎখিৎলে। অদোন মথিং কোংঙাবনু শমু তুংবুন্না পরি লানগশা শনলাং তরৈনরে। নোংয়ায় মথিং কোং ঙাবনা পাথৌ পুনশি অকাংশূও অসি কোরৌ জুমিৎমদি হুয়েন নবান ওইরে। পোইরৈ নপল্লনদা য়েনপোৎ হিংনাই চান্নরুও, লাকথা লানমিং থানরুও। নোংয়ায় এবু পুংমা থোন্নৌও চীংষ্না থেন খেৎনৌও। এদি হয়েং য়াইথোং শিবমলেন্দা মাই মৈচীন ওন্দনা রায়বা নশা ওই হুয়েন নবান ওইওমগে। এগী লাংজেং ইরুথেৎকা চুং লোং ইনম খাঙ্গা তিমেন ইথূৎশংগা কংলা লানপাউ তম্মরুও। এবু

---

ঙা। তোংবোন রাইবৌ— ঙা হাপ্পবা তুঙ্গান। লৈবাইমুংবিথক্তা— লৈরাঙ্গ মথক্তা। ঙাইশমখিও—ঙইথো। উবোং মায় থানা খোক-লাং ঙাইখাঙননা উ মরাগা মাগী তাগী মখোক অতুগদা মোন-খাঙতুনা। মিৎয়েং নাওশুমখিয়ে তুমথখি। চেংলৌ মিৎথিৎলে-উরে। শমু তুংবুন্না পরৈ লানগা শা শনলাং তরৈনরে—মথুৎ মতুংলোমদা পুন্দুনা মশম তাতুনা য়েংশিন্দুনা ফাবে। অসি কোরৌ জুমিৎমদি—ঙসি জুমিৎসিমদি। য়াইথোং শিরমলেন্দা—অশিবগী থোঙজিন্দা। কংলা লানবাউ তম্বা—শা লান চৎলুবদগী লান ঙমতুনা হল্লক্লগা নুঙ্গোইবীদা হুয়েন লালু চল্লবা মতুংদা কংলা লানবাউ তম্মো

শমু তুংবুন্নববু থাদোক-ও হায়না তাংজা মবৈতোন্না পূরুমজখিয়ে। পুনশি অকাংশ্না মথিং কোঙাববু লুবক কাংদৈ থিদা খৌনাউ লেনথোং লেন্দনা থাঙলেন চেপনা চনবিদনা হুনরাইখিয়ে। পুনশি অকাংশ্দি তনবা মচীহেন কাওবেন মবাইরাংনা মবান ওন্দেবকএ। লমলেন রায়শেন পুলৈপান ঙাংচা চৈহুন্নম মথিং কোংঙাবা শিদরাই, পুনশি অকাংস্বু মনগববা মন্দরাইদা চায়না খোঙফেন্নবা অতুস্থুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা মথৌ ঙাঙোম্বা তাংজা লুহুন পুং, রায়বা শাবোন পুংদা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। মৈদিঙু লোইনাই খুমোম্বা ঈকোপ খোঙফেন থৌবা তেংগোন তবেৎ চাইবা শেনবা কবো চাংথ্রং চাংনিংশিং কবো পোনথ্রাং লায়ববা সনা চৌনবান থোংনা চাশায়বা লুপা চৌনবান থোংনা যু য়োংববু কাইনা হুনবা, লাইবেন কোবা মীওম্বা, মথাম

---

শমু তুংবুন্নববু—খুৎ মতুংলোমদা পুনববু। তাংজা—লৈ। পুরুমজখিয়ে—খুরুমজখি। লুবক কাংদৈ থিদা খৌনাউ লেনথোং লেন্দনা—মঙক কক্তুনা। থাঙলেন চেপনা চনবিদনা—থাঙনা য়ানবিদনা। হুনরাইখিয়ে—হুনখি য়ো তনবা মচীহেনকাওবেন মবাইরাংনা—মায়থোং মকা লামনা। লমলেন—লমদম। শিদরাই শিখিদবা মফম।

মথৌ ঙাঙোম্ব লুরাংনি। মৈদিংঙু মৈতৈ নিংথৌ। লোইনাই খুমোমম্বা খৃষ্টাব্দ ১২৬৩ দগী ১২৭৮ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌনি; মৈতৈ নিংথৌ চীংথাং লান্থবনা নোংবাম্লোন নিংথৌপোকপী পাম্মহুনা পোকপনি।

লাইজা ইঙ্গুংলোক, মীয়োম মতাকলোক লাংগোই লীশীং লোক্তা খোশাবা মবোই খাংজেন চাইখু কৌবা পাথুপ নেনবা তিনবান্, য়ানবা মৈদিংঙু, লোইনাই খুমোম্বনা রাকয়ৈ মথুনেৎ তোংজেং মম্লুংচঙবু খোঙওইননা লমোলন লৈভাং ইমোইকোন নোংয়ায়। হাওচা লাবিঃকোন ইবান মৈচবাউবু ঙমলোন নাতৈননা য়াওবৌ লাংবন ইশাতানবম্মী লাইবেন মবান থিংলো নীংনা তেরকপদা রায়রা শাবোন পুংবু ঙমলোন নাতৈনরকলবদা অদোন পিথোন লাইবগা লম-ওক্লরে। মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বগা নোংয়াম্ন থুমন নিংথৌ পিথোন লাইবগা রাকয়ৈ তেংমায়থক্তা লীরি থম্মোয তিং লকা তেনমৈ লাক রায়রা তেন চায়নখিয়ে। অদোন পিথোন লাইবদি রাকয়ৈ নীংনা তেঙমদা তোংজেং লুন,

---

য়ংযাংববু—থু থকপবু। কাইনা হুনবা—লান ঙম্বা। রাকয়ৈ—হি। তোংজেং—হি। রাকয়ৈ মথুনেৎ তোংজেং মম্লুংচঙবু খোঙওইননা—মাগী হি তোংহুনা ঙমলোন নাতৈননা—থংননা, মনাক নকনা চৎপা। য়াওরৌ—শা। লাইরেন—মৈতৈ নিংথৌ। মরান থিংলো নীংনা তেরকপদা—মযুমদা হুক্লকপদা। রায়রা শাবোন পুংবু ঙমলোন নাতৈনরকলবদা—রায়বা শাবোন পুংগী মনাক য়োরবদা। অদোন—থুমন। পিথোন লাইবা—থুমন নিংথৌনি। লমওক্লরে—থেংনরে। রাকয়ৈ তেংমায়থক্তা—হি মথক্তা। লীরি থমোই তি লকা তেনমৈ লাক রায়বা তেন চায়নখিয়ে—থম্মোয় য়োবা ফাওবা লীরি চিংলগা তেংগা থোংহুনা তেন কাপ্পহুনা লান শোক্লখি।

হুনগে হুনগুমদরবগী খোয়মা মায় গুন্দনা ব্লায়রা তেনব্লায়রকএ। মৈদিংগু লে'ইনাই কৌবা মীওম্বসুঙ লাইরেন ব্লাকয়ে মথুংনেং খমানৌ লময়েং ছিবু ভোংজেং মথিনাই থুমু মরাং হৌনা লৌরি থমোয় তিং লকা ভেনমৈ লাকনা হাওরৈ খানা পাংবরম কাপথখিয়ে। হাওরৈ নোংপোক পাংবরমগী লাংবন ঈশা ভানবা ক্লাক লিভোন পান্বসুঙ ঙাংলৌ হাওকপ ফাইদগী খুনবু থিনবী ফাবা কংলা ঈফ্যংখোবনা য়াম্মা নিংথৌ পিথেং লাইববু নোংমল্লবরা হায়না ব্লাকয়ে খোঙগুইনা থুমু নৌখপ-লাক তুবেন মোংবা ঈবু ফৈনা শমলকএ। হাওরৈ অব্লাং পাংবরমদগী মমা পোংনু য়োইশকপীচা ঈরেম লাইবা খারা লৌগনবসুঙ য়াম্মা নিংথৌ পিথেং লাইববু নোংহামলবরা হায়না অব্লাং লাইনা পাংবরমদগী খোপথরকএ। মৈদিংগু

---

ব্লাকয়ে নীংনা ভেগে ভেভমদা—চি মনিংনা (হিনাউনা) হুন্দোক্কে—হুন্দোকপা ব্লাদা। ভোংজেং লু—হিক্ক। খোয়মা মায় গুন্দনা—মমায় লৈদনা। ব্লায়রা তেনব্লায়রকএ—তেন কাপশিল্লএ। ব্লাকয়ে মখুনেং—খোঙনেং ছি। থুমু—নৌ। হাওরৈ—মায়গৈ। খানা পাংবরম মথা মায়গৈদা। হাওরৈ নোংপোক পাংবরম—নোংপোক। য়াম্মা নিংথৌ পিথেং লাইববু নোংমল্লববা—মবুংভো থুমন নিংথৌ পিথেং লাইবা শিগবরা হায়না নিংঙনা। মোংবা ঈবু ফৈনা শমলকলে—তূরেন তুবংনা শমলকলে। নোংহামলবরা—শিরববা। লাইনা পাংবরমদগী—অব্লাং মায়গৈদগী। খোপথরকএ—কুমথরকএ।

মদাইরেম অরোং য়ুপানহনবা হোঙনেমশুম্বা নিংথৌ কনবা চোইনৌ সনা খাউজাউ পুহনা পাওমেল্লকএ। মদিংঙু লোইনাক্ত খুমোম্বা লাইবেন ঈকোপ খোঙকেন থৌবা ও নদাইবেম মযুম নোংয়ায় থুমনদি মমা পিয়াইথোংঙান্নচা অদোন পিথোন লাইবস্তুঙ হুয়েন লন্দান থুবকএ। তরাং লাইনা পাংবরমগী মমা পোংনূয়োইশকপাচা ঈবেম লাইবা থারা পাউওনবস্তুঙ লাল্লোই থাগোকতাউবু তমথরকএ। লাইবেন ইবুংঙো তা-ও থিংলৌ পনচনববু লান্নংলগনে, লাইবেন ইবুংঙো নঙদি থিংলৌ নীংনা তেখি-ও। নদাই-বেম ইখোয়দি নোংয়ায় থাংলেন মথুংশ্বু শোংকিবোই, খোয়মা ঈমায় ওন্দনা য়ামজেং ইনন মুকলবোইএ। নোংয়ায় পিথোন লাইববু তিমেন তায়েনা মবোং চু ফুনগে লাইবেন নঙদি অসাইঙৈগী মাব নখোঙ্গন নীথিবো। অবোং য়ুপান

---

মৌদংঙু মদাইবেম—মৈতৈ নিংথোগী মনাই। চোইনৌ—সনা। পাওমেল্লকএ—হায়জবকএ। লাইবেন—মৈতৈ নিংথৌ। নদাইবেম-ননাই। অদোন—থুমন। হুযেন—লান। তমথবকএ—মায়গৈবোম পাংলকএ। থিংলৌ পনচনববু লান্নংলগনে—যেরুবনা কোযশিন্দনা ফাখ্রগনি। লাইবেন ইবুংঙো নঙদি—শ্রীযুৎ মহাবাজদি। থিংলৌ নীংনা তেথিও—হনবিখ্রো, লেঙখবো। নদাইবেম ইখোয়দি—ননাই ঐখোয়দি। নোংয়ায় থাঙলেন মথুংশ্বু শোংকিবোই খুমন থুংশ থাঙবু কিবরোই। খোয়মা ইনম মুকলবোই—ঈমায় লৈদ্রনা চেল্লবোই।

হুনবনা লাইবেন ইবুংঙো তা-ও নদাইবেম ইখোয়দি নোং-য়ায় থাঙলেন মখূৎশ্বু শোংকিবোইএ। অদোন তিমেন মখূৎশ্বু শোঙ্গাঙলরোইএ, অথম মী পোককে অথৌ লাংগোনগে ভুবা নশুংলাংগী অমন থমলৈ কুম্ববু লাইবক নোংদমলকপবু কজেং থাঙওইননা ইরাচাবু ওইখিগে। লাই-বেন ইবুংঙো তা ও। নদাইরেম ঐগী মোমন্ত তাল্লোয ইরুম্বী চকমোম তেমথাঙলোনবী. য়াওরা মশাংশু লোইদাম থাবু ফারববু লৈএ। হয়েং নোংবান ইপাবিবু শাৎলকলবদি ভুবী নাক্তা তযম নিংথৌ শেন্নবীও। ইমোম নোংবাল্লোনবু শাৎলক্লবদি লাইবেন নঙগী তাল্লোয অথূবা লুমলেন অতোনবাবু অহিং তবা চাকখোৎপী লুংথিল শিল্লোন লাংবাবু

---

তিমেন তানযৈনা মবোং চু, ফুনগে—চুং তা পাযনহুনা তা চায নগে। অসাইঙৈগী মাব নখোঙ্গুন লীখিবো=ঙসাই লাকপা লম্বা দোমদা হন্দোকপিখ্রো। ইখোয—ঐখোয়। শোংকিববোই—কিব বোই। অদোন তিমেন মখূৎশ্বু—খূমনগা খুৎশু তাবু। শোঙ্গাঙল-বোই – কিববোই। অথম মীপোককে অথৌ লাংগোনগে—থৌনা ফনা ইবিন ফুদোককে। ভুবী নশুংলাংগী—নিংথৌ নহাক্কী মবমগা। অমন থমলৈ কুনববু—শিববু। কজে —থাঙ। মোমন্থ তাল্লোয ইরুম্বী-ইতু। চাকমোম তেমথাঙ লোনবী—মীবোনলিবী, গর্ভ লৈববী। য়াওয়া মশাংশু লোইদাম থাবু ফাবববু—থা শুববু। নোংবান—অঙোম, অঙৌবা। ইপাবিবু—ইচানিপা। শাৎলবদি—পোকলক্লবদি

ওইনবি-ও। য়োয়বু রাকচীং লোকোন হনবীলক্কা য়াংগোইৎ-
হনবী ও। লাইরেন ইবুংঙো ত্তা ও। নদাইরেম ঐনা শাইবা
পনয়েথা লাংখোং ইত্তাশি পনম খোময়ে থায়বরু লাল্লংলবদি
লাইরেন নঙগী রাকয়ে লময়েং হি অসিবু চেনখি ও।
নমান খুরায় লৈমা কৌবা মরোং ঙম্বা মানগৌ লীক
লীকশাং চিনাইববু য়াংলো থানবন লান্দা য়ানবি ও।
লাইরেন মার নখোঙ্গনবু য়াংনা হলরাইখিও। অসুম পাও-
মেল্লবদা মৈদিংঙু লোইনাই খুমোম্বনা ইদাইরেম তরোং
য়ুপানহনবা হোংনেমশুম্বা নিংথৌকনবা ও ময়ুম নোংয়ায় লান-
পাম্বনা হুয়েন লান্দারকপদা খোয়মা নমায় ঙন য়ামজেং
ননম মুক্কনো চায়না খোঙফেন্নরৌও। মোমন্থু ক্রেয়াঙ
মচায়ানবীনা নপারি অমা শাংলবদি তযুম নিংথৌ শেনবা
লক্কগা তযুম মাবু শেন্নাক ওইহনগে। নমোম অমা ফুয়ব-
বদি য়োয়বু তাল্লোয অখুবী লুমলেন অতোনবী ওইহনগে।

---

তুবী নাক্কা—নিংথৌগী সনা নাক্কা। ইমোম—ইচান্নপী। নোংবানপ্লোন—
অঙোম চন্নু। তাল্লোয় অখুবী লুমলেন অতোম্বী—মনাউ ইবেম্মা
অতোম্বী। য়াংগোইহনবিও—লৈহনবিও। লাল্লংলবদি—অরাবা তারবদি
লাইবক থীত্নুনা য়েক্রবগী খুত্তা চল্লবদি। খুবায় লৈমা—অঙোম নিংথৌগী
মনাউ ইবেম্মা অহন। য়াঙনা—থুনা। হলরাইখিও—হনখ্রো, চৎখ্রো
ইদাইরেম—ইনাই। নোংয়ায় লান থেংননিংবা খুমন্না—খুমন লান-
বাম্বনা। হুয়েন লান্দারকপদা—লান তাবকপদা। চায়না খোঙ-
ফেন্নরৌও—লান শোক্করকও।

তগুম নচা়বোন হয়েং নশূরোন খুদিংদা থাংলেন কোম্রমংপা লাংগোই শরি থোকপব্ লান্নংহলোইএ। তগুম নওনা অমন খমলৈ কুমহৈগীদি খমনৌ লময়েং ছিবু চেনবিগে। ইমান মানগৌ লীক লীকশং চিনাইববু য়াংলৌ থানবন লান্দা য়াম্ম-বিগে। তগুম হোওনেমগুম্বা নিংথৌকনবা লাইরেন ঐগী শয়াং ইতানশি চোইনৌ সনা ইগুৎশি অসিবু নওনা শিহোও। য়াইবং সনা ইনাশিগুও নও য়ান্নবৌও। মদাইরেম অবোং যুপানহনবা হোওনেমগুম্বা নিংথৌকনবা সনা থাউজাউপুবদা লানথাইবম্মে। লাইবেন মৈদিংঙু নোইনাই খুমোম্বদি হাওরৈ অরাং লাইনা পাংবা লমদা থিংলৌ নীংনা তেবকলে। মদাই-বেম হোংনেমগুম্বা নিংথৌকনবা নোংযায় পিথোল লাইবগা মবোং চুং ফুননা তিমেন তা চাযনবিওদা মরোই ক্কাকপা

---

লান শোক্রককও। মোমনু ... .... ... .. শেন্নাক ওইহনগে—গভ˘ পুন্নিবী নুপী (নতু) অহ্না মচানিপা ওইনা পোকলক্রবদি নিংথৌ শেনবা ইনাইশিং অত্নগী মরক্তগী মগাকপু সেনাক খল্লহনগে।
নমোম—নচানুপী। ফুয়রবদি—পোক্রবদি। নচাবোন নগুরোল—নচা-নগু নঙগী ধারাদা। অমন খমলৈ কুমহৈগীদি—শিবা থোকলবদি। লাইরেন ঐগী শয়াং ইতানশি—নিংথৌ ঐগী পাম্বোমদা শিবা। চেইনে—সনা। ইখুৎশি—ঐগী খুজি। ইনাশিগুং—ঐগী নয়ানবীসুও। য়াম্নরোও—য়ানহৌও। মদাইরেম—মনাই। হাওরৈ অম্বাং লাইনা পাংবা লমদা—অঙ্গাং থংবা মায়গৈদা। থিংলৌ নীংনা তেয়কলে—

লিতোন পাঙ্খা খুনবু খিনবী ফাবা ক.লা ঈফৎ থৌবনা খোয়মা নাবোনন্থংদা তিমেন মখুৎশ্নুনা হোঙনেমগুম্বা নিংথৌ কনবনী ফৈবা মতান তুনা চৈবিবে। নোংবান হোঙনেমগুম্বা অবোং যুপান হুনববু নোংয়াম্ব পিথোল লাইবনা থাঙ লন চেপনা চন লূবক কাঙদৈ থি খোনাউ লেম্বোঙ লেল্লে। হুকচেংশম মমান লৌ, তৌথোপ খম্বাংনা লাল্লূ পোল্লেম হাল্লা হাইথখিযে। লমলেন ব্লাযবা শারোনপুং হুযেন লাল-লোনপুং হোঙনেমগুম্বা নিংথৌকনবা লা.গোনপুংদা চায়না খোঙফেন্নবা অহুম্পুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা অদোন থো.গাবা শোযবিংৱা খুমন থোংগাবা শোয়শেমলম তোইবী মচন কুবাও তাউবী লম্মবক্কী চেংলৈ শংনা নোংমনৱাই, মৈদি.ঙু তবু বা চংবা মকৈবেন,

---

অমুক হন্না লাকগে । খোয়মা নাবোননুংদা—নারক্তা । ফৈৱা মতান—মফৈপন্দা । চৈবিৱে—খুৎলাইনা থাবে। নোংয়ায় পিথোল •—খুমন পিথোল লাইবনা । থাঙলন—থাঙশাং । লূবক কাঙদৈ থি খোনাউ লেম্বোঙ লেল্লে—মঙক ককলে। হুকচেং শম মমান লো—মশা অশিবা অহুমক পুরক্তুনা। তৌথোপ খম্বাংনা—পাবোৎ নাহুনা। লাল্লূ পোল্লেম হান্না—মকোক অহু পোল্লাংদা থাপ্পুনা। হাইথখিয়ে—চথখিয়ে।

শোয়বিংবাই—শোয় লিংবা মকম,—শোয় শেম্বা লম। নোংমনৱাই—শিখিবা মকম, নোংগাফম। মৈদিংঙু তবুংবা—মৈতৈ

কৈরেন মথুৎফা, নোংয়ায় কুরৌমৈ অদোন পাইরৈনা লাক্কনে ধায়না চেগায় নারেং হুৎনা য়ুমকুমরাই, মৈদিংঙু তবুংবা চংবী মকৈরেন্দা চায়না খোঙফেম্নববু লৈএ। অদোন নোংয়ায় হেমলাইখু অথৌবগা অরাং পোইরৈ খ্বাই হেললাইয়াং অয়াংবগা শেল্লোয় মপাতাউ অনীমক্তি তনবা চীয়েনা কাওরেন লাইথেংনখিয়ে। খ্বাই হেমলাইয়াং তিমেন মথুৎশ,না ফেল্ল-বদি খোয়মা লাংদোন থৎনা মালেম লৈদা তুরে। খুমন হেমলাইখুগী তিমেন মখুৎশ,না ফেল্লবদি খ্বাই হেমলাইয়াংগী লাবা থন্নুং থেৎলে। অদোন হেমলাইখুনা থাংলেন চেপনা চন, লুরক কাংদৈ থি, খৌনাউ লেম্মোং লেন্না নোংয়ায় হেমলাইখুনা খ্বাই হেমলাইয়াংবু হৈথখিয়ে। অদোন থোংগাবা শোয়বিংরাই মৈদিংঙু তবুংবা মকৈরেন্দা চায়না খোঙফেম্নবা অতুম্লঙ মদোমদে।

---

নিংথো তেলহৈবনা নোংবাল্লোন সনাবেম্বী লৌহুনা তবুংবা পোকই। মৈদিংঙু তোনাবগী মথংদা মহাকনা নিংথৌ ওইহুনা খৃঃ ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবা পানখি। নোংয়ায়—খুমন। অদোন—খুমন। পোইরৈ-মৈতৈ। শেল্লোয় মপাতাউ অনীমক্তি—মরুপ অনীমক্তি। তনবা চীয়েনা কাওরেন লাইথেংনখিয়ে—লাম্বা পানখি। তিমেন মখুৎশ,না—মাগী খুৎশু তানা। ফেল্লবদি—লংলবদি, থারবদি। খোয়মা লাংদোন থৎনা-মাপী মতোন থংনা। মালেম লৈদা তুবে—হৈপাক্তা থারে। লাবা থন্নুং থেৎলে—মপ,ক্তা তানা লেংলে। নোংয়ায় হেমলাইখুনা ……… হৈথখিয়ে—খুমন হেমলাইখুনা খ্বাই হেমলাইয়াংবু ফাখি।

লমমেন মদাইমা হৈবোক শৌদিয়ান লেমজেং লিহৈ-পোক কম্বোং মুন্না তেম্বী ইরোং ইরোইরাই খয়োইবোন তাওথিংমু লরাই মতিং নৌগুম্বী, শংনা ফানবীগী মমান মচা খোইবি চীংদোমনাউ শাফবা লাংবন ফৌনা মানবা ভকফবগা মহুই ওানবা খোনবু চাপাম্বা রায়েং মাংবা চীংজুং তাংলৈ মানবা পুন্না ফাবগী হুযেন লানগা মাঙববম, কম্বোং হৈরাইনু শাফবী তন্ধকমকমা তাউজিং হৈচেল্লম হৈবোক শৌদিয়ান লেমজেং লিহৈপোক্তা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। খুমন পুনশিবা খোইমোম অথোবনা লম্নাল কৈঙাকপা খাই কৈশংবা আপু আম হঞ্জববু ফাগে হাযনা হুয়েন লান্দারক-পদা লমবান কৈঙাকপবু ফাগবরা ফাদবে। আপু আমহনচাবু হৈগবরা হৈতবে। খুমন খোইমোম্বা অথোবদি চুংলেপ হুফন চোংয়োল্লে, কাওবেন শনখাং তবা লানগে লান-যোল্লে। শাযবা ফিযানবা তিংখং খোংযুববু লাম্নংলে।

---

চায়না খোঙফেন্নবা—লান শোক্নখিবা। অহুম্মুও মদোমদে—মাহুনস্থু লোইবা নত্তে।

কম্বোং— থাওঙা কম্বোং। মমান মচা— মথংলেন,— মরা মপুরোইবা। হুযেন লানগা মাঙ্গবনম—লান শোক্নবদা মায়থাগিবা মফম। তাউজিং—হে। হঞ্জবা— ফম অমা। হুয়েন লান্দাবকপদা—লান তাবকপদা। হৈগবরা হৈতবে ফাগববা হায়ববু ফাদবে। চোংয়োল্লে চোংবা ওমত্রে। লানযোল্লে লানবা য়াদ্রে। শাযবা ফিয়ানবা তিংখং খোংযুববু লাম্নংলে মখোঙদা শৌহুম য়ুরে, তিংখং য়ুরে। লাম্নংলে অরাবা তাবে, দশা তাবে।

থিংলৌ নীংনা তেরকপদা খাই হেমলাইচা থুমশাবনা লাবা খুমন পুনা য়াংদৌ শারম লীরকএ। খাই হেমলাইচা থুমশাবনা য়াইচা খুলাজলোই লোইমদা পাওমেনখিয়ে। মখিং খাংখবা তুশাং হিনামবা পাৎয়াই চানবা থোংদি য়াইরোকপা তিনবান কাইতোংবা য়াকচীং মৈখুবা য়াইস্থ খুল্লাই চাবা তরেৎমা-ও খুমন পুনশিবা খোইবদি পোইরৈ য়ুমলক চওনা লম্বান কৈগারবদা শায়বা ফিয়াল্লে তিংখং খোঙচওলবনে। থিংলৌ য়াইতাবা মরোং চৈজেল্লবনে। লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীরুও হায়না পাউতাকখিয়ে। য়াইস্কুল লাল্লোই তরেৎমনা থিংলৌ য়াইতাবরম্বু লাবা খুমন পুরকএ। মরোং চৈজেনবরমবু লীথরকএ। খুমন পুনশিবা খোইমোমবা পানবা কৈজেংলাংগুম্বদি অদোন খোইরি চীংদোমনাউ শাকবা হুয়েন লানগারম কম্বোং নুরাভেম্বী ঈরোং ইরোইবদা খোয়মা নারোন ন্নুংদা চওনা শাম্ভুপলে, খোইমোম্বদি খোইবুং মরৌ চাউ, তিমেন খুত্তা পায়না ঙাইখমলে। য়াইস্কুল

---

থিংলৌ নীংনা তেরকপদা—হুল্লকপদা। পোইরৈ য়ুমলক চওনা—মৈতৈ খুল্লক্তা চওতুনা! মরোং চৈজেল্লবনে—চুং পুরগা চেল্লবনি! লাবা খুমনবু—ওক লাবম্বু। য়াংদৌ শারম লীরুও—শাগী শারম লীরুচো। থিংলৌ—অফাবা শা। মরোং —চুং। পানবা কৈজেং লাংবগুম্বদি—কৈ অথৌবগুম্বদি, লান্দা অথৌবদি। খোইবুং মরৌচাউ—মরৌ তৌনা, তাৎ-পাৎ তৌতুনা। তিমেন খুত্তা পায়না—

লাল্লোই তবেৎমনা খোয়মা নারোন লেঙবব্রু মিৎয়েং শান-থৈরে, চেংলৌ মিৎথিৎলে। তনবা তয়েৎমনা তিমেন তা ফেনখিববু খুমন পুনশিবনা তিমেন তাবু শানা লোকলে, খোয়মা নাবোম্পা পাওমেল্লকএ। পোইরৈ ইশেন ঙাই পোইরৈ ইবাই ঙাইশিংও। মোমম্ন মশুং আ-ওইবা মুক্তা মমান লৌবশিংও নখোয় তবেৎমদি তনবা ইতিক মক্তে, কাওবেন ইপা ওইদে। শেল্লোই ইপাতাউ লংমাই হৈবোইনাই পাথৌ মথৌ কম্বোংবা লম্বুন শোযপেনবা লম্বান শোয়ঙাকপবু লৈবনে ইবিংঙা চায়না খোঙফেন্নপে। ঐদি খোয়মা ইমায ওন্দনা ঙাইখমঙমগে, মবোং চুং শূবকও তিমেন তা পায-রকও। য়াইস্কুল লাল্লোই তবেৎমদি থিংলৌ নীংনা তেনা অচেন উফুন হৌ, লোকলৌ খুদোন ফুনা মথৌ কমবোংবা তাম্বোঙ শরাং থৌদা খুমন খোইমোম্বদি পোইবৈ যুমলক চঙনা লম্বান কাইগাববরা শায়বা তিংখং খোঙচঙলে,

---

মখুক্তা তা পাযত্নুনা। ঙাইখমলে- ঙাইতুনা লৈবে। খোয়মা নাবোন লেঙববু—নাপী লেঙববু। মিৎযেং শানথৈবে চেংলৌ মিথিৎলে—মমিৎনা উবে। তনবা তবেৎমনা—য়াইস্কুল লাল্লোই তবেৎনা। তিমেন তা ফেনখিববু—তা হুনখিববু। খোযমা নাবোন্দা নাপী মরক্তা! ইপা-তাউ—মকুপ। পাথৌ- মকুপ। ইবিংঙা— ঐখোয অনী। চায়না খোঙফেন্নসে—লান থেংনগে। ঙাইখমঙমগে—ঙাইতুনা লৈবমগে। মবোং চুং শূরকও তিমেন তা পায়বকও—চুং তা পায়তুনা লাকও। থিংলৌ নীংনা তেনা—অমুক হন্দুনা। অচেন উফুন হৌ লোকলৌ

ম রোং চৈচেল্লে থিংলৌ য়াইথারে। লমলেন হৈবোক শৌদিয়ানদা নোংহামলিএ। নঙবু নচুং শূরকও তিমেন তা পায়রকও তিমেন তা চায়নসে হায়রকএ। মথৌ কম্বোংবদি লাবা কচক হৌনা শঙদিং লাল্লেথেম কুমজিং লোনখোং য়েংনা মরোং চেপয়াম্না তিমেন হুংশোন লৈনা হাওরৈ খানা পাংবরমদা হুয়েন লান্দারকএ। পাথৌ খোইমোম্ব-ও নঙনা হাম্না পোইরৈ য়ুমলক চঙনা লম্বান কৈগারৈএ; তিমেন নখুৎশূবু হাম্না ফেল্লকও। মথৌ কম্বো'বা কোল্লোয় মতিনমেনগীবু অদোন খোইমোম্বনা তিমেন মখুৎশূবু হাম্না ফেল্লবদি মথৌ কম্বোংবদি খোয়মা নাদা খেৎখিয়ে, মালেম লৈদা পাল্লে। মথৌ কম্বোংববু কামু শৌজিনতুম-না ওম্বল্লে। নাতান কুরোন হুনা থিংলৌ য়াইতারে। খুমন খোইমোম্বনা পাওমেল্লএ। পাথৌ-ও মবোং চৈজেল্লে, থিংলৌ-য়াইতাবে, হুয়েন ইরান ওইরবনে হায়খি। পাথৌ খোইমোমবা-ও, লম্বান নাম্না নখূ ঙৈগী স্নমাই কাংখোম

---

খুদোন ফুনা— চেল্লা চেল্লা চত্তুনা। নোংহামলিয়ে— ভাইহুনা লৈরিয়ে। শঙদিং লাল্লেথেম— শাপোং লানপোং শেংনা। কুমজিং লোনখোং য়েংনা— কোয়েং য়েংতুনা। হাওরৈ খানা পাংবরমদা— মখা মায়গেদা পোইরৈ য়ুমলক চঙনা লম্বান কৈগারৈএ— মৈতৈ খুল্লক য়ুমলকতা লান শীংলবনি। হাম্না ফেল্লকও— হাম্না লংঙকও। কোলোয় মতিন-মেনগীবু—ময়াথংগীবু। অদোন—খুমন। মালেম লৈদা পাল্লে— লৈপাক্তা পাল্লে। কামু শৌজিন তুমনা ওম্বল্লে— কামু শৌ অতুম্বনা য়ুয়ে।

লোইকুমঙৈগীগুম পাউসাখুথিহিগুমবনে। তিমেন নখুৎশ্দি খোয়মা নাদা খেৎনা মালেম লৈদা তুরে কক্লু মপান তুবে। লুংবান লুফাশীং হাকুম শীংবী অয়ানখাক নেম্বী খাকতেকখাক অমনবা, কামু শৌরাইতাও অকংবনা ওম্বন-বগীবু থিংলো য়াইতাবনে। পাথৌ খোইমোম্বা নওহ্নম অসাই-ঙৈ পোইরৈ ইযুমলক চঙনা লম্বান কৈ কাববদা শায়বা ফিয়াল্লে তিংখং খোঙচঙলে। থিংলো যাইতাবে'। নওহুম রায়রা ইশানে হুযেন ইরান্নে হায়না য়াইবী মন্নুংহৌনা রা-ওইখিয়ে। তাম্বোং শারাংথৌ মথৌ কম্বোংবনা তিমেন মখুৎশ্বু খুবাক তিল্লাই মেন্না ফেল্লবদি খুমন খোইমোম্ববু লাবা থনুং থিৎলে, উনবী চফম লেংনা লুতুবে! মথৌ কম্বোংবনা লুরক কাঙদৈ থি থৌনাউ লেন্তোং লেম খাঙলেন চেপনা চন্না তৌথোপ খন্থাংনা লাল্লু পোল্লেম হাল্লে। থাঙয়ি ভাউবুং খেংদৌবা মনোংয়ায় তাম্বোং শরাংথৌ

---

পাথৌ—মরূপ। লহান নারা নখুঙৈগী—থায়না নঙনা অঙাং ওই-ব্রিঙৈগী। খোয়মা—নাপী। হাকুম শীংবী অয়ানখাক—হাকুম য়ান-খিবা শীং। নেম্বী খাকতেকখাক অমনবা—শীংনাং য়ানখিবগী মথাক অকংবা লৈহৌবা। ওম্বনবগীবু—শোকপগীবু। রায়রা ইশানে হুয়েন ইরান্নে—ঐনা লান্দা ফারবনি, ঐনা লান্দা ওম্নবনি! য়াইবী মনুং হৌনা—কপ্পী থোকনা। রাওইখিয়ে—শাউখিয়ে। খুবাক তিল্লাইমেন্না—মখুবাকতা মতিন থাক্ননা। ফেললবদি—লংলবদি। লাবা থনুং থিৎলে

মথৌ কম্বোংবনা থোংলে ম্লাইক্ষুল লাম্লোই তরেৎমা-ও অসি কোয়ৌ নুমিৎমদি ইন্নান ওন্দেদা ইচৌং হুল-হ্নাইখিজনুসি খুমন থোইমোম্বগী শমু লেংলোইভোন অতিংঙাবু পনম কাইথং হেন্না পনম কাইপুরববু হুয়েন লানপাং ওইননবা ঙাইখমখিসে। সোন্না তৈমা ওন্নকলবদা খুমন থোইমোম্বা পুনশিবগী শেল্লোয় মপাতাউ লংমাই হৈরোইনাই লোইনা অপাম্বা ম্লংশি য়াওরা থোম্বাংননা ম্লংঙোন পুকতিন্নবা লংমাই লাবা খাইথিবনা থোইমোম্বা হৈবোক শৌতিয়ান্দা নোংহাম্ববু পুগে হায়না লাকপদা ভাম্বোং শরাংথৌ থাঙয়ি

---

উনবী চয়ম লেংনা লুতুরে—মপুক্তা ভানা লেংহনা তুরে। লুরক কাঙদৈ থি থোনাউ লম্বোঙ লেন থাঙলেন চেপনা চন—থাঙনা মভক ককলে। ভোথোপ—পোলাং। খম্বাংনা—পাবোৎ শেমহনা। লাম্ল পোল্লেম হাল্লে—মকোক অহু পোলাংদা হাপ্পিল্লে। থাঙয়ি—চেংলৈ। ভাউবুং থোংদোবা—চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি থোংজ্রোংবনা পেন্ন লৈমরেন পান্নহনা পোকপনি, মাগী মন্নাম্বা চৌংজেন নারন পাংগনবনা মন্নাং লৈথাক্তা চৎপ্রবনীনা মপানা শিন্নগা মহাকনা চেংলৈগী নিংথৌ ওইখি অমসুং ঈরেম ভোইবী লৈমা লৌথি। মনোংল্লায় — মশা। ইন্নান ওন্দেদা ইচৌং হুলন্নাইগনুসি — ইয়ুমদা হুলন্নোইসি। শমু লেংলোইভোন অতিংঙাবু—মহাকী কান্নব্রা অরেম্বা ওইন্নবা অশিবা মশা অদুবু। পনম কাই পুরববু—মাগী অশিবা মশা হাপ্পা কাই পুরববু। হুয়েন লনপাং ওইননবা — লানগী মপাং মপাং

তাউবুং খোংদৌবা মনোংয়ায় মথৌ কম্বোংবনা লংমাই লাবা থাইথিংবম্লুঙ থাংলেন চেপনা চন লুহক কাংদে থি থৌনাউ লেম্বোঙ লেন, হাওচেং শম্মা লোনা তৌথোপ থম্বাংননা লাল্ল পোল্লেম হান্নে। মথৌ কম্বোংবা নম্বুন শোয়শেনবা. লম্বান শোয় ঙাকপনা লাল্ল থুকা শনা কংলা ফমগাইনাইএ। লম্নলেন হৈবোক শৌদিয়ান লেমজেং লৈহৈপোক ইবোং ইরোই রাদা চায়না খোঙফেম্নবা অতুস্নুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা নোংয়ায় খূমন নিংথৌ পুনশিবা য়াইথি উসোন হৈজাংলুম হেকপা থুম্ন লুমথিক লুনম্মান্নবা নোংয়ায় খুনগুমলম মৈদিংঙু চলাম্বনা কাইরৈ খুনঙমপুং

---

ওইননবা। ভাইথয়থিসে — ভাইথিসি। সোক্না তৈমা ওন্নকলবদা— নোং ভান্নকলবদা। শেল্লোয় মপা তাউ — মকপ চাম্নরবা। নোংহাম্ববু —শিয়বৰু। থাওয়ি তাউবুং খোংদৌবা মনোংয়ায়—চেংলৈগী নিংথৌ তাইবুং খোংদৌবগী মশূনিপা। হক্কচেং শম্মা লোনা—মশা অতু লোচনা তৌথোপ থম্বাংননা—পাবোং শেমতুনা। লাল্ল পোলেম হাললে — মকোক অহুকপা অত্র পোলাংদা হাপচিললে। লাল্ল—কোক। থুক্তা শনা— মঙ্খুৎনা পায়তুনা।

লমলেন— লমদম। মদাইমা— লমদম। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ— থূমন লৈমাবা। মৈদিংঙু চলাম্বা — মৈতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বগী মচানিপা শানোংবা লাল্লমথোম্বনা হাওচোংঙম্বী পাম্নমা পোকপনি, মৈদিংঙু অভাংজাম্বগী মথংদা নিংথৌ ওইতুনা খৃঃ ১৩৪৪ দগী ১৩৫২

হুয়েন মৈবী মৈবাবা ফানা পূং, নোংবাল্লোন লিহোইঙম্বী তাউঙ্গীং হৈরেন পূং খম্বা ময়াংচৌংগী হেম্বা লোইরং তোইবা ফানা পুংনে। লিরা লৈমা থোংনা ভখেম্বী ভখেন তেংগোন চাইবী মশ্মাঙ ব্রাংঙমলোন লৈশাংথেম লৈমা কামু খোম্বী, মেনোং ফাবী লাল্লোই শীংপৈথেন্দা চায়না খোঙফেল্লববু লৈএ। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশ্গা খুমন পুরাং পুরমশ্গা মরোং চুং ফনবদি নিংথৌ লাইতোং পুরাংশ্গী তিমেন মখুৎশ্না ফেল্লবদি ককলু লুমাই লেংনা শোয়রেন কুমি তুরে। খুমন পুয়াং পুরমশ্গী তিমেন মখুৎশ্না ফেল্লবদি নিংথৌ লাইতোং পুবাংশ্গী লাবা থল্লুং থিৎনা উনবী চফম লেংলে। নিংথৌ লাইতোং পুবাংশ্গী তাংজা লুবেন তোনবু ককলে, ককরা-ও থোন্নেএ। মঙক তন্না ককলে, তানবন-ও

---

ফাওবা পানখি। নোংবাল্লোন—অঙোম নিঙোন। লিহোইঙম্বী—মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা (খৃঃ ১৪৩২-৬৭) লোৌবা মৈতৈ লৈমনি; ক্যিয়াম্বা মহাবাজগী মমানি। তাউজীং—হৈ। ব্রাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চন্নু। শীংপৈথেন শীংজমৈ। মরোং—চুং। তিমেন মখুৎশ্না ফেল্লবদি—মাগী খুৎশ্ তানা লংলক্লবদি। ককলু লুমাই লেংনা শোয়রেন কুমি তুবে—ফুমদা পাল্লে। লাবা থল্লুং থিৎনা উনবী চফম লেংলে—মপুক্তা তানা ফাওনা লেংফাংলে। তাংজা লুরেন-তোনবু ককলে—মকোক ককলে, মঙক ককলে।

ককরা নিংথৌ লাইতোং পুরাংশ্গা খুমন পুয়াং পুরমশ্গা

কৌঐ। হামুন চারাথক্কা তাংজা লুরেনতোন অসাই থম্ববু রাইথখিয়ে, রাইচাপান কৌঐ। ময়ুম পোইরৈ মৈতৈনা হুয়েন লান্দাবকপবা হায়না হন্না হন্না য়েংলম্মি। হামুন চাবা লেপ্তুম নৈববু নমু পোংবু খজিকএ। ওইচক খজিকপা মবমথৈও থোন্নৈএ। লমলেন ককন্না ইথোংলেন্দা চাযমা খোঙফেন্নবা অতুম্বুঙ মদোমদে।

লমলেন মদাইমা হাওরৈ নোংচুপ থামা পাংববম ইচিকশি য়ুকাংগৌ মবমখে লমলেন লোযয়া কাংঙমুং লময়াই ক্বাই মন্নবগী শমু খুৎনা ফংনা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ। পোইরৈ মৈতৈ চিমবাং অথৌবগা নোংয়ায খুমন কাংচিন অথৌবগা লমওক্করে। লময়াই চিমরাং অথৌবনা পাখৌ নোংখায়

---

অনীনা তা চায়নবদা নিংথৌ লাইতোং পুরাংশ.না তা হুল্লকপদদি খুমন পুয়াং পুরমশ.দা পান্ত্রে অতুগা খুমন পুযাং পুবমশ.না তা লংলকপদা তা অহুনা নিংথৌ লাইতোং পুবাংশ.গী মবুক্তা লেংলে অতুগা খুমন পুয়াং পুবমশ.না নিংথৌ লাইতোং পুবাংশ.গী মঙক ককথি হাযহুনা মফম অতুবু কক্কন্না হাযমা খঙনথি। হামুন চারা মথক্তা—নাপী মথক্তা। অসাই—ভসাই। ময়ুম পোইবৈ মৈতৈনা—মৈতৈ মচাশিংনা। হুয়েন লান্দাবকপবা হাযমা—লান হৌবকপবা হায়হুনা। হামুন চারা লেপ্তুম নৈববু—নাপীদা হামুন নৈবধু। নমু পোংবু খজিকএ—মী মাল্লে; মবমথৈ—লমদম। থোম্নৈএ—মমিং কৌঐ। লমলেন—লমদম। মদোমদে—মহুদা নত্তে।

কাংচিন অথৌবা-ও পোইবৈ অযুমনাক ব্লাংঙম ইকাইকম অসিদা কদৌরবনো পাউহংখিয়ে। নোংযায় কাংচিন অথৌবনা পাউখুমলকএ। থোয়দা পাথৌ লময়াই চিমায়াংবা-ও লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং অসিদু পোইবৈ নকাইফম ব্লাংঙম নযুমনাকপু নত্তুবনে। পথুপ নোংলোন লেম্বা থায়ান হাওবোক মযুমনাক কোন্থৌ নকাইফম অসিদি হাকুম ঐগী লময়াই শান্নফম্ব ওইনা লমজল্লবনে। নযুম পোইবৈ নরমখৈদি খিংগোন অসিবেং য়াওবৌ শাযেংকাই, কাক্টবী লৈয়ানখোং শিনাই থোইবিশুম্বা হুযেন লানয়েংকাইনা খৈববনে পাউখুমলকএ! লময়াই চিমবাংবা অথৌবনা পাথৌ কাংজিন অথৌবা-ও লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং অসিদি হাওবোক

---

লমলেন মদাইমা—লমদন। হাওবৈ নোংচুপ খানা পাংববম—নোইবাং লাইজি থংবা মায়গৈদা। লোয়য়া—লোইজীং চীংগী মনাক্তা লৈবা লম। কাংঙমুং-ইম্ফালদগী নোইবাং লাইজি পাংনা নম্বোলগা মনাক্তা লৈবা খুল অমা। পোইবৈ—মৈতৈ। লমওক্লবে—থেংনবে। পোইবৈ অযুমনাক ব্লাংঙম ইকাইকম অসিদা কদৌববনো—ঐখোয় নৈতৈগী ইবম অসিদা নহাক কবি তৌববনো? পাথৌ—মক্লপ। নকাইফম—নবম। ব্লাংঙম নযুমনাকপু নত্তবনে—মৈতৈ নখোয়গী নবম নত্তুবনি। পথুপ—হুইমু লৈননা পোকপা লোকনা মঙাং নি থৌ চন্থ পান্নহুনা পোকপা মচানিপা। নো লোন—পথুপনা নঙাং নিংথৌ চন্থু পান্নহুনা পোকপা মচানিপা। লেম্বা—নোংলোন্না নঙাং নিংথৌ চন্থু পান্নহুনা পোকপা মচা। থায়ান—লেম্বনা মঙাং নিংথৌ চন্থু

অয়ুমনাক কোন্থৌ ইকাইফমনে। নয়ুম নোংয়ায় নরমখৈ খূমন নকাইফমদি নোংয়ায় য়াওরৌ এনল্লাইচীং খূমন ঙৌবোংবা মশোয়মাণ্ড পশি খোলরাং খাইব্রাংবা মৌকিপাং লুব্রাং চেঙঙা খোঙ্গতক চুম্থ য়াক্লা থম্মন শিথি মরুমখৈ, লাংগোই শগোল অপাইবা থৈথচীং সেব্ব লৈমা মচীংজীন ঈরোং লৈমা তেলরাইথা সনা হাইন্থমন, লোকপা কৌওইচীং, ঈশোক লাংথাথেন য়াওরৌ সনাপান, হাওগৈ য়াইখিংথোং চাউথা নোংমনব্লাই হাওকে কৈরেনপুং চুম্বা লমওনথোক মাম্থ লম্মহন লোন্লোই লম্মহন্না খৈরবনে। পাথৌ কাংচিন অথৌবা-ও লুমলেম লোয়্য়া কাংওমুং নিংথৌ য়ুকাংবা নয়িমনাক অসিদি পোইবৈ নরমখৈন্থ নত্তে খূমন ইকাই-

---

লৌহুন পোকপা মচানিপা। পথুপ নোংলোন ... ... .. কোন্থৌ মকাইফম অসিদি—মমাঙৈঙদা হাওরোল কোন্থৌগী পথুপ, নোংলোন, লেম্বা থায়াম্না পাল্লম্বা লম অসিদি! লময়াই—লনজাউ লমহাং। লমজল্লবনে—এন, এগী লম ওইনা লৌশিল্লবনি। নয়ুম পোইবৈ নরমখৈদি—নখোয় মৈতৈগী লমদি। খৈরবনে—লোইরবনি, অদু ফাওবতনি। পাথৌ—মরূপ। হাওরোক অয়ুমনাক কোন্থৌ ইকাই ফমনে—হাওরোক কোন্থৌ এখোয়গী ইরমদি। নয়ুম নোংয়ায় নরমখৈ খূমন নকাইফন্দি—খূমন নখোয়গী নরমদি। লাংগোই-শগোল। মচীংজীন—মাগী চীং। ঈশোক—লম অমগী মিং। নোংমন ব্লাই—শিখিবা মফম। লমওনথোক—ভন্থোকপা লম। অথৌবা—

ফমস্নুগু নপ্তে, নয়ুম ক্ষেগে মোইরাং লমনে। তৌইগুম পাথৌ ইবিংঙা হয়েং কৌবা ইন্নুংশোয় সোরা ভৈমা ওন্নবদা অমুক চামারলাং খোমলেন মগুথৈনবা লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং অসিদা তলা চকময়ুং নাপাকপা পামেন উতোনথক্তা পাকোন ঙাইথোমনা খোইফাং চেপথেৎনবা লমকন হানবৰু য়েংনসে হায়না ভেমশীংনখিয়ে। হয়েং কৌবা ইন্নুং শোয়রবদা অদোন ক্ষাংচিন অথৌবদি অমুক চামায়লাংনা খোমলেন গুনথৈননা চীংলেন নোংগা ঙান্নরবদা মরোং চং শ্দা তিমেন তা গুদনা অচেন খংলে য়াংনা ক্ষোকলৌ খূতোন ক্ষনা তলা চকময়ুং নাপাকপগী পামেন উতোনথক্তা খোইফাং চেপথেৎনা লময়াই কাইমুন গুমলে। পোইরৈ মৈতৈ চিমারাংবদি মবোং ঙক্তা হুক তিমেন মাঙয়িন্নলা

লান্দা যৌবা। লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং নিংথৌ য়ুকাংবা ইরিমনাক অসিদি—নিংথৌ য়ুকাংবগী লম লোইচীং মনাক্তা লৈবা কাংঙমুং অসিদি। পোইরৈ নরমথৈস্নু নক্তে—মৈতৈ নথোয়গী নরম নক্তে। খুমন ইকাইফমস্নুগু নক্তে—খুমন ঐখোয়গী ইরমস্নু নক্তে। ময়ুম ক্ষেগে মোইরাং লমনে—মোইরাংগী লমনি। তৌইগুম—তৌইগুমস্নুগু। পাথৌ ইবিংঙা—নরুপ ঐখোয় অনী। হয়েং কৌবা ইন্নুংশোয় সরা ভৈমা ওন্নবদা—হয়েং নোংঙান্নগা। তলা—উ। চকময়ুং নাপাকপা—মনা পাক্ষপা উ জাৎ অমা। পামেন উতোনথক্তা—উ মথক্তা। লমকন হানবৰু য়েংনসে—লমকমবা হানবা তান্নসি। ভেমশীংনখিয়ে—

কোল্লা লমকনলৈযে। অদোন কাংচিন অথৌবদ্দি পামেন উত্তোন তোংনা পাওমেনঙম্মে। পাথৌ লমযাই চিমাবাংবা-ও লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং হাওবোক নয়িমনাক অসিবু নোয়ায় ঈবমখৈ খুমন ইকাইফম্বু ওইববনে। ঐনা হান্না খোইফাং চেপথেংনা লমকল্লে। অয়ুক চিমাবাংবা খোইফাং চেপথেং হাল্লবনে হায়খিয়ে। লময়াই চিমারাংবা অথৌবনা নোংয়ায় মবম নিকুমপাস্নুং তৌস্নুনো খুমন কাঙচিন অথৌবা মবোং চুংশূদা তিমেন তা শূদনা পামেন উত্তোন থক্তা খোইফাং চেপথেংননা লমকন থৌবা-ও পাথৌ নঙদি অসি কোবৌ হুমিংমাদা রাযবা ইশানে হুযেন ইবাঙ্গে। খোকখৈ লম্বু ইখুংশূ অসিনা তিমেন ঈঙাও তৈনা চৈপীগে হায়খিয়ে। নোংয়ায় কাংচিন অথৌবনা পাউগুমলকএ। হোয়দা পাথৌও ঐদি মবোং চুংগুতাম তিমেন তাস্নুঙ হাঙলে। কোবৌ

---

শাংনখি। হয়েং কৌবা ইন্নুং শোয়ববদা—হযেং নোংঙাল্লগা। চাংলেন নোংগা ঙাল্লকলবদা—নোং ঙাল্লবদা। মবোং চুং শূদা তিমেন তা শূদনা—চুং তা পায়দনা। অচেন খংলৈ য়াংনা লোকলৌ খুত্তোন ফুনা—য়ামনা থুনা য়াঙনা চেন্না চেন্না চত্নুনা। পোইরৈ—মৈতৈ। মবোং ঙক্তা হুক—মঙক্তা চুং য়ান্দুনা। অদোন—খুমন। পামেন উত্তোন তোংনা—উ মথক্তা ফমত্নুনা। পাওমেনঙম্মে—রা হায়রম্মে। পাথৌ—মকুপ। নোংয়ায় ঈরমখৈ খুমন ঈকাইফম্বু ওইববনে—খুমন ঐগী ইরম ওইয়ববনি। চেপথেংননা—চেপনা থেংতুনা। অসি

নোংদা কাসে কাক্ষবোইএ, মালেম লৈদা লিংসে লিংফ-রোইএ। কোরৌ অসি নোংদা বাম্বরা নশা ওই হুয়েন নবান ওইববু খোয়মা ইমায় ওন য়াম্চেং ইনম মুকলবোইএ। নমোম লম্মোন মোমন্থ তাল্লোয় ইরুম্বীনা তবা চয়োমলকপা রাংলৈ খোমজাল্লকপবু লৈয়ে। তরা খুৎপুন পীমনা রাংলৈ চীনখুন য়োংমন্নখিসে। তিমেন নখুৎশ্রবু লাপনা ছুলাল্লকও। ঐদি মালেম লৈদা তাবগে ছায়না খোযপুং মরৌ চাউনা পাওমেনখিযে। নোংযায কাংচিন অথোবনা কোলোয় মতিনমেনবু লনয়াই চিমাবাংবনা তিমেন মথুৎশ্রবু ককলৌ মানবনথক্কা তুম্ভখিয়ে। অদোন কাংচিন অথোবা পাম্বা কৈচেংলা কুম্বনা পামেন উত্তোনথক্তগী শমু খোঙচোংনা

---

কোরৌ নুমিংমদা—ওসি নুমিত্তা। বায়বা ইশানে হুয়েন ইরাম্বে—নহাক্তি ঐনা ফায়বা ইবা'ম্ব। খোকখৈ লম্ব ইখুৎশ্র—ঐগী খুৎশ্র লম্বুনী মখোক। তিমেন—তা। মরোং চুংশু তাম তিমেন তাসুঙ তাঙলে—চুঙ তাসু য়াওদে। কোরৌনোংদা—লাইরৈবাক্তা। মালেম লৈদা—পৃথীদা। কোরৌ অসি নোংদা—ওসি নুমিত্তা। খোয়মা ইমায় ওন য়াম্চেং ইনম মুকলবোই—মায় লৈছনা চেনবদি চেল্লয়োই। ন'মোম—নচন নুপী। মোমন্ তাল্লোয় ইকম্বীনা—ঐগী নুপীনা। তবা চাযোমলকপা রাংলৈ খোমজাল্লকপবু লৈয়ে—চায়োম য়ুয়োম্মকপবু য়াওবিয়ে। মবা খুৎপুন পীমন' রা'লৈ চীনখুন য়োংমন্নখিসে—চাক চামিন্নখিসি, যু থকমিন্নখিসি। ছুলাল্লকও—লংথোরকও। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। খোয়পুং মরৌ চাউনা—লৌথ্রপ লোকোয়্মনা।

পোইবৈ চিমারাংববু নমনা ফারে। অহুনোংগীবু নমফা-ও তৌনা কৌএ। পোইবৈ তুংয়িন্নবা রাংউম শীংচা রাইকোইবা য়ামনা লাকয়ে। অদোন কাংচিন অথোবনা লময়াই চিমাবাংববু লুবক কাউদে থি থৌনাউ লেম্বোং লেন্দনা হল্রাইখিয়ে। অহুনোংগীবু পোংলান লমওম্বোক-ও থোম্মৈএ। নোংমায় কাংচিন লমকনববু শিগববা শিদনা হনরাইবা লম পোইরৈ চিমাবাংবা অথোবদি মন্নবম লমলেন লোয়য়া কাংউমুং নিংথৌ যুকাংবা ময়িমনাক নমফা লম্মহন পোংলাং লমওম্বোক পোইবৈ চিমারাংবদি নোংমন লনদা মবোং চুং শ্নদা তিমেন তা শ্নদনা শমু খূৎনা ফংনা চায়নবা অসিম্ন মদোমদে।

লমলেন মদাইমা হাওবৈ লোংচুপলা পাংবলম মেদিংউ লোইনাই থরানথাবা থোওথোক ওাপনম মরো শিহৈবা

কোম্লোয় মতিনমেনব—মাগী মরাহৈ অহুবু। অদোন—খুনন। পান্না কৈচেং লাংকুম্বনা—কৈওম্বা অথোবা অহুনা। শমু থোউচো না—মথোওনা চোংথরক্নুনা। তু য়িম্নবা—মতু ইল্লক।। হলরাইখিয়ে—হনখি। থোম্মৈএ—কৌনখি। হনরাইবা লম—হনখিবা লম। মান্নবম শিখিবা মফম। লমলেন লমদম। নিংথৌ যুকাংবা ময়িমনাক—নিংথৌ যুকাংবগী মবম। নফমা নমহুনা ফাবা (নোংমায় কাংচিন লমকনবনা পোইবৈ চিম বাংববু নমহুনা ফাখিবা মফম)। নোংমনলমদা—শিখিবা মফমদা। শমু খুৎনা ফংনা চায়নবা—খুৎকা খুৎকা থেংনহুনা হাৎনখিবা।

কাইপুথম পুবাং নাকাপা চংশেনকোন উইতে লাল্লুফৌবু নাতৈননা লোইমোম ফৌওইবী অমচি মুংলাইকোন তুংখু লৈহৌপোক লোইমোম ফৌওইবী মথুবোন্দা মরোং চুং ফুনা শমু খূৎনা ফংনা থাঙলেন লুময়ান্নবা চায়না খোঙফেন্নববু লৈয়ে। মৈদিংঙু থাওরাই নিংথৌ শেনবী মুংয়াম্বা শেনবী লৌথেংয়া থেয়া চাঙৌবোকতা খৌশাবা মপাবি পোইবৈ নিংথৌহনবা মৈদিংঙুচা মু থোনবগা থোংনাং কামবা লানকাইবোক থোংনাং লাল্লুপৈদা ইম্বুং শোয়ায়মা শোইপা যাতামাতা পাম্মেন থোংকাপ যান্না তল্লা উকৈথক্তা থোংনাং চায়নদা পোইবৈ চেন্নদনা চায়না খোঙফেন্নবদি থোংনাং কামবা তাপ্লবদি থাঙলেন মখূৎশু তোনকোনবা মীশি

---

লমলেন—অথোইবা লম। মদাইমা—লমদম। হাওবৈ নোংচপলা পাবলম—নোংচুপ থংবা লম। মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ। লোইনাই থরান থাবা—মৈতৈ নিংথৌ (খৃঃ ১১৯৫-১২৩১)। লোইমোম ফৌওইবী—ফৌওইবী লাইবেম্মা। শমু খূৎনা ফংনা—খূৎকা খূৎকা চকখৎননা। থাঙলেন—থাঙশাং। লুময়ান্নবা—লুমলগা য়ান্নহনা। থাংরাই নিংথৌ শেনবী মুংয়াম্বা—মহারাজ খাগেম্বগী মপাবুং মৈদিংঙ মুংয়াম্বা (খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭), নিংথৌ অসি মুংয়াম্বা কৌদ্রিঙৈদা থাংরাই নিংথৌ কিয়াম্বা কৌবম্মী। মপাবি—মচানিপা। পোইবৈ নিংথৌহনবা—মৈদিংঙু খাগেম্বা, নিংথৌ খাগেম্বা অসি তাহানবদা পোইবৈ নিংথৌহনবা কৌরম্বনি, খাগীগী চৌফা হোঙদৈ কাবদগী খাগেম্বা কৌথিবনি। খোঙফেন্নবদি—লান শোকনবদি।

চুমপুন থাংবা থাঙ লুপা চুর মিতম য়ানবনা মৈদিংঙুচা মুংথোনববু থোংনাং য়াইবী কনহৌনিকনা য়ানলবদি পামেম থোংকাপথোকতা মৈদিংঙুচা শঙদিং মনিংথমবু চৈবৈ ফিবান চানকা পামেন উশাথক্তা য়ানথৎলোয়ে। লাইরেন মৈদিংঙু চানা তুবা মৈনা ওৎনা থিংকু মথি নাই তিমেন মথূৎ শবু খূবাক তিল্লাং মেন্না তিমেন শুংশোন লৈ থোংনাং উনবী চফম লেংনা চৈপীবে, ময়াং তাংজা লুরেনতোনবু তুবা থাঙলেন মথুৎশনা পামেন উফৈথক্তা তল্লা শদন ওইনা লুবক কাঙদৈ থি খৌনাউ লোনখোং লেন্না মৈদিংঙুচা থাঙলেন মখুৎশবু কপোক চেংলৈবগুম তমনরে। লমলেন থোংথোক ঙপুরম ময়াং লালুপৈদা চায়না খোঙফেন্নবা অচুম্লুঙ মদোমদে।

তয়ম ইরাকমদি অরাপোথাদা পালো লমতান্দনা লাইরেন সনা নখোঙখাদা পূংলেন যেনমাইলানা অা হোইবৌ

---

থাঙলেন মখুৎশ তোনকোনবা—মাগী খুংশথাঙ মতোন কোনবা। মৈদিংঙুচা—মহারাজগী মজাইবুংঙো। থোংনা—ময়াং। য়াইবী কন-হৌনিকনা—থরায় খুবাক্তা হাপনা। শঙদি—ফি। চরৈ—ফি। লাইবেন—মৈতৈ নিংথৌ। তুবী—মৈতৈ নিথৌ। খুবাক তিল্লাই মেন্না মখুবাক্তা মতিন থাক্তনা। উনবী চফম লেংনা—মপুক্তা থিন্দুনা। ময়াং—থোংনাং। তাংজ লুবেনতোনবু—মকোকপু। তুবী

হৌইজিল্লক্কে। নয়ু স্নুংবান হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা মরৈখং, চারোন মঙা তানফংলৈ শ্‌বোন তরুক লোনচিন লৈবু অরাং পুন্সি ইরাল্লৈ শরু লুতোংলৈবু শীংলেন তোংতমপুন্ন লৈরাং খয়োম শানা ইমায় হাওরৈ লাইনা পাংনা থোঙলেন ইমান কাখৎঙৈ কৌবা চীংথংলাং পাংবা লমদা রাকমনা হয়া লাউনা কোনশল্লমগে। হরি হে হয়া হয়ম হয়ম হয়ম।।

---

থাঙলেন মখূৎশ্‌না—মৈতৈ নিংথৌগী খূৎশ্‌থাঙনা। তয়ম—ননাই। ইরাকমদি—লাইরিক ইবা ঐদি। লাইরেন—নিংথৌ। লাইরেন সনা নখোঙখাদা—শ্রীযুৎকী সনা খুয়াদা। নয়ু—নবুধৌ। স্নুংবান—লুরাং। চারোন—মচা মরোন মরোন। শ্‌রোম—মশ্‌ মরোন মরোন। শীংলেন—লৈ। ইমায়—ঐগী মায়। হাওরৈ লাইনা পাংনা—অরাং ওন্দূনা। কোশল্লমগে—মিকোন থাগোল্লমগে।

# ৱাহৈগী অর্থ

অ

অকুইবা—অশাংবা ।

অথম মীপোকপা অথৌ লাং-গোনবা—থৌনা ফনা মরীন ফুদোকপা, থৌনা ফবা ।

অঙম্বা—মায়পাকপা ।

অঙোবা—অঙোম নিপা ।

অচেন উফুন হৌ লোকলৌ খুদোন ফুনা— চেন্না চেন্না চঙ্লনা ।

অচেন থংলৈ য়াঙনা— য়ামনা থুনা য়াঙনা চঙ্লনা ।

অতাম্বা—অরাপ্পা, অথাপ্পা ।

অতেংবী—ফজবী, নিংথিজবী ।

অথৌ লিচা হেল্লা—অথৌবা ।

অত্তুসুঙ মদোমদে — মাতুনসু লোইবা নত্তে ।

অদোম—থুমন ।

অনা লাইপোৎ ফাবা—য়ামনা ফন্না নাবা ।

অমন খমখৈ কুমইগীদি—শিবা থোক্লবদি, শিরবদি ।

অমন খমলৈ কুম্বা—শিবা ।

অমন নোংমা য়াংবা—শিবা ।

অরা পোখোকপা — অরা পোথাবা ।

অশৈবা—ঈশৈ শকপা ।

অসি—ঙসি ।

অসি কোবৌ হুমিংমদি—ঙসি হুমিত্তি ।

অয়ম্বা—কিথি কিরুম ভোবা, থোদবা, পাঙদবা ।

অয়ানখাক — হান্না য়ানখ্রগা লৈহৌবা শকক ।

অযুম—ইযুম ।

অযুমনাক—ইযুম ।

## ই

ইখৃৎশি—ঐগী খুজি।

ইঙেন লৈখেৎ—চংদা থেৎপা লৈতেং।

ইচীং হললাইগনুসি—ইয়ুমদা হল্লোইশি।

ইচীং হললাইব—ইযুমদা হনবা।

ইদাইবেম—ইনাই।

ইদু—ইবুং ইকপা।

ইদোম—ইথন্দা, ইতোমদা।

ইনাশি—ঐগী নায়ানবা, ঐগী নাদা যানবা লৈতেং।

ইন্নং মিশেং খাঙবা—অহিং তুমদবা।

ইন্নংশোযবা—নোংঙানবা।

ইনেম মচা—ইনেম্নোক্কী মচা।

ইনোং নো শাং শুরবা—ঐগী ঙমিৎ শুববা।

ইপন—ইপা, ইমা।

ইপল্লম—ইপাগী লম, পোক্লফম লমদম।

ইপাতাউ—ইপিজা, ইক্কপ।

ইপাবি—ইচানিপা।

ইবিংঙা—ঐখোয় অনী।

ইমান মচা—ইকুবোক্কী মচা, ইথংলেন, ইশাবি।

ইবেং—ইপু।

ইশানৌ লোয়বক অথূবা—ইনাউনিপা।

ইমু—ই।

ইমু তোংগচিংবা—ঈ চুপ্পা।

ইহুইরোই—ইমৌন্নপী।

## ঈ

ঈ—ঈশিং।

ঈঙাঙ—ঈ অঙাঙবা।

ঈতোন—ঈমৈ।

ঈনফু মাযবং শোনবা—ঈন শোনবা।

ঈফু শান্নবা—ঈফু নাতুনা শাঃবা।

ঈয়োকপা—ঈশিং য়োকপা।

## উ

উতোমপোক—মথন্তা নাইতোম হৌবা উ।

উনবী—পুকনীং।

উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা—কোন্না পোকপা, চহী য়াম-দ্রিবা।

উপন চৈবোঙ—উপন্না শাবা ফৌ য়েনবা চৈশোঙ।

উবেকশেৎ—টবোক মতু।

এ

এনবম হুইবাইচন লাকথা লানমীং চনবা—শাফা-লান-ফাবগী দোষ কোক্নবা যুমগী নাকথদা থৌ তৌবা।

ও

ওৱবেল—লাই অমগী মিং।

ওন্দবা—হল্লকপা।

ওন্দবাইতম—হল্লগদাই।

ক

ক.লা থনবা যম্নাই ফানাইবা।

ক.লা লানবাউ তম্বা—শা লান ফারুবগা হল্লকপদা লানপাউ তম্বা।

কংলা য়াফোঙলুবা-কোন্নুংদা লাউরুবা, নিংথৌদা য়াকৎলুবা।

কংলৈ-শূমাং, কংলা, কোন্নুং।

কজেং-থাঙ।

কদাইবম—কদোমদা।

কদৌনোংগীনো—করি মবমগীনো।

কদৌবা—করি তৌবা।

কব্রং—মুগা লং মখল অমা।

কম্বা—থাংনা য়ানবা।

কম্বোং—থাঙঙা কম্বোং।

কাইনা হুনবা—লান্দা ওম্বা।

কাইবৈ—য়েন।

কাওবেন—শল।

কাওবেন তনবা লেংলাউচৈ—শল হোইনবা চৈ।

কাম্না চোংনা—কান্দুনা, লান্দুনা।

কামু—লাম্মে থাগ্রগা নাপীশংবা-গী মখোক চাকপা লোইদত্নুনা মচীন তুমহুনা মুশুক মুনা কাহুনা লৈহৌবা মখাক।

কুমজিং লোৎপ্লে য়েৎপা—কো-য়েৎ—য়েৎপা।

কেগে—মোইরাং :

কোং —কংকাল।
কোন—পাং।
কোন্না—কাইনথংদা, মমৈদা।
কোন্থুং থৌগাবা—কোন্থুং কাবা।
কোরৌ অখোং নিংথৌ চন্দ্র— শোরাবেনগী নিঙেঙান।
কোরৌ থুমিৎ শীংবুম মঙানি— থুমিৎ মঙানি।
কোবৌ নোং—অতিয়া।
কোবৌ নোংমদোমদা থবীে নাং- লেপ্তনা—নোংমতা পোথাদনা।
কোবৌ নোং শোনবা মালেম লৈশোনবা—লৈপাক নোং- থৌনা (অতিয়ানা) খঙ্গসন্নু হায়না ৱাশকপা।
কোলোয়—য়াথং।
কোলোয় মতিনমেন—ময়াথং।
ক্বাকোক চীন্দাইমুংগী — ক্বা- গোক্তগী।

খ

খজিকপা—ওইবমাল্লে নীংবা।
খংাংনবা—পাবোৎ শেমবা।
খমলৈকুম অমন তাবা—শিবা, থৱায় মাঙবা।
খমলৈ মিন্নুংকোন শৱা মিখু- রোন—অশিবগী লৈবাক।
খাকতেকখাক—য়ানথোকখিবগী মখাক লৈছোবা।
খাকতপ—ময়ায়, তংখায়।
খা থা লাইথা থনবা—খা অৱাং থনবা।
খানা পাংবরম — মখা থংবা মাযগৈ।
খাবা—উন।
খাবাংননা—অনী চপ মান্ননা।
খাম্বী—মৈ।
খালৈ—লৌবুক।
খিজিক—খবা, খজিক্তং।
খুগা তোরৈথেক—খুগা তুরেনগী অথেকপা তোরৈ।
খুন্দাৱাই—খুল তাবা মফম।
খুনবী কপতিং য়াইচা—কাকফৈ।
খুমু—নৌ।
খুজেং হংজি পায়না—খুজেং পায়হুনা।

খুক্রা শ্নুা—খুত্তা পায়না।
খুবাক তিল্লাইমেন খোকলাং পমশিংনবা—খুবাকতা তিন থাকলগা তা মখোক্রা নানবা।
খুবাক ভিল্লাই মেন্না—খুবাক্রা মতিল থাক্নুা।
খুরাম্ন লৈমা—অঙোম নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা অহূন।
খেরে মাঙ স্নিন্নন।—ভাজীন্না মাঙলোম থংনা।
খৈরবা—লোইরবা।
খোয়বুং মরৌ চাউবা—তৌ শিন্নবা, মতাং তৌবা।
খোইমোম—ন্দাই।
খোকলা—তা মখোক।
খোকলাং তুংশোন্নন।—তা মখোক তুংদা থাংহুনা।
খোপথরকপা—কুমথরকপা।
খোমলেন মঙলানচান—মঙ।
খোয়নৌ—মভা।
খোমহনেবা—শা-লান চংক-দবগী চেঙজেন য়োম্বা।
খোয়মা নারোন্দা—নাপী মরক্তা।
খোয়ম্না নারোন ভুংদা—নাপী মরক্তা।
খোয়মা মমায় লৈব্মা—মমায় গুনবা।
খৌনাউ লেম্ফোঙ লেনবা—ঙক ককপা।

## ঙ

ঙকচেংবা—মঙক চেংশিনবা।
ঙমদবা—মায়থীবা, মায়পাক্তবা।
ঙম্বনবা—শোকপা।
ঙমলোন নাতৈননা—থংননা, মনাক নকনা চহুনা।
ঙাইখক—ঙাইহাক।
ঙাইখম্বা—ঙাইহুনা লৈবা।
ঙাইখমলুবা—ঙাইরুবা।
ঙাইখাংনবা—মোন খাঙবা।
ঙাইরখিঙ—ঙাইখো।
ঙাইরোয়ননা—লোম্ননা।
ঙাংঙোই—মোইরাং।
ঙাতাঙম্বা—ঙা ফাম্নম্বা।
ঙা থিবা—ঙা ফাবা।

## চ

চকমোম—মৈ

চকমোম তেমখাঙলোনবী—মশা রাইশংদবী গর্ভ লৈরবী।

চঙনা—হিংনা।

চহু—নিঙোন

চরৈ—ফি।

চরৈ ময়িন ফি—মানা ইন্নরিবা ফি।

চরৈ লুখুম চাউবা — ফীরুক খুম্বা।

চায়োম্বা—চাকয়োম্বা।

চাকয়োৎলম—খোরী, খোনাউ।

চামলো—লা

চায়নবা—মী অনী চং তা (নত্রগা তেন) পায়নছুনা লান তৌনবা।

চায়না খোঙফেম্নবা—মী অনী লান শোক্লবা।

চীংলেন—চীং।

চীনগোই ইরাকমনা—রা ভাঙ-জরিবা ঐনা।

চীননেনবা— চীখিবা।

চুম্বা—সাক্ষী ওইবা, থঙবা।

চেংলৌ—মিং।

চেংলৌ মিংথিৎপা—উবা।

চৈ'বিবে—খুৎলাইনা শোকহল্লে।

চৈশুপান্না—চৈশুগী মপান্না

চোইনৌ—সনা।

চোংয়োল্লে—চোংবা ঙমদ্রে।

## ত

তকলৌশিদং শোনবা—তকশি শোনবা।

তঙডাইবা—ঙাইবা।

তনবা—নিপা।

তনবা চীয়েনবা—নিপা অনী য়েনবা।

তনবা মচাহেন লাবা মরাই লাংনা- নিপামচা থোদাং য়েংলুবগা মায়পাকলকলহুনা মায়থোং মকা লামনা।

তনবা মীথনখাই—মশক নাইবা তাথোইবা মী।

তমথরকপা— মায়গৈরোম পাং-লকপা।

তরা চাক।
তবা চবুক লাম্বনা উনবী চফম হোংবা—চাক লাম্বনা পুক মথক মখা ওনবা।
তযুম—মনাই।
তাউজ্জাং—হৈ।
তাউবুং খোংদোবা—চেংলৈগী নিংথৌ অমা।
তা চুমখোক—মতাং চুম্বা খোক।
তাংজা লমফম্বা লিল্লা নাথেৎপা—খণ্ডহন্দনা লুমহুনা লৈবা।
তাংজা লুদা খোংনা—কোক্তা খোংনা।
তান্দে—থাঙ শাবা।
তানফংবা—ফংবা
তাপানরাই—তানা পানখিবা মফম।
তামিৎ—মমিৎ অমসুঙ মতাং।
তাংশক্তবা—কিদবা।
তাম্বা—রাৎপা।
তামৈ—তা মতোন।
তালোয়—মতু।
তালোয় মকম্বী—মতু।

তিংভি নাইগা ওনবা—তিভিঙ কৌবা উচেক্কুম তাং তৌশিন্নবা।
তিমেন—তা।
তিমেন তাজেল্লবা—তা লৌরুবা।
তিল্লাং মখোয় শাউনা—খোয়দৌ শাউগৎনা, খোযদৌ শীকনা শাউনা।
তিল্লাং হাইশিৎনন্না—মতিন শিক্তনা।
তীন্তোক য়াংদৌ—তীন্তোক।
তুবী—মৈতৈ নিংথৌ।
তুবেন রায়খুবীচা—রাযখু।
তেংথাবা—মতিক মগুন শকপা।
তেংনৌ—যোং।
তেনরারায়নবা—তেন কাপ্পবা।
তেনশাংবা—লানশীংবা।
তেবা—হন্না য়েংবা।
তেবকপা—হন্নকপা।
তোকতৌ—ঙমু।
তোংজেং—হি।
তোংজেং কুযায় হুংগী—কু মহুংদগী।

তোংজেং নাউ—হিনাউ

তোংজেংলু—হীরু।

তোংবোন হ্রাইবৌ—ঙা হাপ্পবা তুঙ্গোন।

তোমান—ফীজোন।

তোইগীদি—তোইগুম্বস্নুঙ।

তোথোপ—পোলাং।

থ

থ্লেন—মপুরোইবা, মশাবি।

থমুং থীংনা—পুক্তা কাওনা।

থাঙঙা—লৈকাই।

থাঙচি—শতুম।

থাঙজি মিতম চেনবা—শতুম চেনবা।

থাঙলেন থাঙশাং।

থাঙলেন চেপনা চনববু মচন্ ফবিও— থাঙযান ফজনা

য়ান বিও, ঙক ফজনা কক্ পিও।

থাঙয়ি—ফৌ।

থাজথোইখিবা—হেন্না থাজখিবা

থায়াং কোন্দাইলোনবা—থৌনা ফবা।

থায়াং নথৌমন—নতিক নথৌনা

থিকক্রি—উচেক জাৎ অমা

থিংলৌ—অফবা শা।

থিংলৌ পঙ্কনববু লান্নংলগনি—য়েক্কবনা কোয়শিন্দুনা ফাখ্রগনি।

থিংলৌ পঙ্কনবা—শা ফাবা।

থেৎথাং চারিখম লাংমৈ পুংলেন চিন্না—নীংখম শেৎলগা

উচেক লাংমৈ পু্লেনবগী মতু চিন্দুনা।

থোংনাং—ময়াং।

থোংনাং লমচিংবা—ময়াং লমচিংবা (লময়ান্বা)।

থোংলেন পাম্বৈথক—থোংগী পম্বৈ মথক।

থোন্নব—কৌনবা।

থৌখাম্বা—তোগম্নু হায়না থিংবা, খাম্বা।

থৌহু—মুং।

## ন

নচারোন নশ্‌রোন—নঙগী মার, নচা নশ্‌দা।

নথংলেন—নপুরোইবা।

নদাইরেম—মনাই।

নবিঙঙা—নখোয় অনী:

নমঙাননা—নংগন্না ঙাহুনা।

নমু পোংবু খজিকপা—মী মানবা, মী ওইনা উবা।

নমোম—নচানূপী।

নরিরোই—ওইরিরোই, তৌরিরোই।

নরুম—নতু।

নরুম্বী—নতু।

নশানৌ লৈরাং অতোম্বী—ননাউনূপী অতোম্বী।

নশাবি—নয়াম্বা।

নহান নোং—থায়না মমাঙৈ।

নাউকোনবা—য়োকপা।

নাউরা—অঙাং।

নাচুংদবা—খোঁশাদবা।

নারোয়্‌ং—নাপী মরক।

নীংখন্নঙম্বা—খন্নরম্বা।

নুংঙনবা—পুকনীং নুংশিবা।

নুংহুক থীংনা—মখোয় থীংনা, থমোয় থীংনা।

নুজা—নূপী।

নুরা—লৈশাবী।

নোং—অতিয়া, নুমিৎ।

নোংদোন—অতিয়া।

নোংচুপ থানা পাংবরম—মোইরাং লাইজি পাংবা মায়গে।

নোংনে—অরাং।

নোংথী লাইমন হোৌবা—নোংমংবদা অনাবা হোৌবা।

নোংথৌরেন—নিংথৌ অথোইবা, নিংথৌরেন।

নোংমনবা—অশিবা।

নোংমনরাই—শিখিবা মফম।

নোংহাম্বা—ঙাইবা, শিবা।

নোংয়ায়—থুমন।

## প

পম্থোপামচা—মপা অমম্তনা পোক্পী মচিন মনাউ।

পনম কাইপুরবা—অশিবা হাপ্পা কাই ( কু ) লৌরবা।

পনমদোন—থুন্দোন, পন্দোন।

পলেম পীশোঙ্গে—অয়ো ইম্মা হায়না শোঙ্গে।

পাউহংবা—ব্রা হংবা।

পাউযাবা—হায়বা য়াবা, হায়বা ইনবা।

পাংম্মা—নাম্মা।

পাচুবা—খুজম ফাওবা।

পাতম্মা—মায় পাকলয়া পাকগুইদরা খেন-চাং য়েংবা।

পাথৌ—মরূপ।

পাদম্মা—খেন চাং য়েংবা।

পানবা কৈজেং লাংগুম্মা—কৈজেংলাংগুমনা থোবা, লাজা থোবা।

পাবোং খম্লাংলনা—পাবোং পুহনা।

পাম্বা—কৈ।

পাম্নেন—উ।

পারি—মচানিপা।

পাহাং নোংজেং শুইবা মতু লৈত্রবা।

পিরেম থকক্লনা—মমিংতা মপি তাবা।

পুমুং—ফুরিৎ, মরেপ।

পুরুমজবা—খুরুমজবা।

পুংদোইবা—পুংয়েবা।

পোইরকপা—কোইরকপা, চৎথোরকপা।

পোইরৈ—মৈতৈ।

পোঙ্জেং—খুংমাক।

পোনবী—উচেক।

## ফ

ফিডাঙ—ফি অডাওরা।

ফুযবা—পোকপা।

ফেনবা—লংবা, হুনরা।

ফৈবাতাম্মা খোংনা—ভম্পাক্তা থমহনা।

ফৈরা নভান — নফৈগান।

ফৈরা মতান পাংমা মফৈগন নান্মা।

ম

মখুৎশ—ম্যানা শীঙ্খিনবা খুঙ্গাই।
মখুনেৎ—মাল্লী ত্ৰোংফম।
মচি—মবুং, ময়াম্বা।
মচেঙ কাইরৈ—লেন।
মদোম—মথন্দা।
মপন—মপা, মমা।
মপন লম—মাল্লী পোক্কম লমদম।
মপাচা ময়েক—মাগী থারা নাল্লা।
মপাতাউ—মরূপ।
মপা তাম্বা — মপা লৈতবা, মাগা পাবিনবা লৈতবা।
মপারি—মচানিপা।
মপুংয়ায়—মাগী লৈরাক।
মমোম—মচানুপী।
মরমখৈ—লমদম।
মরান—মান্না ফাবা লানঃ ময়ুম।
মরান ওন্দেবা—ময়ুমদা হুনবা।
মরান থৌকুম্বা—ময়ুমদা কুবা।

মরান থৌচংলকপা থবক চৎথোরকপা।
মরান লুহোং—খোংদোংবা—লুহোংকৈহোংবা।
মরু লৈদা তানা—মকোক লৈপাক শোকনা।
মরোং—চুং।
মরোং ওক্কা হুক—চুং মঙক্কা হুকচিনবা।
মরোং চৈজেনবা—লান চেনবা।
মরোয়—মতুং ইনবা মী।
মরৌ পান্দা—মাগী মৌ ময়াম্বা।
মশম রায়না—মশম পায়হনা।
মশাইকোল—মরম।
মপানৌ—মলাউ নিপ্পা।
মশোয়ফম—মাগী শোয়ফম। নাই মৈচিন ওল্লবদ্রি—এন্না শোয়রবদি।
মানবী—শল।
মানবী মতুপ ছাংবা শনগুম্বা—মাগা রাইনবদা মপা লৈতবা শনগুম্বা।
মার—খোজ্জীবা।

মালেম লৈ—লৈপাক।

মালৌ—ফি।

মিং ওনবা—মিং হোংবা।

মিং নাইবা—অফাওবা, মমিং চৎপা।

মিং হোংখিবা—মিং থোনখিবা।

মিংয়েংনাউস্তমখিবা—মিৎ ককলা অমতা উইদবা।

মীকপ্পা—কপ্পা।

মৈদিংঙু—মৈতৈ নিংথৌ।

মৈবা তোংহুম চনবা—মৈ উতোং হুম্ব।

মোংবা ইশাইকোন—ইয়ুম।

মোংবা ঈ—তুরেন ঈশিং।

মোংবা তাঙ্গীন খুরৌ য়েৎনবা—লোংখ্রৌ য়েৎনবা।

মোমন্থু—মুপী।

মোমন্থু তাপ্লোয় মরুপ্পী—মতু।

ল

লংমাই মখলমদা—শেপ্লোয় লংমাইগী লম অমদা।

লনশিং ওমদবা — লমন খুম্বা ওমদবা।

লনশিংবা—লমন খুম্বা।

লমওক্লবা—লম্বীদা থেংনবা।

লমওহোক—ওহোকপা লম।

লমকনবা—লমঙাকপা।

লমকেৎপা—লমহেনবা।

লমচন্নবা—লমলোকপা।

লমচন্নবা—লমলোকপা।

লমদনঙৈ—পোখ্বাঙৈ।

লমদাং—লম্বী।

লম্বু—তাগুম্বা খুৎলাই মখল অমা।

লমলেন—লমদম।

লমশীং—লম মশীং।

লমলেন মদাইমা—লমদম।

লমলোকপা—লমচনবা।

লমহাইবা—লমকেৎপা।

লহান—অহুঙৈ।

লাইজা—ঈশিং।

লাইজা ঈদা—ঈশিংদা।

লাইজা ঈপুক কাপনা—ঈশিংদা পোপ পোপ ফুনা।

লাইজা ঈয়োক কোম—পুখ্রী।
লাইজা লোকল্লৌথক— ঈশিং মথক।
লাইনা পাংবা—অরাং মায়ৈ।
লাইকরা—লাই ল্রা।
লাইরেন—মৈতৈ নিংথৌ।
লাংগোন্নবা—চান্নবা।
লাংজেং মথোকলকপা—মথোক কাবকপা, ঈ খেগৎলকপা।
লাংহৈ কুম।
লাংবন চেঙ্ম্ মন্যাউতোন্ গুম লনশিংবা—চপ চানা লমন খুম্বা।
লাংলেন কোঙয়াং—রা।
লানগা মাঙ্বরম—লান শোক্ক-বদা মায়থীখিবা মফম।
লাপ্পানখিবা—লান্নহুনা চামিন্ন-খিবা।
লাস্কুখিবা—লান্নহুনা থকমিন্ন-খিবা।
লান্থবা—লান্দা থোবা।
লান্নংবা—অরাবা তাবা।
লানয়োক্সে—লানবা ঙমগ্রে।
লাবা থুমন—ওক লাবা।
লাবা পোংলোই মলীং ঙানা থনবা—নিপা অমনা শেংপা হৌনবা ফীজোন শেংপা।
লানয়োনবা—লান্না ফংদবা।
লাল্—কোক।
লাল্ চোমায় ফোয়রা—ওক ককপা।
লাল্ পোলম হান্না—ককথৎ-লবা ওক অহু পোলাংদা হান্দুনা।
লিনগোয—পূক, গর্ভ।
ল্ কোক।
ল্তুরে—তুরে।
লূতুরাই—তুফম, তুবা মফম।
লুমলেন—মত্।
লুবক কাওদৈ খি খোনাউ লেঙ্খোক লেনবা— মওক্ ককপা।
লুকলেন—চাক।
ল্ফুয় নামথুম্বা—ল্ থুম্বা।

লেংদা খোংনা—লেংবান্দা থোং-
গত্তনা।
লেমইল—ওঙা।
লেবা—লমহেনবা।
লৈদা থীনবা—লৈপাক্তা থীনবা।
লৈবাই মুংবীথক্তা—লৈরাই
মথক্তা।
লৈরাং অত্তোনবা উনৌ কোন্দে
কোন্না হনবা—কোন্না পোকপা
অত্তোনবা।
লৈবোন চনবা—লৈপাক মন্নুংদা
ফুম্বা।
লোইদাম—থা।
লোইনা অপান্না—চান্নবা।
লোইমোম—ফৌ।
লোকললকপা—খোমললকপা।
লোকলৌ—ঈশিং।
লোঙজুম্বা—মবোং চুম্বা।

ৱ

ৱাইকৌ চিনীলোঙবা—তেঙ্গে
মচীম অনী কাংবা।
ৱাইথুংবা—থুংবা, য়েৌবা।
ৱাইরুংচেক—খৱাংচাক।
ৱাওইওম্বা—শাউবম্বা।
ৱাওইবা—শাউবা, মপুক্তা
ৱাবৌবা, পুকলৌ পারৌবা।
ৱাকনথিবা—ছায়জবা য়াথিদবা।
ৱাকনবা—যাদবা।
ৱাকয়ে—হি।
ৱাকয়ে খোঙগুইননা—হি
তোংহনা।
ৱাংঙমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চন্না।
ৱাংলেন—পুং।
ৱাংলৈ—যু।
ৱাংলৈ খোমহান্দবা—যু হান্দবা।
ৱাংলৈ য়ুবানবা—যু লানবা।
ৱাংলৈ য়োংমন্নবা—যু থক্-
মিন্নবা।
ৱা চানদবা—ৱা হায়বা য়াদবা।
ৱা চানবিদবা—হায়বা য়াদবা।
ৱাচুম্বা—সাক্ষী ওইবা, ৱায়েনবা।
ৱাপৈ—অবানবা ৱা, চুমদবা
ৱাঙাঙ।

ৱায়রা—তেন ।

ৱায়বা ভেম্বাবা—তেন্না পানবা ।

## শ

শঙদিং—ফি ।

শঙদিং লাল্লেথেম্বা—শাপোৎ-লানপোৎ শেৎপা ।

শংনা য়েংবা —মুন্না য়েংবা ।

শংলো—য়েঙ্গাং ।

শমলাং তৌয়েনবা—মশম তাক্লনা য়েংশিন্দুনা ফাবা ।

শমু খূৎনা ফংনা—হুকথেংননা ।

শমু খোঙশেকপা— মখোঙ শেকপা ।

শমু তুংবুম্নবা—মখূৎ তুংলোমদা পুনবা ।

শমু মখুৎ পাংমা—মখুৎ নাম্মা ।

শমু লেংগোন্নবা—অমগা অমগা লেংকোন্নবা ।

শরী মরৈ ফং নামুং মতোল্লামনা ৱাশকপা—হৌনবথৈ ৱাশকপা, লাই কন্না শোন্নবা ।

শরা লুমথাংথৌ--লাইবক্কী শক্ম, চিন্তামনি ।

শয়াং ইতানশি—ঐগী পাম্বোমদা শিবা তান ।

শয়েং পাংগা তিংহুনা—মপাম্বাম তিংহুনা ।

শয়েং মতানবোম—মপাম্বোম ।

শয়েং মশা পাংমনা—মপাম্বোম নাম্মনা ।

শাইজিন ইলুম লোম্নবা—মুনথংনবা, য়ুমলোন্নবা ।

শানথুপ্পা—লোৎতুনা লৈবা ।

শান্দেংবা—ঈরুজবা ।

শানফোঙদবা—খঙহন্দবা ।

শা নাবা—শা তানবা ।

শানৌ—ইনাক্তনিপা ।

শারেন হিংসোই শায়বা—শত্রুমশত্রুম হিংনা চাবা ।

শায়বা ফিয়ানবা তিংখং খোঙয়ুবরু লান্নংলে—খোঙ তিংখং য়ুরে ।

শিদথিবা—শিথিদবা ।

শিদরাই—শিখিদবা মফম ।

শিনথক্লখিবা—অমুক অমুক শিন্ন শিন্ননা থকমিন্নখিবা ।

শ'ংঙেন অবেম্বা লৈরাং অতিং-ঙাবু রাওইনবা — অবেম্বা কবিস্থ কান্নদবদা শাউনবা ।

শ ্জারাই কোইফদবা—শীং-চনবা চৎপা য়াদবা ।

শীংজা রাইকোইবা—থবক ইনথাং চৎপা ।

শীংপৈথেন—শীংজমৈ ।

শাংবী—শীং ।

শ্মায়—শ্মাঙ ।

শেদৌ তোঙাম হোই হোইবী—খেন্দ নিংথৌ হাওত্তক লাই-বগী মচু। মাগী মরমগী মপুবোইবগা চাইরেন নিংথৌ য়াফুবাকপগা তে চায়নজুনা লাই রাযেন যেংনবদা চাই-রেন নিংথৌ য়াফ্বাকপনা চুমখি ।

শেনগোইবা—ঈকাইবা ।

শেল্লোই মপাতাউ— চান্নবা মরূপ ।

শোইথোং তাইথেৎপা লমলক লূথুম্বা—লোন্না মুপী ঙাঙনবা ।

শো কিদবা—কিদবা ।

শোংকিবা—কিবা ।

শোঙ্গাঙলরোই—কিন্নরোই ।

শোনমোইবা—মুকুম মুকুম শোনবা ।

শোয়রিংরাই — শোয লি বা মফম ।

সোরা তেনা ওল্লক্রবদা- নেং ঙাল্লক্রবদা ।

হ

হকচেং শম মনান লৌবা—অশিবা মশা পুবকপা ।

হক্তা—মশাদা ।

হঙবা—ফম অমা ।

হনু ময়াই কারবী—হনুরবী ।

হলরাইখিবা—হনখিবা ।

হলরাইবকপা—হল্লকপা ।

হয়িঙৈ—মমাঙৈঙ ।

হুয়েং ইমুং কৌবা—শোয়রবগা—
হুয়েং নোংঙাল্লগা ।
হানথখিবা—চথখিবা ।
হাওতক লাইবা—খেন্দেনিংথৌ,
মহাকনা চাইরেনগী নিংথৌ
য়াফুবাকপগা তেন চায়নখি ।
হাওদৈ—যু ।
হাওমুকনা লেংফাই চনবা—
মুকনা শান্নবা ।
হাওশি মংথিনবা—অশিবা
পোংলোইফমদা পুবা ।
হাওৈব—মায়ৈগ ।
হাম্নন পাম্বী—নাপী পান্দোং ।
হুইয়াই শেনগোইবা—ইকাইবা।
হুঙা মীকপখোন—মীকপ মী ।
রাউখোন ।
হুমলেন—মুংশিং ।
হুমলেন য়াইবী তৃপলবা—
শিরবা ।
হুলানবী—থৌওইনা তৌদবী ।
হুয়েন—লান ।
হুয়েন তন্দু শকলুবা—শাফা ।
লানফা ঈশৈ শকলুবা ।

হেম্বালোই—কাক ।
হৈ চেন্নবা—হৈ হেকপা ।
হৈরাঙ—হৈ ।
হৈরেমচা—হৈরেম খুঞ্জানদা
পোকপা অমসুং লৈবা মী ।

## য়

য়াইথোং শিরমলেন—অশিবগী
থোঙজিন ।
য়াওবৌ—শা ।
য়াওৱৌ শৱেংচী—শৱেংমচি ।
য়াইবা কলহৌনিকপা—থৱায়
শোকপা ।
য়াইবী মমুং হৌবা—কন্থী
থোকপা ।
য়াওরা মশীংশু লোইদাম থাবু
ফাববু—থা শুরববু ।
য়াংগোই—তুরেল অমগী মমিং ।
য়াংদৌ শারম লীবা—শাগী
খোঙ্গ্লীবা ।
য়াংলৈ তাউবা—হুয় ।

য়াংলৌ লমথাণ্ড—লপ্নী।

য়াদথিয়ে—য়াখিদে।

য়ামজেং—লৈকুপ।

য়ামজেং মনম মুক্তবা—মমায় লৈছুনা চেন্দবা।

য়াম্বী—উচেক জাৎ অমা।

য়াবেন খোঙথৈ চীকপা—য়া ক্রক ক্রক চীকপা।

য়ুমিৎ—লান।

য়ুয়োংবা—য়ু থক্পা।

য়ুমলক চঙ য়ুমখে ফংবা—খূল্লক য়ুমলক চঙবা।

য়ুমলেন—খুম।

য়েল্লাং থৌচংপী—থবক চংপী।

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা—লাইরেম্মা।

য়োইবুনাই—ইবেম্মা।

য়োইবুনাই—ইনেম্মচা।

য়োংমল্লবা—থকমিল্লবা।

য়োন্দনা—শোয়দনা।

য়োয়চাঙ্খিবা—লুনা তৌখিবা।

# য়াওষ্কম তাক্পা



লোইরবা।

## শ্রীখেলচন্দ্র সিংহগী লাইরিকশিং

১। মণিপুরী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিশ ডিক্সনারী

২। চাদ লাইহুই

৩। থায়নগী শৈরেং

৪। উত্তরাকাণ্ড (রামায়ণ)

৫। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা

৬। ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা

লাইরিক ফংফমঃ— মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।